# নুংশি লমন

( ৱারী মচা )

থোঙাম ইবোতোম
শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই, ইম্ফাল।

কোংজবী —
ডব্লিউ : অঙৌবী
শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই, ইম্ফাল।

অহানবা কোঙবা
ডিসেম্বর, ১৯৮৬ ইং
মশীং — ১২০০




মমল লুপা ১২·০০

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী
অয়াবা শেলগী মতেংনা কোংজবা।



ছাপা নম্বম — দ সোল প্রেস
শিংজমৈ ওক্রম লৈকাই, ইম্ফাল।

# নোঙ্গ রাহৈ খরদং

হুংশি লময়ন— অইবগী মরিশুদা লাইরিক্নি। মথল্ অসিদনা অহানবনি। বারীশিং অসিদা য়াওরিবা চরিত্রশিং অসি অপাম্বা মীওইশিংগা মরী লৈনবা নংচদে, সুপ্নগী অইবগী বাখলদগীনি।

মসিনা থুংই লাইরিক ওইরিবৈদা পাক্কিদুনা তাখোক তাশিন অমদি মমল য়াম্লবা পাউতাক পীনবিখিবা অমদি বাহৈতনা ওইরবসু পুক্নিং থৌগৎপিখিবা মরুপ-মপাং খিবিক্ অমদি মসিগা হেক মরী লৈনবশিংগী মফমদা তৌথিমল খঙবা উৎচরি।

থোইদোক্না সোল প্রেসকী থবক পুবিরিবা ইচিল ইনাও অমদি ইচল-ইচেশিংনা তেল্লবা মতমগী মনুংদা লাইরিক অসি পুথোক্নবা হোৎনজবদা অরাবা শরুক য়ানিখিবশিংদমকসু শিংথমদবা লময় তোনশিঙ্গরবনি।

অমনা লাইরিক অসি লৈবাক খায়গী মাংদা পুথোকচনবা হোৎনজবদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শেলগী অয়াবা মতেং পীনবগীদমকসু লোয়নশঙ অসিগী থোবুরেল অমদি ইবুংঙো ইবেম্মশিংগী মফমদা তৌবিমল থগবা উৎচরি।

লোয়ন-লোয়ননা লাইরিক মচা অসিবু মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলগী কৈচল অমা ওইনা লৈবাক খায়না লৌশিল্লবদি অইবগী হোৎনজমলগী মহৈ য়াল্লবনি।

— অইবা

# লাচন-লামায়


| দাশিং | লাচন | লামায় |
|---|---|---|
| ১। | করি মঙ মঙবীকয়বগে | ১ |
| ২। | পংকোং লামচা | ৯ |
| ৩। | পাউদম | ১৬ |
| ৪। | থাঙ্‌থকী ঙৈরাং | ২১ |
| ৫। | লৌথংপা | ৩৫ |
| ৬। | নুংশি লমন | ৪৮ |
| ৭। | থাংপোকশঙ অমগী বারী | ৫৯ |
| ৮। | নুংশিজবা | ৬৬ |
| ৯। | মুখল অদৈ মরুমদা | ৭৪ |
| ১০। | থম্মোয় থোম্বাং | ৮৪ |
| ১১। | মায়থোং অমম্নুং থম্মোয় | ৯৪ |
| ১২। | লোংদমথোল | ১০৩ |

# নুংশি লমন

**করি মঙ মঙবীরুরবগে**

ফিনা তুজুংলবা, ভুত প্রেতনা থল্লবা মফম অমনি। অয়া-মাহে তেংথাখোলগী তেংথাখোল ঙাক্তা। মফম পুম্নমক্তা, য়েংঙু য়েংঙু বদা শরু ঙারু ঙাক্তা। মচি মচিদনা শরুগা শরুগা থেংনবগী ক্রোক ক্রোক লাউবা মখোল. উ-ৱাশিংনা মুশুক মুশুক মুনা চপ চপ লেপ্লি। উচেক-ৱায়াশিংনসু লাক্লা লাক্লা খোংলি। অশেংবমক মফম অসিমক লাই ফত্তবশিংগী শান্নবুং য়াকাবুং ওইরিবা মাইকৈ পুন্না পুন্সম মন্নবা অকি-তুজুং পোক্লবা মফম অমনি হায়বদা হায়মঘা থোক্লরোই।

অসিগুম্বা মফম অসিদা তাইবং মী অমথক মপাং কনা য়াওদনা মদোম তরক ফম্লি। মাগী অকোয়বদা করি করি লৈরিবগে হায়বগীস্ থল্লু-য়েংলুবগী অর্থ লৈত্রবগুম ইথৌ থৌশা য়াশারুদবগী মওংনি। পোক্লস্ পুমচৌ ডৌরবা শম-না থর অহু নন্তনা মাগী লয়াই পুমতাং তাংলবা হনুবনি। ময়াস্ মরি মঙাদং ফেরে ফেরে হৌরি। মমিং মনাহুস্ য়াম্না শোকচিন্না উরে। উনহুস্ হায়নিংঙাই লৈতনা থুইরে। মখুউ অনিগী কারক্তা মকোক লুরেল অহুস্ লুপশিনখ্রে। ওন্থোকপা নিংবা কায়রবা মওংনি। পুমতোই তোইরবা পুন্সি মুত্তি অমগী শক্তম অমা য়েকউ হায়রবদি অহল অসিগী মুত্তিনা লেংদবা শক্তম অমা ওইরগনি। অদুবু নিংবা কায়রবা মাগী মাইথোংহুদা বরিগুম্বা পিক্লবা মঙাল অমতংদি উবা ফংলি। পিক্লবা মঙাল অহুগী মশেক্লা য়ৈবদা থোইক্লম মোমোম্লবা চিন্বান্না মাগী ওইরিবোই নিংলিবা অহুমদি লৈশাদবা ঙম্লরোই।

শুক তরেং মম্লবা অহিংগী মশক লৌরবা অমম্বগী মরক্তুদা ইথং থংহৌদনা অমম্বগী ওইবা অকি-তুজুংনরবা শকফম অমগা লোইনবা অচিকপা অহু থুগাইনা য়াক্লবা খোঙ্গেল অমা তারকখি।

—অহল্ল ! নং কনানো ??

—মহাশয় ! ননাই ঐহাক তোঞ্জাওনি। পাউখুমসিগা লোইননা মহাক তুজুংবা পোকখি। —হি ! মসিদি কনানো ? মপুক্লিংদা মতোম্মতা হংখিবা য়াহংনি।

—লৈকমদি ?

— আদগী ! আদগী !!

তাইবং মালেম নিংশিংলক, মিংলু ঈরা ঈহৌরকই অহল অদু। মপুক্লিংদা শোন্থাংননা তুমিন মদোম শোঙ্গরকই— মু,শিরকইদা তাইবং মালেমদো।

— অহল ! মিংলু পিরাং ঈহৌবনদি বাঙ্গবা করি ! মফম অসিবুদি খঙলবরা?

অহল অদু ইঙক ঙকই। করম্নবু খঙলি উরিবা— ঐগী মিংলু পিরাং। খোঙ্গেল নিক্না থুমজরকই— খঙজৈ, মফম অসি নরক্লি। ভুত প্রেতনা থল্লবা ওমদি অকি তুজুংনবগী তুংনফম।

—অদুদি নংবু করিগী মফম অসিদা পুরক্লিবনো খঙলবরা?

—ঐনা তৌজরুবা কর্ম্ম ফলগী মতুংইন্না নত্তবরা?

—করি কর্ম্মনো অদুদে?

—ননাই ঐহাক খঙজদে। গুপ্ততগী ননাই ঐহাক ইচম চম্বা ফার্মাসিস অমনি। গুপ্ততগী..... .....মথা অমুক তাথরকখিদ্রে। তুমিন লৈদ্রে।

— অদুবু ঐনা হায়রিবসিনি। শিনফমদুগী করি থৌগাই.....;

- মহাশয় : পুম্নমক নিংশিংবা ঙমজদরে।

- অদুবু থরগীমখৈদি নিংশিংলিনি নত্রা?

— মহাশয় : থৌগাইশিংদুনা হৌজিক্তি পাপকী মপৈ মপৈ ওনখরে অঙকপনি !

- করি করি থৌগাই ??

- ঐবু লংনদুনা থর থরগীমখৈদি নিংশিংহল্লি।

—হায়জরো নপুক্কিং তেংনা হৌজিক্কি ঐঙোন্দা।

—ঐবু অয়ুক নৌহৌননা নিংশিংহন্দুনা থম্মোইবু অরাবা পীবিরগনুবা মহাশয়। ঐবু লান্বিরোগবা। হিংবদা রারে কৈদোঝগে। থাঙবদা রারেদা।

—হিংবা হায়ববু কমেনো? নংদি শিরবনিনে শিরবা।

—ঐবু শিরবা!

—শিরবনি। নপাপ্পা নপাপ চারবনি। ঐনা হায়রিবসিনি। নিংশিংলিবা থরহুতা মহায়য়ু। খুদোপ্পীনা থিল্লহুনা— য়েংউ দৃশ্য অসি। মৈনা ভুং ভুং চাক্লিবা মৈথক অসিদা ঘিথাউনা ত্রোং ত্রোং শৌরিবা থাংজাউ অসিদা মশম মশম পুনশিন্নদুনা নুপী অমগা নুপা অমগগী হকচাং হকচাং মখৈবুনা থাংজাউদা লুপশিল্লগা মকোক মখোংমখৈবুনা থাংদগী হেন্দোকহল্লগা লৈরংদগী লিংখৎলকপা মৈরিনা কারুম কারুম য়াইফো থারিবসে উবরা? মিকপ মীরাওখোলশিংসে তাবরা?

—মহাশয়ঃ তাজৈ উজৈ। অহল অদু দৃশ্যশিং অদুদা মশা পুম্বা কি-তুজুংবনা চেং খৈবগুম নিক্লকই।

—তাও অহল, ঐ হায়গে— নুপী অসি মপুরোইবা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপাগা ঙাংনরম্বগীনি। নুপা অসিনা মৌলুম্বা মশামক্কি। য়েংউ মালেম অসিদা লৈরিবা চৎনবী কারল রাংমা লাল্লবী লাল্লবা পুন্নমক অসিগুম্না হয়েং শিরবা তুংদা নরক অসিদা লাক্নে। অসিতা নত্তে মীনম্বা ঙাংবনা মরৈ কন্না রা ঙাংবা থোকহল্লিবা অসিনু য়েংশিল্লু। মীপোং মীরল কল্লক

মীহৌদ্রনা হুরাল্লুবা মীগীনা মখুং মশা ককথংনা লাক্লিবসিন্না মউশিল্লু। ঈশিংবু লীকপা, অরাম খোরাংবদা লৈনা লৈনা পীথকনিংদবা মীশিংবুনা মকোক মবোক্তা ঈশিং থন্না য়্যাওবা পূন পুনা পুনা থকপা ফংদনা খোগংননা খোঞ্জেল খোকহন্দনা বাহল্লিবা অসিসু মথঙজিল্লু। অতোপ্পা অমসিনা পলেম মমাগী খোম্লাং থকপা ফংজদ্রবা অঙাং নরা ৬ইবনা রাম্ব-রাম্ব খোগংননা কপ্লবা কাওবদা খোম্লাং অমুত লীকপী মমা ওইবী কয়ানা মচা কায়নবগী অরাবা ফংলিবা কয়া অমনি। পুন্নমক অসিতা নত্তনা লৈরিবা ময়াম অসি মানা মানা তৌঙ্গক্লবা কর্ম্মগী মতুংইন্না ফংজরিবনি। ঙমমক অসি শিরবা মতুংদা ফংলরিবনি ফংলরিবা।

—মহাশয়: পুন্নমক ঙম্নমক য়েংহেন্ত্রে. তাহেন্ত্রে.। ঐবু লাম্বিরোগবা।

—অহ্নবা অহল: মংগী নিংশিংলিবা থর অদুতা হায়জরো।

—মহাশয়: ননাই ঐহাক ইচম চম্বা ফার্মাসিস অমনি। হায়সু হায়জগ্রবদ্রনি। ননাই ঐহাক্না হিদাক লাংথক য়োঙ্গবা মতমদা করি করিগুম্বা মতমদা লৈত লাইরাশিংনা থম্মোই শেংনা হায়জরকপা য়ম্বাওই। করিসু লৈতবা ঐগী ইফমদনি। মহদা ঐনা খুমজে—করমদি তৌম পুবিগ্রো। য়াওরগনা পীবিরমত্ত হায়জবনি। অয়াওবনা থর পীবিরম্মী। য়াওদবনা পীরমদনা হিদাকতমক পুবিখি। অদুবু মমৈথংদদি য়াওই হায়দুনা পীরম্বসি ইয়াওমক য়াওশিল্লক্লে। শোংথিবনসু কোজাইনি। হয়েং পুজরকে হায়রম্মী। হায়রম্মী হায়বহৃমঙাই হেক্তা পুরক্তে। মরক মরক্তনা

পোং লৈবা লাকখিদে। লৈবগী মহুত্তা লৌবা লাকখিবনম্মু কোঙাইনি। অশেংমমক হায়রবদা ঐ অমম্মুং নুপী অঙাংদি লল্লোনবগী মরুম থুপচদুনা হিংনরবগী লাল শোক্লজরিবনি অমম্মুং মীওইবগী মেরা তৌজরিবনি। ঐগী হুকান মখি শাম্বা হৌরকখি। মসিমক্তী মরমদি মীওইবগী মবুক শেংদবা হেনগংনরকপদগীনি। লৈত্রবমা লৈতনা পেশা রাংনা পীজরম্লবম্মু মফগদবনি। কা-হেন্না মশাগী তা ওইজবা থীবা মীওইবগী মশিংনা হেন্ননা অরৈবা কাংবুম্মু পৈশা রাংনা লৈতবা শাশিন্নহনা হিদাক্তমক লৌবিখি। ঐহাকস্মু মীওইবগী সেবা মথল অমনি খঞ্জহনা হিদাক্তি অহুম মপীজখি। অহুবু রাংলম্লিবা পৈশাশিং অহনা শেন্দোং অমম্মুং শেল্লেপ শোকচিল্লক্লে। অমুক্তা অনিরক্তা ওইরবদি মফগদবনি। অহুদি মত্তবনিমা ঐগী হুকান অহু নোংম নোংমগী শিথরকখি। লল্লোম্বনা শেল্লেপ মাংহুমা চাউথরক্লবদা ঐ অমম্মুং নুপী অঙাংদি করি চাদুনা হিংগনি? ঐখোয় পুম্নমক্তী শিনফমদি হিদাক য়োন্দুনা মীওইবগী সেবা তৌস্কবা অমম্মুং লোয়ননা হিংনবগী লম্বী থিজবনি। ওম্মোকপনি! ঐদি মকমসিদা লৈরে। শিথহৌরবা ঐগী মরু কোকহৌরবা হুকান অহুনা কমদৌরিবগে ঐ থঙজয়্রে। নুপী অঙাংনা করম্না লেল্লিগদগে নিংশিংবা থোকচক্লে। মমিংতা মপি ঙরা চেল্লহনা অহল অহুগী মকোক অদু পুঙমদনা মখুণ্ড অনিগী কারক্তা লুপশিনখিরম্মী।

মিকুপ থরগী মতুংদা- অমুক মকোক অহু তপ্না তপ্না হাইগংলুক্লম্মী। ওসাইগী মরক্তী কোম অদুগী মহুৎতা হন্দক্তি-

জুপাগী ঙৌরেকি ঙৌরবা চীংহুম অমগী মতোন্দা নিংথিজনা শেম শাররবা ফমফম অমদা ফমহনা লৈরম্লে। অকোইবদা মণি-মুক্তানা থাম্লিবহুগী মতান্দা চীং অহুমক খোইদোক্লা শুঙ্গাংনবগী মশক ওইহল্লি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা থ্বাইদগী শুঙকপা অমনা চীংদোল অসিদগী য়েংথরকপদদি তাইবং মালেম অসিদা লেংলি পাল্লিবা জগৎ পুম্বা উবা ফংলম্লে। অদুম কোয়না কোয়না অঙকপা অমগা লোয়নননা য়েংলকপমা মমৈথংদদি অহল অহুগী মিংয়েং অহু মাগী শিথহৌরবা মরু কোকহৌরবা চুকান অহুদা তাথিরম্মী। মহাক্না উরে— মচানুপা অহল চাউবনা হরাউ মীনোক্না লোয়মনা হিদাক লৈবা লাকলিবা মীওইশিংবু তরাম তরাম ওক্লুহুনা হিদাক লাংথক য়োল্লি। মহাক্কী মমৌনুপী অহল, মচাগীদি চান্নজরবী ইবেমহলম্সু হিদাক লাংথক লাম্থোক-লাননশিল তৌহনা মপুরোইবগী মতেং পাংজরি। মচানুপা অত্তোম্বা থম্বহনা অমরোমদা ডাক্তর পাশ তৌরম্লহনা মীওইবগী সেবা তৌজরি। মহাকমকপু স্বর্গগী লাইমক্লা মালেমদা লেংথবিরক্লবগুম মীথাম্না তরাম তরাম ওকপিরি। মীওইববু সেবা তৌজরিবা মীওইবু অমুক মীওইবনা সেবা তৌজবা হায়রবসিমক ঙসিদি অহলগী মিংনা উবা ফংজরে। অস্থুম্না মথং মথং তাইবং জগৎকী লেংলি পাল্লিবগীবু কুম্শে লৈনা লৈনা য়েংলকপনা মমৈথংদা মহাক্কী নুংশিজরবী ইবেচাউবীনা মুমিদাং-বাইরমগী মতমদা, সন্ধ্যা য়াচংলকপদা ধুপ থাউমৈ কচ্ছহনা তাইবং শেম্বা মপুবু থুরুমজরিবা ঙম্নমক্তি উরকথি।

মথং মথংময়াম অসি উরুবনরা অহল অহু করিগুম্বা থংহৌদকা ঊহৌ অমদগী মপুক্কিং থংনুং নুংশিররুমাম্লে। লোয়ন লোয়নদা ভাইবং মালেমবু নুংশিররুমাম্লে। মিংলু পিরাং থিংগুমদনা ঊহৌরক্লে। থম্মোই লকা মশুং লিশিং থোক্না কায়রক্লে। শৃর ফুনগং ফুনগংনা হীক হীক কপ্লক্লে। মথুং অনি বাংনা থাংগং-লহুনা "ইবেচাউবী! ইবেচাউবী!!" হায়না হৌনা কৌরক্লে।

হিদাক লাংথক য়োল্লুবদগী চোকথরহুনা তুমলুবদগী মিকপ থোরকপদা মচা মমৌ ময়াম্না ইকোই কোইশিল্লহুনা সেবা তৌজরল্লিবা অহু উরকখি। ময়ামহুগী মরক অহুদা মাগী চারজরবী ইবেচাউবীনা মঙোম্দা মোমোম্নবা মাইথোংগা লোইমনা হাইরপ লোম্না মুনা য়েংহুনা লৈরম্বগা মিং চানখি। হৌজিক্তদা মঙফাওনরকখি। মঙনি শঙলক্লবদা তোজাও শৃর চনিং তানা অমুক্তং হোম্থজরগা নোকফেং তৌরকখি। ইবেচাউবীনা নোক্সি মোক্সি থোংনা য়েংনা মবুংঙোদা হংজরকখি— করি মঙ মঙবিরুরবগে?

## পংকোং লামচা

শিংজমৈগী গোবিন্দ পংকোংতা মমিং ওথাক লৈবা মীশক্নি। সাধু শঙ্গ তৌজবনি। ধর্ম্ম কর্ম্মগী থৌদোক বাথোক্তা থক চিথ-বাহ্নজদবা মীওইনি। প্রেম শুংবদা হাইকেং হৈথোই শিংথোই-জবদগী পংকোং সম্প্রদায়গী মঙ্গুংদতা মওনা লৈবাক খাইনস্থ শক থওনরিবনি। মীকৌ মীরাকস্থ মফৈজে। কবিগুম্বা ধর্ম্ম কর্ম্মগী উৎসব মেলা থৌদোক বাথোক অমা তৌবদা কনা চাউনা যন্দ মাইনা শিঙ-লাংজ কংচরবস্থ মহাকপু হেক বাংপদা মেনখংনিংঙাই লৈত্রবা মীশক অমগুম শিংথানৈ। অহগীস্থ

মথক্তা মহাক অসি নহাসু পংওই ওইব্রবা মীয়াইনিসু হায়বা য়াদ্রিবা চহিগী মতাংনি। মমায়বা মাগী লেঙ্গামখৈদি সুইত তাইদা তাওনরিবনি। অদুবু গোবিন্দগী লৈজরিবা তোপ তোপ্পা মগুণ খর অসিদগী মীয়ায়া মহাকপু য়াবিদুনা "পংকোং লামচা" হায়বা উপাধি মচামক্তং পীনবিরদুনা চম্না পুন্সি লেঙ্গরগে থল্লবা মীশক অমনি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা মহাক অসি মতমগী চপচাবা ধন লন্দা ব্রাংত পাদনা মচিঞ্জাক চাজবা মীশক হায়বদুসু হেক থোকই। মসিনসু ময়ায়া মাবু বাথান তৌবিবগী মরম মচা অমসু ওইরম্বা য়ারিবনি। নহানা মাইবা শাবা মং থল্লি হায়নৈ অদুবু নহানা পংকোং চংবদি কমদৌবা — মসি মহারোল-শিংনা মাবু হেক উবদা মাদি তাহন্দনা তাংন-শোয়হৌবা ব্রাকম্নি।

পংকোং গোবিন্দ হন্দকমুক্কী বৃন্দাবন লম্লোম্বা চংলুবগী হল্লকপগী খোঙচংঙা লম্মখাংদগী হকচাং থিহেল্লৌ থিহেল্লৌ তমদবা হৌরকপদুনা হৌজিক্তি তশেংনা য়ায়া কন্নমক অনা লাইওং খঙদনা হকচাং ইরিরে। ডাক্তর মাইবা মাইবীনা মিকুপ অমা থাদোক্তরে। খা অমা মখাইরোম কারে মাগী ময়াদা চাক মক অমা তারক্তবা, ঈশিং মরিক অমা য়োংলক্তবা। অদুবু মশাগী মরল মথুম্নগা লৈবনা সেবা তৌবিনবা মীশক, ডাক্তর, মাইবা মাইবী কমশেন্নবীনবদি ব্রাংতে।

মাইবা মাইবীনা হায় — লম্মখাংদা দেবী ওক্লুরকপনি। দেবীনা মথবাক্তা নেংগ্রে। অদুননি থবাক্তা খেবা অমা য়াও-ম্নিবসিসু। চবান মুংবান থারগা, খয়োম অমত্তং লাকথোক্লগা

মফজখিনি। দেবীদা নতুনা লাই ফতুবসু য়াওরি। অতুনবি অনাবা অসি লাইখাই তাবা ঙমদ্রিবা। লাই ফতুবশিংগী মচিঙ্গাক পীথোকপ্রগা লোইরেদা। মুংশিং মুংহুম চংবদবো ডাক্তর অমুক কৌনক্রদ্রবসু পীজফম থোকপা মচিঙ্গাক থাদোকপীগ্রগা ইরাই লায়না ফরিবতুনি। অসিগুম্বা রাফম্বা মখোয়গী থৌশিলবু শোগৎলিবনি। অমরোমদা ডাক্তর অখঙ অহৈংশিংনসু মশা অসিদা শোম্নহন্দনবদা হোংনসি হায়হুনা হিদাক লাংথক কাপতুনা কন্না হোৎনরিবনি। মখোয়না হায়— মসিদি কুয়রবা লায়নানি। লায়নানা কুয়রবদা অফবদি থক ওইরক্তে। অহুবু হোৎনহুনদি নয়েংসি।

নাকল অমরোমদনা পংকোং গোবিন্দগী লোয়নবী রাধে অমদি মচা মগুশিংনা অনাবা অহু ফদবু ফরবদি হায়হুনা মাইকা মাইবীনা হায়রিবমখৈ তৌই। মখোয়না লাই খুরুম্লিবসিসু অরি অনৌ ফিদনা লাইথোং শুরে। লোয়ন লোয়ননা ডাক্তর অহৈ অশিংনা তাকপিবশিং অহুসু অমতা চিথদনা অহুম মপাং-থোকচৈ। হন্দকী মতাং অসিদা লাইবক ফবা অমতংদি পহ্লোবদা মতাং চাগনি মহুদি মাইবা মাইবী ডাক্তরশিং অসি য়েৎনবা নৈতনা মাগী মাগী মথৌ পাংথোক্লবা হোৎননবা অসিনি। হৌজিক হৌজিকমক অনাবগী থরাই ওইরিবা হায়ববু গ্লুকোজ কাম্লিবা, হিদাক লাংথক অতৈ মতাং মতাংগী আতিফিসিয়েল ওক্সিজেন পীরিবা ময়াম অসিনা ওইরিবনি। মহাকী থরাইদদি কস্লোকা ঙম্বা য়েংগে মতানি।

অনাবনবু মচিন তুমখংলক্লবদা হিদাক লাংথক ইরাং চবান লোইনমক সুংদা ঈশিং চাইবগুম মহি ময়াই চমগদবনি। মাগী চেং খজিক লৈরমহনা মায়ুনবু তম্নমত্রবদি তৌরু তৌরুবা খুদিংমক ইকান হেক কাম্নগদবনি। হোৎনবা ময়াবা মচা-ও মশু-ও মীচং শংগন কয়া চাওবনা ময়াম চংনা হোৎনরি। মতাং অসি মোরক্লবদি লাইগী নোংদমদা তারে—অসুম্না চাংন শেংমবা য়াওনরক্লে।

নোংমগী সুমিংনি লাইকু অমদগী হায়বা তাই। ইখঙ খঙহৌদনা পংকোং গোবিন্দ অনা লাইখাই তারক্লে। উইশিন্দুনতা লৈরুরবা মিংসা অনি পাংলক্লে। বা খজিক খজিক চাংবা চম্লক্লে। ইমুং মনুংগী মী পুম্নমক, পংকোং শাগৈসু য়াওনা চম্না পুক্লিং লৈতানা থবাই হরাও সুংচাইনরে। অনাবা হংবা লাকপনা ফিদা থাবা চম্লক্রে। ইমুং মনুংগী মী পুম্নমক সেবা লাংবা তৌবতনা অমদি ফিদা থাদোক থাজিন্তনা মথৌ অমা ওইনক্রে। মীমা হংঙরবা খুদিং "কৃষ্ণ কৃপাদগী থরদি মহন্দোকচরে" হায়না মথুমজৈ। অমরোমদসু য়ুম নিংথৌ সনামহি খুরুমজহনা ইমা লৈমরেল থাগোমজহনা লৈজরকপনি, ইরাং চবান থৌনিজরকপনি। মহবু পাউথুম্নমদাইদনা কৃষ্ণ কৃপাদগী হেক মহায়বা। মসিসু কালগী চংনবী য়াওন অমা হায়বহ ওইরমান্নে।

অসুম্না নোংম নোংমগী অনাবনা থর থর হন্দোরকপগী তাঞ্জানি। অনাবনা ফগৎলকপগী নহালমথৈ অরাবা থঙদনা হুখা চাবা থিদনা অনাবা সেবা তৌজরকপগী অথাবা পোকথোক্লবা

মতম্রি। মোংমা তাল্লক ওইবা. মচা মমৌ মখৈনা মাগী মাগী মথৌ চৎনখ্রিবৈ, মচা মশুশিংসু শান্নবা চংনখিহুনা য়ুমদা হল্লিনরক্রিংউ ত'গ্গা অমদা, মনাই ওইবী রাধেনা মপুরোইবগী সেবা চংজরি। অসুম্না মপুরোইবগী সেবা লাংবা তৌজ-তৌজনা মপুরোইবগী কংলবা মাইথোং য়েংলুরগা চাদি চানিং চাবদি য়াদা, চকম ইক্ষা ফাদবা মওং অহুদা মবু'ঙোদা মনাই ইবেম্মনা হল্লৎচরকই— কব্রিনা হাবা য়াগদগে ?

মহুদা গোবিন্দনা ভুমিন্না শোল্লকই - ঈশিং মচা অমত্তং চাহুনা. চকম ওইত্রা য়েংগদ্রা থগুদেনে।

— ওস্নোকইদা, কল্লিঙৈদদি ঈশিং কাওবা "ঈ" পল্লি মাংই হায়ঃমা "জল" হায়রগা হৌঙিক্লা ঈশিং মচা হায়নেসে।" রাধে নোকমি তৌজৈ।

—কব্রি তৌই হায়বগে হকচাংনা ঙম্রক্রবদবু' ঙাহেন চাকহেন্না. অমাং অশেং থায়বা, অশোনবা ঐদি লাইরথনা অকন্না নংবু ঙল্লিবরনে ? কংলবা গোবিন্দগী মাইথোংদো হাইরপ মোল্লি তৌজরকই।

— হোয়নে ঐসু ইবুংঙোগী সেবাদা অমাং অশেং থঙম্রবজি।

—ইবেম্মা. থম্মোইদা শেংলগা লোইরেদা।

—থম্মোইবুদি য়াম্না "শেংজরিবজাংনি।

—কৈ কৈ : থম্মোইবু শেংলবদি লোইরে।

—অ'বু, হকচাংবু থর মুংঙাইবিরেদনা !

—হোই : চানিং থকবিং পোক্লবনিনা থর মুংঙাইরে হায়বা তারেদনা।

—ইবুংঙোদি জ্ঞান মাঙহনা লৈবিরুরবনিনা থঙবিরবা।

অমুক ফরক্লুনা কনখৎলক্কনি থাজনরুদ্রবনি। ঐখোয়দি কপস্ু কপ্লরুরবনি। রাখেদো মচিন্নান্দদি নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা বা ভাংজৈ হায়বহুঙাই মমিৎতদি পিগী ঈরা চেল্লকই।

—নখোয় কপ্লরুরবা জাৎ ওইরেকো। —খুর শাংবা অমুক্কং হোম্বরগা মখা অমুক তাথরকই— হৌখিবদি হৌখ্রেদনা। হৌজিক হৌজিক্কী রাকম ঐনা ওসাই হায়খিবা ঈশিং মচা হায়বহুবু?

—হোয় : হোয় : য়ানিবে, হোংনবসিংঙাইদনা।

—য়ানি নত্তে। করম্নোবে লৈরুগদৌরিবৰো নংনা? অঙৌ অরাক্লা ফরোইত্রনে?

- হোয় অঙৌবা থল্লকপা হায়হুনি। লৈরুত্রবস্ু রাপ্লা লৈরেনা।

- করি করি লৈরিবা? ঐসে হকচাং কনখৎলকখিরি থঙলহনা হান্নবা লৈহনা থমম্লবজাৎ ওইরেকো। — মথাই হয়াউনা নোকচৈ।

—অং : ঐখোয়গী ইবুংঙো অতোম্বনা নিংঙাই তৌমন্নুনা মথাদংগী মচে তোম্বীখোয়দগী ঈশিং মচা হন্দক ওনখিবা তরাজিথোইথক লৌরুরবনি অমরা অনিয়া হাবিরো।

—করি হায়রিবনো ঐবু জ্ঞান তাজ্রেমে। রাধে নোককেং তৌবে অদুগা তপ্পা শককম হজিল্লগা — ঈশিং মচা হায়বিখিবদাইনে?

—হোয়নে। অদুদা নংনা হায়রিবদুদি জ্ঞান তাজ্রবা।

—অদুবুয়ো, ঈশিংমচা হায়বদি ঙাগু মচানিদনা।

—করি হায়বা?

—ঈশিং মচা হায়বিখিবদাইনে? ঙাগু মচাদি য়াবিজ্রো?

—মং মতোইনরা তোংজেনা কল্লরনি।

—কম্বু ঙমবিদুনা হোৎগৎপিরক্লবদি ননাই রাধেগীদি ইয়াইবক ফবনে। —নোক্মি নোক্মি হায়বা বাঙাংনি। মিৎস্লা খম্মাল অনিনা য়াম্না নুংশিনা মপুরোইবা গোবিন্দবু য়েংজে।

—অস্থম্না ঙাংন-ঙাংন অরাই অখুমদা তাঞ্জা অমা চানক্লবদগী গোবিন্দনা রাধেগী পিক্তক চেংতক্লবা মথুং অনি অদু কাজিনখি অমস্থং কংলবা মাগী মাইথোংনা খোইরুম মোমোন তৌনা রাধেবু নুংশিনা য়েংজরগা মথুং অনি অদু মথবাক্তা কোনশিনখি। রাধেস্থ নোক্মি তৌনা "মী চংলক্লরনিসে" হায়না শোম্ফাংননা শোল্লগা মপুরোইবগী মাইথোং লকা নক্লা করিগুম্বা খর লোম্না হায়থিবগুম তৌখি।

মীনস্থ তাহন-উহন্নিংজ্রবনিনা তারুবগী য়েংলুবগী কায়কম লৈররোইজ্রমাল্লে খন্দুনা ঐখোয়স্থ ভুমিদা লৈখোক্লসি।

## পাউদম

মরুপ! ঙসিদিনে ঐ থম্মোই শোক্লা মুংঙাইখিরেবো। ব্রহ্মারোডকী লাইন-বস অমগী মনুংদা থংননা কম্মিমরুবদগী চুরুট বিরি লাকদুনা থকমিন চামিংরবদগী শোক্লবা থম্মোই-থুংগী পাউদম অমখক্লা তাশোন ওইনা থম্মোই অসি কাওথংতুনা চংখিরম্মী। মহাক্লা ঐঙোন্দা হংলকই—

ইবুংঙো নং যুম পাল্লবরা?

হোয়, পাজরে।

অঙাংমুবীদি করম করম তৌরি?

মখোয়সু অহুম পংলে মরেবা হায়রুনি খুড়া।

ইবুংঙোদি করি থবক পাররি?

ওঝা মচা অমা তেক তেক ওইজরি।

ওস্থোক্লা মুংশিনা হয়েরেদা। অহল লমন, ওঝা গুক হায়বসিদি লাইনিনে মিংনা উবা ইবুংঙো। অহুগুম্বা ওঝা ওইবগী শিনফমদি মমল য়াম্না য়ামথ্রপোংনিনা।

বাহৈ খর অসি হায়রম্লগা মথা তাথরক্তনা ঙাইহাক মিকুপ তুমিন্না লৈখিরম্মী। ঐস্থু মাগী মতৌহুদা লোম্না হাইরপ হাইরপ য়েংঙনা বাখল অমদ মখল্লি। মিকুপ খর লৈরগা অহলহুনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হংলকই—

ইবুংঙো নবু কৈতৈ নল্লনে?

অহোই মাগি।

ইবুঙো ন, অতোপ্পা বাখল অমা খনগন্নকো। ঐ য়াম্না মুংঙাইত্রে। অঙকপা অমা হায়বহু ওইরে। ঐ তৌফম হায়ফম খঙদ্রবনি। কনানা চুম্লিবনো! কনানা লাল্লিবনো? ঐ খঙদ্রে। ধর্ম্ম হায়বসিনা করিনো হায়বহুস্থ ঐ চমমনে। জাতি বিজাতি হায়বসিনা কনানা খায়বিরম্লিবনো? ঐখোয় মীগী মী ঙাক্লি। ঐদি খনফম থোক্রুবনি ...... বাহৈ খর অসি হায়রম্লগা তুমিন্না য়াম্না মুংঙাইতনা নিংঙমদবগী মমি অমা মাগী মাইখোং অহুদা উংলহুনা য়াহুনা উম্লবা খাহু মঙাইখ্রে। ঐস্থু মাগী মতৌহুদা ইঙক ওরা য়েংলি মাগী পাউদম অহুস্থ মথা য়াম্না তাথহল্লিলে। করিনো হায়বহুস্থ তং-তাবা অমা শঙনিংলে। ঐস্থু তঙাইফদনা—

খুরা, কৈদোরনো তুমিন্না লৈবিরদি? ঐস্থু বাহৈদনা ওইরস্থ ঙমগদবা লৈরদি মতেং পাংজগেনে।

অহল অহু নোকফেৎ তৌরকই অহুগা মথা তাথরকই—

ঐ নঙোম্দগী মতেং অহুক য়াম্না দরকার ওইদে। ঙইরিবদি কোংদোক্নবা ফুমহুনা লৈবগী মহুৎতা রাখল অসি ন'ঙুখা মীখুংগি পোকপিবা ৎখা মৈতৈ মচা অমদা রারী শাবা ফংজহুনা থম্মোই পাউদমসে ভাবিরিবা অসিদনি। অহুগা ননা রারীসি ভারগা ঐঙোন্দদি রারোবিদবা।

ওম্বোক ওম্বোকপা হায়রহুনি খুরা। ঐসু মোকই। মাসু মোকই। মহাক্কা মথা অমুক তাথরকই –

লিলোংদগী মৈতৈমুপী অমথক ঐগী ইচাদা নোকএনে।

ঐমা মরক থংলি – অহু কৈদৌরগেনে ? ঐসু ইচম চম্না হংউবনি।

কৈদৌদেনে ইবুংঙো। অহুদা অতোপ্পী ওইমা লাকইবনিনে। থৌদোক অহদা ইমৌ অহল অহু ইশু মরি মঙাহু পুরগা মপামদা চৎথোকখ্রে। ঐসু মকুনি হায়রহুঙাই, মপানি হায়রহুঙাই, খুড়াদি গতি লৈতে। ইমৌহুদি অমরোমদা তরাইথোকখ্রে। মাবু মীরাইরুবগী রাদি নত্তে। ঐদি ইশুশিংহু উত্রবদি লৈঙমখ্রে। চাবা থকপা চংখ্রে। সোমদনা ইমৌ অতোপ্পী মৈতৈ মুপীসিনসু – হেক থাইদোক্লবদা আত্মাঘাট তৌহুনা শিনি হায়রি খুরাসু ঙাংফম তৌফম থঙখ্রে। অমরোমদা মহাকপু, ইমৌ অতোপ্পীহু, মপাম খোঙ্গুল হেক তারুবদা মখোয়গী মীশিংনা শীংনহুনা লৈরি হায়বগী পাউহুগা ইবুংঙো, পুন্সি শিংহুবগী রানি। মহাক মপুরোইবগী ময়ুমদগী চেল্লকপনি। মুপা অহুসু শিখিবা পংকুয় কুয়ত্রিবনি হায়। মহাক অশেংবা লুখ্রাবীনি। জাৎসু

তিমদে। মহাক্না মৈতৈনুপী। ঐগী ইচানা পাঙল। য়েংউ ইবুংঙো ঐনা করিনো তৌদোরিবা। ঐনা মখোয়বু খাইদোক্লবা হোংনকরো, তাম্মোকলুরো নুপীমচা অসিগী পুক্সিন করি ওইরা। অহনা ঐনা হাংপগী পাপ পুহোগনি। অমরোমদনা অপিকপা মচা অনি অহুম্মু ময়ুমদা মৈতৈ মপু মবেলহৃদা "ইমা পীয়ু, ইমা পীয়ু" হায়হনা ক্রং ক্রং চোংলি হায়বগী পাউহুমস্মু তারবনি। করিনো মসিদ ঐনা তৌগদবা। নুপা হায়বসিনা ওমগে হায়না ওমখংলক্লবস্মু খোমগী অচাং মচাবু খোম পীথক্লনা ফমুংদা শুমহনা থময়লগা অতোপ্পা নুপা অমদা মপু-ইবগী ময়ুমদগী চেনখিবা ওক্লিবনি। নুপাহুস্মু লৌনি চেন্নি হায়তুনা চেল্লিবনি। অঙকপা হায়বড় ওইরিবনি। মসিদা নত্তেদো-মরা অমাবা ছদোক্লম্লগা শামু ইরোইবা য়েংদুনা লৈবগী রারী কয়া অমা। মসি নখোয় মৈতৈ সমাজদদা থোকপা নত্তেদো। অতৈ অতোপ্পা সমাজদস্মু কয়া অমনি। ঐখোয় পাঙলগাদস্নুনি। ঐখোয়গীস্মু এক তলাক, দুই তলাক, তিন তলাক য়ামগ্রপোংনি। ইবুংঙো ঐদি অহল ওইরবসিদা রারেদা। ইচানুপা অসিনদোরা মতোমতনি ঐনা পোকচরিবা। ঐগীদি মামা ইচানুপা নুপী শাক্লিবনি। ঐস্মু গতিদি লৈত্রে। মচাগী প্রেমনা ঐবুস্মু পুল্লে। ওম্মোকইদা মমা অহদি ঐখোয়বু ছন্দোক্লম্লগা লাইরৈবাক য়ৌগ্র-বনি। কুয়রবনি। মাদি মরাইবক যরে। অসিগুম্বা দশাসি থওদনা চংগ্রবনি। ঐ হৌজিক করি তৌগদবনো থওদে। অহুবু ইথও থওহৌদনা ছুইশেল অমা খোংলকপগী মখোল তারকবি। কন্দক্লরনা "লিলোং, লিলোং" লাউরকই।

অহল অহ্ন অরাবগী পোৎলুম মচা অমা ঐঙোন্দসু থোনগৎপিরম্লগা খর য়াওলবগুম 'ইংবুঙো নহাক রারোম্লু। ঈশ্বরগী লীলানি' হায়রম্লগা বসতগী কুমথহৌই। ঐসু মাবু য়েংনা ফমজহৌই। অদুবু অহল অদুগী থম্মোই পাউদমশিং অত নিংশিং নিংশিংনা গাড়ো ভোংদুনা লাক্লে। ঐসু কম্বা নুংঙাইথিজে মরুপ! মরমদি মীগী মী অম্মানি। মীওইবা দশাগী মনাইনি। মং ঐদসু খোক্লবা ময়াই। অদুবু খন্দুনদি ময়েংসি— থৌদোক অসিবু নুংশিবা কৌবা লাই মহাক্কী খুৎশেমলনে? লাইবক্তা তঙ্গরথনবনি হায়নজ্রা? নত্রগা ঙাইহাক্কী পুক্নিংগী ঈথৌলাবগী অঙাওবা মিকুপ তুনা চিংখিবা লৈচিংনরা? তরাইবা থবক্তি নত্তবনা নুংশিদনা নুংশি শাদুনা থরাইনা পোম্বা ওইগে খন্বনরা নত্রগা অশেংবা নুংশিবা হায়বদুরা? ঐ কোক ঙাওই। অসিমত্তং অরেপ্পনি হায়বা থগুদনা তংভাবা অমা হায়বা ঙম্লোইদোরি। ঐদি খনখিগনি পুন্সি করিনো? ধর্ম্ম করিনো? মুপা মুপাগী মরক্তা লৈনরিবা মরীসিনা করিনো? মমা মপাগী নুংশিবনা করম্বনো? মমা মচাগী নুংশিবা .... ... হা·হা-হা মমানা মচাবু নুংশি হায়বসি মতাং অসিদদি অরাম্বনি। ঙকই মরুপ ঐদি ঙকই।

ঐসু খল্মী - হোয় মমানা মচাবু নুংশি হায়বসে সংসারসিদা লৈরিবা জীবা পুম্নমক্কী মফমদদি চুম্লবা রাকম্নি। মদুগী প্রমাণসু য়াম্না লৈপনি। ঐখোয় মীওইবনসু য়ানরবা রাকম্নি। ভৌই-গুম্নসুং ঙসাইগী মৈতৈনুপী অদুগী মচা অনিদুমদি চুম্মী

হায়রবতনি মহায়গ্নরোই। মথোমনা হায়গনি— লুংশি হৈত্রবী ইমানি। মৈতাগ্না ৱাথৈত্রিবমথৈদি মুংলরোইদবা পুন্সিগী মৈচাক্নি। পুন্সিসিমগী কোক্লরোইদবা পুন্সিগী দাগীনি।

বস মনুংদা অহল ওইরবা নুপাচ্চুনা ঐগী মরুপত্তা মপাউ তম্লকই। মরূপ তুনা অমুক তারকপা মপাউ ঐঙোন্দা তম্লে। ঐনস্তু অমুক পাবিরিবশিংদা পাউদমজরি। লৈগী লৈনমদি মালংবনা মপূখি, মীওইবগী মপাউদি মীওইবনা মপুখি।

## খাঙজুথক্কী লৈরাং

বসন্তগী ঋতু খুদিং লৈরাং লৈশাং তম্লম্বা লৈরাং লৈশাং তম্লকখিরে। লৈরাং হৈরু পানগ্রমাল্লে। করম্বা মতমদা হৈমুন কাহুনা তাইবং মণ্ডলান মঙকাওনহুনা তাইবং মালেমদা কেল্লকদগে থঙ্গবনা ঐগী নিতিগী লাইনিঙ ওইরবনি। মহুগী ফলনা করি ওইরকদৌরি হা? বাখল পুম্বা তাইবং শেম্বা মপুগী মফমদা শিল্লথোকচহুনা ঐনা ঙসি লেম্বীস্না হায়রবা থিংথোল অসিগা কোয়না পুঙমত্রবা পুন্সি অসিগা শাগোম্লহুনা বানা লেল্লক্লি। ওথোকপনি লেম্বীস্না ঐগী পুন্সিসে। ঐবু হেক পোকপীরিবী পলেম ইমা মহাকপু তশেংনমক লাইবক থীবী মচাবু হেক

পোকপীনিকো। নত্রগমা ইমা মহাক্না ঐগী অপোকপীদি মরুমা অপোকপী শাহুমা য়োকপীবরনে? ইমাগী বাখলগা ঐগী বাখলগা কয়াগী মতিক খেন্নরিবা? ঐগী বাখলনা লোমা নত্রগা কোংনা ওইরবসু পুন্সিগী অঙমা অয়ুক্তা অহাম্বা উন্নখিবা ঐগী মরুপ অহুনা ঐগী পুন্সিগী অহাম্বা অমসুং অরোইবা মরুপ ওইজগে লেপচখিবনি। ফুপী ওইবীগী ইজুংপু লুনা শেংনা অমদি মমল কানা থমজনিংঙই। অমরোমদনা ইমামা ঙসিগী যুগ অসিগী খোঙলৈ মতুংইন্না পৈশাগীদমক লাইনিং ওইরি, সনা লুপাগী মঙ মংলি। ইহৈনা ইপাদলনা তাম্বনি খম্না ইমানা ঐবু পুহনা ঐবু পোকপা ভুবোনস্নাগী মফমদগী খাইনহনা হেক মপামদা হল্লকপা মুমিংঙগী মুপীগী ইজং য়োম্থোক্তুনা তাবলকপা শেলনা ঙসিকাওবগী মনুংদা কদাই-ফাওদি চাউখংপদি ফংলবা। ইমাগী চহিমা হৌজিক চহি ৪৮ চংলক্লে। ইমাগী তনৌরম্বা হকচাং পুম্বা মম্থরক্লে। কল্লক মিহৌনকম ওইরম্বা ইমাগী হকচাংবু পাম্নরক্লে। ভাবোকশিংনা তকশিল্লকপদগী ইমাসু থকতোকপা ঙমখিত্রে। নিংশিংলক্লে নোংমগী থৌদোক অমা। থৌদোক অহুগী মৈরিনা ঐগী হকচাং কয়াং থুদিং লাম্না চাকখিবনি।

নোংমগী মুমিদাংবাইরমনি। ইমাগা ঐগা ঐগী কাদা যুম পাম্বগী মরমদা বারী শারি। ইমা ইচাদা লৈবনি। ইমা ইচা মতমা বা তামনিংঙই অতৈ কমা লৈতে। ঐগী ফিগে রুনেক লাংশিমা, নেক্লেচ শাজিমা, থুদোপ, থুজি মাচি, ফিবাম

মাইবী অমদি মচু মরাং কয়াগী ফিজেৎ চাকচাদা মিক'হন্না পোকহন্দুনা ঐগী থম্মোইবু মথুম মরাং হৌহন্দুনা ঐগী পুক্লিং থম্মোইবু ইরাই লাইনা থুদুম চনশিন্না ঙমগ্রে। নহালমখৈ ইমাগা ঐগগী মরক্তা লৈমরিবা মন্নী অসি ঈশিংগা থাউগা ওইরম্লবস্থু ঙসিদি ঈশিং মথক্তা তাউহুনা লৈঃব্বা ঐগী থম্মোইগী মশক লৌরিবা থাউ অদু তপ্পা তপ্পা ঈশিংগী মশক ওইবা ইমাগী পুক্লিং থম্মোইনুংদা লুপথংবা হৌরক্লে। ইমাবু তশেংনা নুংশিবা ফাওরক্লে। ঙসিদি ঐগী থম্মোই ই জরে। খল্লক্লে —ইমানা নহানমখৈ নুংশিবিরমদ্রবস্থু ঙসিদি নুংশিবীরক্লমাল্লে। মচা লৈশাবী ফারক্লে, থাজ·য়োঞ্জ মতম ওইরক্লে হায়বসি খন্বদি মথন্বিরক্লমাল্লে। মমা অমা ওইনা মচাবু অফবা লমজিংদা চিংশিন্বিগে নিংলক্লমাল্লে। লৈবাক সমাজনা ঐবু পাউথোকপি-রিবা ইমাগী নাকোংদস্থু মালং পাউজেল ওইনা য়েররমাল্লে। তশেংবমি ইমা ইচাদা লৈজবনি। ইমাগী লমচং মতাশিনা মচা ওইবা ঐবুস্থু ইমাগী খুদুং ইল্লমগনি হায়বদা হায়মন্না থোক্লোই। লৈবাক সমাজনা চিংনরিবা, পাউথোকপিরিবা অরান্বা ব্রাথল ওইরোই। লাল্লিবদি ইমানি। অমনা মী অনিগী ইমুংনি। ঐনা ইনখংলক্লিবা লৈশাবী মচানি। অদুম্বদি ওইরগা মিৎমক্লা নামক্লা উহৌ তাহৌবস্থু নত্তবদা পাউথোকপিরিবা অসিমত্তংদি মীওইবা সমাজসিগী অহেন্বা লমচং ওইগনি। মরমদি মীবাগী নুংশিৎ মরক্তুদা মিকুপতু ফাওবদি চম্না শেংনা পুন্সি লেঞ্জরকপদনি। অদুবু অসিগুম্বা অরা মৈশারক্কী বদনাম

মরক্তা ঐনা রানা খাংজরকপনা ঐগী চহি ১৮ দি মপুং ফাডিল্লরে। ঐগী হোৎরবা পুন্সিবু অমুক্তা লাকশিন্নিহনবা য়েংবিয়ু অচগা ওইরক্কদৌরিবা তুংগী পুন্সিবুস্তু থম্মোইগী মিৎয়েংদগী অমুক্তং য়েংবিরক্কুনা থম্মবিয়ু।

ভসিদি অহুগুম্বা ফিভমহুদগী নানথোকপা ভম্রগত্রা খঙ্জবগী মঙাল অপিথক অমদি উবা ফংজরে। মরমদি ইমাবু থাদোকপা ভমদহনবা লৈঙ্ররকপা ভসিদি ইমাবু থাবা ভম্বগী ৎৌনা লৈরগনি নিংজররে। ঐগী মুংশিডরবা বসন্তগী হৈনা তুংইঙ্গুগে। মুংশিদকো ঐগী থম্মোইগী মবুংঙো, ঐগী তামো বসন্ত। নরক্কী কোমদা ভারবা ঐগী পুন্সিবু মংনা ৎসি মণিগুম থন্দুনা পাপ্পা থল্লবা ঐগী পুক্লিং থম্মোইবু শেংদোকপিহনা নখুংমক্তা ঐহাকপু অহুগুম্বা নরক্কী কোমহুদগী চিংখংপিগে হোৎনবিরিবা অমস্তুং ঐবু লৈবাক সমাজগী মীনোক মীচৈরক্কুগী কনবিগে থৌরাং-বিরিবা নংগী থম্মোইনুংদা ঐগী থম্মোইস্তু লোম্না থুপ্পা লৈজগে। ঐবু মুংশিনা নাউকোন্নিয়ুকো। ঐগী থম্মোইগী চম্মরবা মরুপ! ভসিদগীদি নংগী নকাদা চংজরবনি। ঐবু লৌশিনবিরো হায়-জরগনি। মহালমখৈ নিংথিরবা থাজগী ইংলবা থাবলগী মেংলবা মঙালবু পংলবীনা ফিজিনা ৎন্দোকচরুবা মুক্তা ওইবী ঐগী ইরালনি ভাকপিয়ু। পংলবীগী মপোক্তা নরক্কী য়ুম অমদা লৈরুবনা পাথং থম্মোই অরেপ্পা ওইরম্লোইত্র: চিংনজরুবা পংলবী মুক্তাগী ইরাল ওইরম্লে খন্না ভাকপীয়ু হায়না পুক্লিংগী অরেপ্পা ফোংদোকচরনি থন্দুনা লেম্বীম্নাগী মাইথোং হরাউ মকা লামজরকই।

অসুম্না মমা মচা লৈমিন্নরিবৈ, রাখলনদি মাগী মুংশি-জরুবা বসন্তগী মুংশি ঈরোম্ন'দা লুপচ, মাগী ভুংগী পুন্সিগী আশাগী মঙলান্দা তাওহুনা লৈরিবৈ তাঙ্গা অসিদা রা' চাউনা রাশি লৈরবা ঙোরবা মাইথোংগী মপু ওইরবা নহা অমনা হৌচে হায়মা মিক্লৌরহুনা থোং অহ্ হাংলগা ইমুংলোমদা চংলকই।

এঃ ইবুংঙো লেংলক্লিবরা? করি থবক্কী ওইবিরবনো? লেখীস্নাগী মমানা শকথংদবা নহা অহুবু তরাম ত্রাম ওকচরি।

করিগীসু মংচদে, অসুম চংথোকচরকপনি মুপা অহুনা পাউথুম পীনা পীনা মাগী ফুরিং-খাওদগী সনাগী নেক্লেচ অমা লৌথোক্লগা— ইবেম্মগী লীক হায়বহনা অসিমি— হায়না মোক্মি নোক্মি তৌনা লানশিল্লি।

লেখীস্নাগী মমাসু নোক্মি নোক্মি তৌরহুনা করিনা লমন শিংগদদে হায়রহুনা লীক অহু লৌরগা তিংওক মাইওক্লুনা লৈরিবা লেখীস্নাগী মঙকশমদা হুকচিল্লিরগা — ইবুংঙোনা মচাগীনি হায়-হুনা শাবিরক্লিবা অসিদি পকপু পকচরিবে। হৌজিক্তা হুকচিনখ্রিবা লীক অহু অমুক হুক্তোক্লগা মথাদি অসুম্না তারকই— ইবুংঙো মচলগা রারী রাভাই শাহুনা ফম্মিন্নহৌ, এহাক চাম-থক্লবা থরা লৌক্লখিগে। রাহৈ থরা অসিগা লোয়নবা মপানলোমদা অহুম থোকগ্রে।

মপানলোমদগী থোংগী পুনা অহ্ তপ্না তপ্না পানশিন-খিবগী মখোল অমা নাপোন পিক্লা তারকখি। অমরোমদনা লেখীস্নাদি ইওক ওকগ্রে। ওকপদগী জ্ঞামসু মাংবা হৌরক্লে।

থল্লক্লে — কল্লম্বু কল্লিগী শকথঙদবা নুপা অসিনা স্নাগী নেক্লেচ অসি ঐগীনি হায়চনা শারক্লিবা। ইরাং অদুদা ফুম্বংনহুনা লৈরম্লিবা লেম্বীস্নানা তাইবংগী জ্ঞান লাকলবা মতমদদি মহাক মশামক ফমুংদা ফম্লম্বগী মচুংতা ফমুংদা হিপতুনা লৈরম্লে। মিকুপ অমগী মমাংদা হৈনিংলম্বা পুক্লিং হকচাং অনিমক ইহৈ হৈনিংলমত্রে নুংশি হৈত্রবা নুপা অংসু মহাক্কী মনাক্তা অহুম লৈরম্লি। তৌজিক্তি মহাক্না থঙহৈ মতুংদি শকথঙদবা নুংশি থঙত্রবা নুপা অসিনা মাগী নুপী ওইবগী ধর্ম্মবু মাংহনগ্রে। লেম্বীস্না হৌজিক্তি হিক্রা হিক্রা কপথোরক্লে। মতৌচুদা নুপা অদুগী কল্লবা থম্মোই অদুদি পেংলকপগী মচুংতা তপ্না তপ্না অমুক লেম্বীস্নাগী তনৌরবা হকচাংগী কম্লাং খুদিংবু লাইথিগুম শাম্লবা হোৌরক্লে। শকথঙদবা নুপা অদুগী মচিন্দনা লেম্বীস্নাবু নুংশি, য়াম্না নুংশি হায়না শোঞ্জরবস্নু মরমচংতি শাগুম্বা মরমচং চংলি। অঙকপনি! হে তাইবং, তাইবং মীওইবা!

অস্তুম্না মিকুপ পুজা কম্না হৌগ্রে। অদুবু মাবু পোকপী পলেমগী য়াব্রাদি তাবা মরৈত্রে। মিকুপ্তুগী পুংজানি। পুংজ্রা কম্নাস্নু হৌথিহুমা অহিংহুমা শকথঙদবা নুপা অদুগা কমুং অমত্তদা লেম্বীস্নাগা লেনমিম্নরক্লে। নোংঙাল্লমদাইগী মতম য়োরক্রবদা শকথঙদবা নুপা অদু তুমিম্না চুরাম্বদোনা বা-লাং অমত্তা চাংলমদনা লেম্বীস্নাগী মনাক্তগী হৌগংগ্রগা থংনবা কা অমগ্নোমদা থোকগ্রে। অদুদগী অমুক হম্না মাগী মশক অদু উথিত্রে।

ঙুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে। ঙসিসু লেম্হৌস্না অতোপ্পা শকথঙদবা নুপা অমগা লৈমিন্নরি। মসিসু মমানা শিন্নদগী খোকখিবনি। হযেংনা অতোপ্পা শকথঙদবা নুপা অমগা লৈমিননগনি। হংচিংনা অতোপ্পা শকথঙদবা অমগা অহিং লেনমিন্নগনি।

মতাং অসিদা লেম্বৌস্নাগী অচম্বা অমদি অশেংবা পুন্সি অমা ওইবগী মতৌ উংলম্নগা হৌজিক্না তুক্কচনরবা মথলগী পুন্সি অসিদা করম্না খোঙথাংজিনখ্রিবনো অমদি হৈনবী অমা ওইবগী মতৌ উংলক্লিবনো হায়না চিংনিংনাই ওইবা থম্মোইদু গী ৱাহং মচা অমত্তং হংবিদিংলম্বা য়াই। অশেংবনি হৌজিক্তি লেম্বৌস্নাগী পুন্সি তুক্কচনিংঙাই ওইরবনি। মসিমক লেম্বৌস্নানা থঙৈজে। অহবু মাগী পুক্নিং থম্মোইদা করিগুম্বা অমা চপ য়ুংনা লেপখ্রে। মহাক মতোত্তনা হায়রজে— ঐগী মপোক মীওইবগী নুংঙাইরবা মপোক অহু নত্তে। মরমদি ঐনা ঐমক্কী মপোকপু তুক্কচবা পোকচরে। ঐগী পুন্সি নুংশিরবা পুন্সি ওইদ্রে। মরমদি ঐ ইশানা ইশাগা পুন্সিবু পুন্সিগী মরেক মহাও য়াওত্রবা কম্লবা পুন্সিনি খঙ্জখ্রে। ঐগী লাইবক মপোক থীরবা মীগী লাইবক্কি। ঐগী হকচাং মমল য়াওত্রবা হকচাং পোলাং ওইরে। কৈথেলদা য়োল্লী লাইথিগা পাম্মরে। ঐনা লাইথি ওইরে। ইমানা ঐবু লুকমাইদা হাপতুনা শকথঙদবা মীওই কয়াদা মনত্তিক্লহনা য়োম্বোকপীরে। ঐ ইশানা ইশাবু খঙ্জরে মতুদি ঐগী হকচাং অসি থরাই য়াওদ্রবা মিরেল হামচৎনরবা শরগী ওইবা হকচাং পোলাং ওনখরে। অহবু ঐগী

আহ্নাবুদি ইমানা লুকমাইদা হাপতুনা যোম্বোকপদি ওয়োই। ওম্বস্থ ওক্লিক্রি। অসিমস্থ ঐ ইশানা খঙৈজ মতুদি ঐনা বসন্তগী মফমদা চংজরুবা মিকুপতুমক্তদা মাগী সুংশিখঙলবা থম্মোই মন্দিরগী থোংজাউ অহু লাউনা হাংদোকপিহুনা ঐবু তরাম তরাম লেংশিনবিগনি। ঐনস্থ মাবু তশেংনমক সুংশিজবনি। থর ই মতামক য়াওনা সুংশিজবনি। মানস্থ ঐবু পুক্লিং থোইদাং জনা সুংশি হায়বীখিবান। অহুবু ওম্বোকপমি মীনা শিন্বনা অমা লাইনা তম্বনা হতোঙ্গা অমা হায়বহু লাইবক থীরবী ঐগী ইফমদা থাকত্রে। পুন্নমক অসি ঐ ইশানা খঙনা খঙমা ঐগী পুন্সি লেল্লক্রি। ওম্বস্থ ওমজরক্লি। ঐ ইশানা ইশাগী পুন্সিবুহু হঙ্গোইজরবনি। মমল য়াওব্রবা পুঙ্গিনি খঙজরবনি। সুপী ওইবীগী মপোক থুদি মকপু চেম্বরগদবা মপোক অমনি হায়বসিস্থ খঙজরবনি। অহুবু মচা অমা ওইনা ঐবু থাতরা নাউপুংনা পোকপীরিবী ইমাগী লমন্দদি শিংলমখিগে খঞ্জরিবনি। ইমাগী নিংবংদি পুন্সিগী মিকুপ অমতংদা ওইরবস্থ থুংকল্লমগে খঞ্জবননি। ওসি ঐনা ইচম চম্বা করিগুম্বা চিংনবা অমত্তা উৎতনা অশিংগুব্বা নংকী য়ুম অমগী ক অমগী মনুংদা মৈথক্তা থাঙ্গৎলবা অশিকপা থাং অমগী মংকী ইমানা ঐবু চৌবহুদা চোইনি মাইমি হায়দনা তুম্মিন্না লৈগোকচবনা ঐগী অশেংবা তৌগদবা ইথী ওইরমাল্লে খঞ্জরুবমা পঙলবীমী মতম অস্থক কুইবসি খাঙজরক্লিবনি। হায়রিবা বাখল অসিমক মোংমগী সুমিদাং হাইরমগী থোংদোক; বাং-চাউরবা অঙোবা মাইথোং অমগী

মপু ওইরবা শকখঙদবা মুপা অহুগা শাগোম্বা ঐগী পিরবা হৃদয়ং অমদা অহিং তম্না লেম্মিম্বিগনি মিকুপ অদোগী চপ চুংবা লেপচম্লবনি।

ও: অসিগুম্বা ঐগী থিক্তম অসিদা কয়া কুইনবু লশাবী শাকুনা লৈবা ওম্লকখিগদগে? মমা-মপা ওইবীগী থুদম অমা মপামদা লৈজরীবী চহি ১৮ গী লৈশাবী ঐহোক্দস্ তাইবং থুংশেম কাম্বদনা ফাওরক্লে। বসন্ত ঋতু থুদিং লৈরাং লৈশাং অম্বা লৈরাংসু লৈশাং তম্লকখিদবা লোইদাম থাবুম অহুম হায়রক্লে। অসুম্বা লৈরাং মহৈ মানখিবসিনা হৈমুন কাম্বহুনা তাইবং মংলান ফাউনা যালেমদা কেম্লকপা মিকুপতুদা ঐদি লোয়রেদকো হায়বসিনা ঐগী মিতিগী লাইনিং লাইশোন ওইরক্লবনি। হায়স্সু ঐনা হায়জক্লবহুনি। ওস্লোকপনি ঐগী থিক্তম অসি লুরবনি। মপা মশক খঙদনা মমা অমা ওইবা ঐগী থরাইনা পামজরুদে, মিরেল ঐনা খোইদাজরুদে। অহুগা অমরোমদনা ঙসিমক ঐনা ঈশ্বরমক্তি থম্না ঐগী থম্মোইগী থুম্লবা কাচিন্দা ঈরাংচরক্লিবা ঐগী থম্মোইগী মথুংগী ওইরিবা বসন্তগী মকমদা চংজরুবা মতমদা মানদি ঐবু তরাম তরাম পৌশিন্নিগনি খঙনা খঙবা মাগী মহাদা চংজনিংউরে। মরমদি মাগা ঐগা নুংশি পন্থুং রাইথুনহুনা পাপকী মরুমা হুনম্না পাশক্লিবা পাপকী মহৈ মচা অসিবু পুহনা মনাকা চংজনিংউরে। অশেংনমক ঐনা মাবু নুংশিজবনি। মানসু ঐবু নুংশিবিহুনা

লাকপনি। ঐনা মাগী নাক্তা লৈবা কংজক্রব্রবস্থ মাগী নিংখিবা চেংলৌনা, তরাম্না লমচংনা ঐগী থম্মোইদুংদা মতম পুম্নগী ওইনা নুংঙাইবগী ইহল অমদি পীবিহুনা পুন্সিগী মঙাল মন্নিক অমত্তুংদদি উংপিরি। মসিনি ঐনা নুংশিজকপা অমদি মানা ঐখু নুংশিবিবগী মহৈ। মসিনি ঐনা পামজবা নুংশিবগী আদর্শ।

ঙসি পূর্ণিমা নুমিংনি। নোংপোকথংবা অতিয়া মকোয়দা থাজনা হরাউ মচা লাম্না চিক্লা ইংনা চাংম্মোইরি। ঙসিগী নুমিংসিদি শকথংদবা ওতিথি অমত্তনস্থ লেম্বীস্নাগী পীক্লবা কা মথুংদা যোংলদরে। অসিগুম্বা তাঞ্জ অসি লেম্বীস্নাগীদমক্তি মহা পূন্যগী মশক্তি। মমাগী মকমদনা মহা পাপকী মশক্তি।

মহৌশাগুম ঙসিস্থ পলেম মমাবু মথুংমগা থোং-থাক্লুনা লেম-শাবা লোইজরে। পুথম অমত্তদা মমা মচা হরাউ হরাউ চামিন্নজরে। যোযোন নোকমিন্নজরে। নিংথিবা লেম্বী-স্নাগী সেবানা পলেম মমাবু থোম্লেন ভুমথুল হুলহমগ্রে। মহাকস্থ হুমা চংজগ্রে। অহবু মহাক্তি মিকুপ অমা মমিং উইশিন্না যাথিম্নে। মঙল মঙল থন্নবা ভুংনা লৈম্লবা বাথলগা লোইমনা মিক নিক লাউরবা পুন্নিং থম্মোই পুম্বনা ভপ্না ভপ্না মপান থোমক্লে। নোংদোল থাজস্থ কোকতোল লোম্নয়ে।

কাল হারবা মতমগী লাইরেম্বী অমমা লেম্বীগী পুঙমত্রবা পুন্সিগী মশক ওইয়বা থম্বাই মিরেল হহুনা পুবীগ্রগে মতাগুম মিকুপ বাহম শেল্লকপনা ঙসিদি মাগী নিংবা থুংলগে মতানি। অপেংমমক ঙসিগী নুমিংসিমুক পুন্নিং থম্মোই হরাউ মথোই কাজনা

পুন্সিগী মহাউ থওনা চুপ্পা ফংজবদি লেম্বীস্নাগী হৌগ্রবা পুন্সিদা থক য়াওখিদ্রি। মতুংদস্মু য়াওরকখিনি হায়বদা থাজবা পোকখিদ্রে।

লেম্বীস্না থাবলগী মওান্দা শেংনা ইরু মাইথকরে। ইংলবা থাবলগী মওান্দুদা মশাগী কলা পুন্না মপুং ফংনা কুদোংক্লবা, ঙৌনা ফজরবা মাগী কুচু, শাওং শাথেক ফিভম মুর্ত্তি পুম্বু য়েংজরগা নিংঙমদবগী মৈরিনা থম্মোই লকা শিনথুংনা চাক্লক্কুম্না প্রিয়াংনা মিংলু ইথুম্না শিন্থজরকখি। মপুং ফারবা নিংথিরবা কলা খুদিং প্রকৃতিগী মফমদা শিন্নরম্লগে মওংনি।

ওস্তোকপনি! করম্না রাখলগী মখা পোন্দুনা অমুক তপ্না মাগী পিক্লবা কা অ দা চংখ্রিবা। থুংশেম য়াওদনা মশানা নিংথিজরবা মাগী চেংলৌ শক্তম্নি। অদুগী মথক্তা ঙসিদি মতা ফাবী মাগী লাইবক্তা চন্দনগী নিংথিবা কলানা লৈতে লক্লে। মশানা ঙৌরবা মাইথোংদা থুংশেম চংই হায়বা থওদম ক্রেম থাক্লে। থম্মাল লৈনাংশম ভঙাংলবা চিন্নান থক খা মেচরেল মচু শংলক্লে। লীরুং মাল্লবা মশানা মুজরবা পিশুমদস্মু থুংশেম চংই থওদনা আইরেব্রা য়েক্লক্লে। নিংচু রৈনা শাংলবা মুরক্কা শম্লাংস্মু নুংশিবা মমম চেল্লবা পাউ তৈবরক্লে। নিংথিনা হাং ভোক খোংতোক্লবা মুনা লেক লেক লাক্তরবা শম্লাংচুনা ফন্তক্লা উরবা নিংচুবু চোইজাইননা লোৎলক্লে। মহারা থ্বাইদগী পামজবা ফিজোল চন্দন মচুগী মোইরাং ফিজিন্ন হৎপা খি মঙেক অমদি তেনরা মচুগী মোইরাংফি চৎপা ফমেক্লা লৈতেংভয়ে। নিংথিরবা সনাগী থুমোপ অমস্মু থুনিংথৌদা পিক্লিলে। পিজক

তৌবা ঘড়ি অহুমগনা হেন্না কজহল্লে। ঙসিদি লেম্বীস্নাগী থম্মোই অহ মথুম মরাং হৌজরে। মাগী নিংবা থুংলনি ঙজ্ঞরক্লে। অসিনা মঙোন্দা মপকচরে, মসিনা মপামজরে চায়বা মহাক্কী লৈজরবহু নিংখিনা শেৎ-চাবা লোইরবদা তপ্না তপ্না মমানা ভুল্লিবা কা অহুদা চংশিনখ্রে। মমাগী চেংলৌহু মুন্না য়েংঙরে। তপ্না চংশিন্দুনা মখোঙ শোক্লা থুক্লমজরে। অহুগা মাগী কাদা অম্লুক লাকচরে।

তপ্না মোং-হাদনা নাশোন পিক্লা মাগী কাদা চংখিহুনা উপুহ্ন তপ্না হাংদোকচরে। নুমিৎ খুদিং থম্মোইনুংদা ইরাং-চরিবা মাগী থৱাইগী থৱাই ওইরিবা মবুংঙো বসন্তগী লোংভুনা থমঙরক্লবা কোটো অহু পুথোকচরে। মপি ঈরা শিন্থনা থুক্লম-জরে। তপ্না তপ্না কোটো অহু মাগী থম্মোইদা কোনশিঞ্জরগা অমুক মাগী কমুংদা চংখিরম্মী। থৱাই মিরেল য়াংঙ্রবা কোটো অংনা মবুংঙোগী মহুৎশিন পুন্সিগী মিকুপসিদা অহান্বা ওইনা য়াতামিন্নবা ফংজরে। লেম্বীস্নাগী থম্মোই ইংজরে। মাগী নিংব থুংজরে। হয়েংমুক্কী মপোক লাংওন্দা নুংশি পন্থুং-রাই-থুংমিংজগে, পাম্মু সেবা মতোল লোমজগে হায়বগী মতানি। হন্দক মপোক লাংওনগীদি কায়না পিরাং পিরোইনা মংলেম অসি থারগে। পুঙমক্রে পুন্সিগী পোংলুমসে। খাঙমক্রে নুংশি মৈচাকসে। লোইরেদো হন্দক মপোক্কীদি। মিকুপসিনা অরোইবগী মওংনি। নিংঙম নিংঙমদনা মহাক করিগুম্বা অমা মোন মখাদগী লৌথোক্লগা থকচিনখিরম্মী। লাইবক চাউবী

লেগ্বীন্নানি। মীরোল তারকপিদগী পালেম পন্থো শুনা নাউ-ক্তোল্লক্তে। বোক্লচাউবা সমাজলক্তা ৱানা পুন্সি লেপ্পরকপীমি। মপোক থীনা তম্লকপী লেগ্বীন্নাগী মপোক্নি। থকশিনখ্রিবা অঙ্গী মহি মন্নাইদি লেন্না মাংঙু তম্লমদে। মাগী মাগী মথৌ পাংথোক্লরকই। ও: লাইবক চাউবী লেগ্বীন্না, পিন্নাংবা থুম্মংলবা মিংস্না থবাল অনিদো তপ্পা তপ্পা উইশিনখিরম্মী।

নোংঙাম্লে। নৈবাক শন্না শাল্লে। লেগ্বীন্না ঙরাং তুমখিবদগী হৌগংলক্লে। লাইবক চাউবী মফাক্কগী নিংথিজবা চেংলৌ শরুম অহু অমুক হন্না তাইবং মালেম অসিদা উবা ফংলরোই। মহাক অমুক হন্না পালেম মমাগী লুকমাইদা ৱোবী লাইখিবী ভইররোই।

## লৌখংপা

হেল্লিবা মশক মতৌ মায়া ফজবী, বুদ্ধি লৌশিং মায়া চঙখোঘী মুপী মচা অমনি। মৌপ্না অমকুনে, পলেম পহৌনা মখোয় মরিগী ইমুংনি। ইংনা চিক্লা পাম্লে। মুংচাইবা পুন্সিমি। অচাং মাম্বা ইমুংমা লাইর তাল্লি, অচাং মামদবা ইমুংমা মুংচাইবা পাল্লি হায়নবদগী মতিক চাবা থুদম অমা উংপা তারবদি মুখুবেল ওইরিবা হেল্লিবা মপাগী ইমুংসিনি হায়বদা বাহৈগী লৈতেংদা ওইহনা তোকদবহুদি নত্রে।

হেল্লিনা মপাগী মমিং স্নুবোল কৌই। অদুবু মহাক্কী মমিং অসি হেড ক্লার্ক বাবু হায়নস্থু অদুম মখণ্ডনরে। স্নুবোল মপুকচেল য়াম্না ফজবা মীশক অমনি। মনাকপু লোম্বক লোনথা, মরুপ মপাং পুম্নমক্না লুনা চান্না তৌই অমস্তুং মুংশিবী। মহাক্না মীঙোন্দা থক অকাযবা তৌরুদে। মঙোন্দস্থু কায়বি-যক্কনু হায়বা মীতাহনি। অদুবু মতাক মীওইবনি, লু-তোংনা শাবনি। মপুকচেল অচক ফজবা, থরায় অচক চাউবগী মতিক মহাক মরিংচেল্লদি থায়। মৈতৈগী যাইহৈদা মুঙ অতেকপা শথা য়াদে হায়বহনি। অদুবু মহাক মুংশি চাউই। মীওইবগী মপোকপুদি মুংশিচৈ। হৌজিক্কী ওইরিবা সমাজগী ফিভম অসিগী মরমদা খন্নজবা মীশক্কি। মহাক্কী বাংলদি অফবা সমাজ অমা পুরকপা অমদি পৃথিবী অসিনা ইংনা তপ্পা পান্থা মতম অম' পুরকপদা পিক্রবা য়ুম অমগী মথাদতা ওইথোক্কনি অমদি মমা মপা ওইবা অহল লমনশিংগী খ্বায়দগী চাউরবা থৌদাং অমা য়াওরি খল্লবসিনি। অদুনস্থু মহাক্না মহাক্কী মচা মমাউশিংবু বারক হাতেমদুনা, মহৈ মশিং নিংথিনা তম্নলগা মতিক চাবা নাগরিক অমা ওইহন্না হায়বসি মাগী আশানি। অসিগুম্বা আশা অসি মহাক্কী মচানুপী হেল্লিনা অমস্তুং মচানুপা হেমো অনিগী মথক্কা থমদুনা, ওপি ফাওবা হিংবগী মঙাল ফংজদুনা লাক্লিবনি।

স্নুবোল ফরম্বা মীওইনো হায়বা থরগী মথৈদি মথণ্ডলে। অদুবু মাগী মরমদা অসিমস্থু মথণ্ডজিম্বা য়াই মছুদি স্নুবোলগী

লৌ পল্লি মঙাখক অমম্ম লৈরি। মসিগী মথক্তা থা অমমমগী লুপা ৫০/৫০ তুংশিন্বা কম্যুংলেটিব পাশবুকস্থ মম্বুমগী থ্বাইদগা অনকপা ডাকঘর অমদা থুলিল্লি। অমনা মচানুপী অহলগীনি। অভোপ্পা অমতুনা মচানুপাগীমি। চহি ২০ গীদমক্কী থমজিল্লিবনি। শম্না হায়রবদা মচিন-মৌপ্‌বানা কাংদোং কাম্বা চাউরক্লবা মতমগী য়েংম্বনা তুংশিনখিবগী মওংনি। অমনা লাইফ ইন্স্যুরেন্সস্থ লুপা লিশিং কুনগা অমা মশাগী মিংদা য়াওরি। অতুনদি মহাক অসি সেভিংস কম্বা, পৈশা শিজিন্নবা হৈবা মীওই অমনি হায়বনি ভাকসরবনি। মচাগী মশুগী ফনবা খঙ্গবা মীওই অমনি। মচাবু মশুবু অকবা নাগরিক অমমম ওইহন্বা হায়বসিমক মমা-মপা অমা ওইনা তৌগদবা মথৌ অমনি খঙবা মীশক অমস্থনি।

মথক্তা হাঙ্গস্থ হায়জখ্রে মতুদি হেল্লিনা মশক মতৌ ফজবী বুদ্ধি লৌশিং চঙথোন্বীনি। হৌজিক হৌজিকমক মহাক এম: বি: বি: এস: তম্লবীনি। কোর্স লোইগদবা থা অমরোমদমক ঙাই-শিল্লক্লবনি। অতুবু মরক অসিদা পাউ অমা তারক্লে মতুদি মহাক ডাক্তর তম্বা লোইরবা মতুং য়ুমদা অমুক থোরক্লরোই। মহাক্কী সুপা ওইগদৌরিবা হৌজিক ডাক্তর তম্মিন্নরিবা মোহেনগী মতুং ইন্দ্রগনি। সোমদনা মপা ইবুংঙো স্থবোলদি জ্ঞান তারে। মোং মংদম্বা বজ্র তাবগা পাংথক ওইরে। মসিনা অচুম্বা ওই-রল্লবদি করম তৌবা। তুংশিং শিংতনদি উম্বা লেংবা হৌনদে। তাম্রিবা পাউ অসিগী অচুম্বা থরদি লৈরম্বা তাই। অতুবু মমিংনা মনানা উত্ত্রি তাত্রিবা অতুগীদমক্তি মহাক্লা অতুক মামা থম্লকখদি

ত্তৌরুদ্রে। মরমদি মমামা মপানা হায়বা ইন্দবা মশাগী ওইবা মওংদা নিং-তম্মমা মশামা শিঙবা মহাক্না য়াজদে। মসিগী মরমদ্দা মতম কয়াগী মমাংদগী মহাক্না অমদি মমামা হায়ঙ্গমতা. য়ারক য়াতেমহুনতা লাক্লিবনি—ইবেম্মা লাং-ফাং, কচোয় মমাং ত্তোংকনু। মীরৈবাক্তা লাইরিক তম্বা চংপদা ইজাতিবু চেম্ববা. ইজাতিগী ইজ্জৎ মাওহন্বা থবক তৌগনু। হৌজিকী অহোঙবা সমাজ অসিদা চেল্লিবা ঈচেল, মতমগী নোংলৈ মুংশিং লোইমমক থঙনরিবা তানরিবা অসিনি। মৈতৈ মুপা থঙদে, মৈতৈ মুপী থঙদে, মপান্দবু লাইরিক তম্নবদি মথোয় মশেল অমগা অমগা মরী লৈনৈ, মীরৈবাক মচাগা কোয়মিন্নগা, অহুগা চংমিন্নগা হায়হনা তানরিবা অসিনি। চুম্মী. মথোয়গী নতুং কোইম ইন্নহনা চংলুবদি ওমদবনিনা নথোয়দি নিংতম্মে। চেকশিবনি হায়হনা য়ুমদদা শো লোম্বনদি কামবা কংকম থোক্তে। লৈগী লৈনমদি মালংনা পূবনি, মীগী মনমদি মীগী চিন্না পূবনি। মীওইবা ঐখোয়গী মনমদি ওয়োক্লস্থ শামগ্রবনি, অয়োল অথূপ কয়া, কনা লোন্দুনস্থ হেক্তা মথঙনরকপনি। মীওইবা ঐখোয়সে মহৌশামস্থ কল্লক-থম্বন চাওমগল্লি। কল্লক য়েংথিবা মীওইবনা মংগী অচেংবদা য়েংবা য়াওরমগনি। মথোয়হুমতা মংগী কত্তুনবদা শিনগনি অমদি পাওথোক্লবা হোংনরকনি। হৈমা শিংমা চংলু. মহৈদা পূক্লিং হকচাং অনিমক লুপপু। লম্কাংলবা তাইবংনি, লম্মী লম্ফে চংকম্বনি। লম্ফে চংখিদমবা হোংলৌ। সিমস্থ হায়বনি— ইবেম্মা নংনা মুংশিজবা মীশক লৈরবস্থ ইমান্দা

ইচং খোৗমা হায়দোকদবনি। অক-কত্ত পুম্নমক তাম্নসি। নিংতোল ওইবী ইচা মতোম্মতনি। ইচাগী নিংবা থুংনব হোৎনগনি। মংগী বাবামা ঐতোম্দা মুমিং খুদিং হায়দুমতা লৈরিবনি ইচাগী অনিংবা থুংহনগনি। অঙং অউম চাঙবা তমগনি। তৌবদদি ইপা ইপুগী হৌনবী মতুং ইন্না লৈবাক সমাজ খঙবা লু-হোংবা পামজবনি। ইমাস্ম পামজে। কচোয় কমাং লাং-কাং তৌগনু। মংদম্নিদো ইচা নিংতোলদি। নোংমদি ঐখোয় পুম্বা থাদোক্লমতুনা নপাম লমদম তুংওইনরমগনি। বিধিনা তমগ্রবনি. মখোয় নিংতোল ওইবীশিংদি মমা মপাগী নাক্তা লৈরিবা মতমসি ইমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈদগা পাংথক্লি। মুপা মথুমদা ইনৌ নোৗমা অমুক পোকম্লুগদৌরিবমিনে। অহনবু মৈতৈ অহল লমমশিংনা রানাই তুথি লুই হায়মরম্লিবনি। নংস্ম খন্দুনা য়েংউবে ইবেম্মা! অদুনা জ্ঞান তাউ হায়রিবসিনি। তরাই তরাই, তরাং তশোই খম্দোকপমা অকবা ওইরোইকো। ইমা ইপানা হায়বস্ম ইনগদবনি। মংগী অনিংবা অপাম্বস্ম হায়দোক-কদবনি। ঐখোয় মখোয় পুম্না থম-নৈনরবতদা তুংগী পুন্সিদা অকবা পুরকপা ঙমগদৌরিবনি। অসুম্বা রাহৈনা পোম্বা ওই, মচাবু হৈসনু শিংসনু রারকচবনি। অহনস্ম মচানা লাং-কাং তৌরকনি হায়বা থক থাজরুদে।

মতম্না কনাবুস্ম ঙাইবিরমদে। মোংমা মোংমা হৌখিবনা ঙসিদি হেল্লিমা কোর্স লোইরহুনা মণিপুরদা থোক্লকদবা মুমিংখি। প্লেন তাকমদা মমা মপা অমদি মৌপাম্বুপা হেযোগমা মহাকপু

ভায়রি অহবু মহাক্তি লাক্লে! এরক্কারীদা হংলুবদগী খঙলে মহৃদি হেল্লিনা কৌবী অমত্তস্‌ ভসিগী প্লেনগী খোঙচংকী টিকেট লৌখিবা য়াওখিদে। নিংবা কায়না মখোয় লোয়নমক ময়ুমদা হন্নরক্লে। অসোমদনা হেল্লিনা মহাক্কী মুংশিজ্বরবা মশানা খোইদাজনা খঙরবা পুক্নিগী খোংবুরোই ওইমিন্নগ'ন রাশক তেমশিংনপ্লবা মোহেনগা লোয়ননা পুক্সি লৈপুল শেম্নবা পাম্মু হৈনা ভুংইনখ্রে। হৌজিক হৌজিকমক মহাক মোহেনগা লোয়-ননা সেকমাইদা লৈমিন্নরি।

হেল্লিনাগী মপাবুং সুবোলদি কমদৌরি। ওফিসতা রা রা লাওরে। ইচানুপী শায়বসিদি মীগীদমক য়োকপীবনি— অস্‌মা ক'গী তৌনরকপস্‌ য়াওরে। মীগী মচানুপী অমা লৌক্লরব-নিনা ইচানুপীনা অমুক থুন্নং লমন শিংবা হায়বহৃনি। ইচা নিংভোল ওইবীশিংসী ক্লোনশানি। ঐখোয়স্‌ ইচা নিংভোল পোক্লরিবনি। চাউনা লুহোংথোকপিরসে। — অস্‌মা মুংশিনা শোদ্বিবা কয়া অমা। কল্লক পেন্নবনা কয়া অমা। অহবু সুবোলদি হায়নরিবা মন্নামদো থক মায়য়োক্লনা খুমলুবা লৈতে। মাগী হায়ববু মাগী মখোদা মপুক্লিং চংজবনি।

অমরোমদা সুবোলগা থাইদগী হেন্না লুনা তিন্নজবা মরুপ অমা মাগী ওফিস মনুংদা লৈ। মাগী চহি লেজানি। মমিংনা সুরজিৎ কৌই। মহাক্কী মচানুপা অমা লৈ। ইঞ্জিনিয়ার পাসনি। এম: ই: নি। হৌজিক হৌজিকমক মণিপুরগী পব্লিক ৱার্কস ডিপার্টমেন্টতা থবক ভৌরি। অহুঙন্না মরুপ্তুগী

মচাহ্নগা হেল্লিমাবা ডাক্তর ভগ্না লোইরুমা হেক থোক্লকপগা লুহোংগনি হায়রূনা য়ারোইনরবনি। মসিগী রাকম অসিস্থ মমামা মচানুপী হেল্লিবাদা শন্দোক্লা খণ্ডহন্নুনা মশাগী য়ানিংবা অঙস্থ কোংদোক্লকপ্রবনি। অসিমস্থ মখোয়না ভাংনবদা য়াওখিবমি —মুপীমচাব' য়ানিংব্রবস্থ কৈদোদে। হোংব্রবস্থ য়াইদা। মরমদি সুবোল অমদি সুরজিৎ মখোয় অনিনা লোয়া ভাংনজবনি। অঙাংশিংগী মমা মমাদমক মথঙনবনি। থোইনা মকা কোংন-খিদবনি। অহ্নগী মথক্তা সুবোলনা মচানুপীগী অনিংবা অমা লৈরম্লগস্থ মচদা অপন্না পীনিংউদবননি। রাকম অসিদা সুরজিৎনস্থ অয়াবা উংব্রবনি। অমস্থ অমস্থ ইকাই কাইনদবনি। অহ্নস্থ রাহৈগী মকা অহুক ফন্দোক্লখ্রিবনি। মরম অসিনা সুবোলগা সুরজিৎকদদি থোইদোক হেন্দোরা রারী রাতাই শামৈ। অতৈগী মকমদদি ভাংই, ভাংদবা য়াদবা হুদা মভাংই। খুমই, খুমদ া য়াদবা অহুদা মখুমই। মী অমবুস্থ ছল্লাংউবস্থ য়াওদে। মী অমগী মাংনবস্থ তৌরুদে। অহ্নস্থ সুবোলবু ময়ামা য়ানখিবনি অমস্থং কিনা লুনা তৌনরিবনি।

সুবোলগী অরেপ্পা মপুক্লিংগী থাজবা অমা লৈজে। মগুদি মচানুপী খণ্ডদে মচানুপা খণ্ডদে, লোইমমক মানী পোকচবনি, ওয়মক চাউনবা য়োক্লকপনি। পুম্নমক মী অমমম ওইনবা হোংনজরকপনি। মরম অহ্ননা মানা ভায়বা ইনগনি, মমামা হায়বস্থ য়াকম থোক্কই। অহ্ মত্রবদি মমা মপা ওইরুবগী কয়িং কায়গনি। মসিনি বানা মপুক্লিংদা লোয়া মমা ম া অমা

ওইনা চাউথোকচরিবা। অদুবু হৌজিক্তি অহানবকুদা মচানুপী হেল্লিবাগী মকমদগী মাইথিবা অমা ফংবা হৌরে। পুক্লিগী পাম্লা অমা তম্বা হৌরে। হৌজিক্তি সুবোল মথরাই নুংঙাই-তবগী চৈনা অমা ফংলে। মীনা শিন্নবা অমনি লাইনা তম্বা অমনি। মহৌশাদগী হৌনা খঙ্গরকপা বাখলগী পরিং অদু হৌজিক্তি থবক্তা ওহোকপা পাল্লে। মহাক্না পাংথোকে নিংগ্রবা থবক্তা খিংবিনবা লৈতে হায়বমক মাই। ফত্তবা থবক্তদি নত্তে, অফবা থবক্তনি। অদুবু মীয়ামগী মমাংদদি খঙ্মোই কনমম্বা ওইনা থোক্লগদ্রা। মহুমক্তি নত্তে। মামা নিংজরিবদি মচানুপী হেল্লিনা অমদি মচানুপা হেমোগী হাক্তক্তা মখা মপা ওইবগী তৌফম থোকপা মথৌ পাংথোকে, সমাজসিদা চেল্লিবা ঈচেল অসি থিংগৎতুনা অফবা লৈহাও চেম্বা লমদা ঈথৈনমা পুগে অসিনি। সমাজ অমদা মমা মপাগী থৌদাং লৈরিবা চপচান্না ঙুৎলগে নিংলক্লে। মচানুপীনা খুদম ওইহনা পিবা অমসুং নিংঙোল পোকপশিংগী বুদ্ধি লৌশিং ওইহৌরসনু মঙাব্বি। ইচানি ইশুনি পুম্নমক নুংশিবা খঙনরিবনি। অদুবু নুংশিবগী মরুমদা ফত্তবা মচাগী মরমচংপু মাকোইননা ফিজ্জি ফিনানা কুপভুনা থম্লগা অক শাশিননা মচাশিংবু অমরোমদা মাংমনবগী স্বেল্লোমদা পুশিল্লিবা অহল লমনশিংগী মকমদনি মাগী বাকং। পাঙতাক পীবা পাবা মীঙাসু নত্তে। সমাজ অমা, লৈবাক অমা শেম্বা হায়বসিং ঐগী ঐগী পিল্লবা মুন মুমদগী শেম্বা হৌগদবনি হায়বসিদা থাজবা মীশল্লি। মরম অদুনা মহাক্না

হায়রবা মপুক্লিংদা চপ য়ুংবা লেপপ্রবা যাখল অহু হৌজিক্তি থবক্তা ওহোক্লবা মপুক্লিংদা লেপপ্রবনি।

ঙসিদগী চহি ৩৫ হায়রিজিন্নক্লে সুবোলনা মচানুপী ভাক্তর হেল্লিনাবু মপাম চাক চাহন্ত্রিবা অমদি কপাম খোঙ্গুল তাহন্ত্রিবা। ঙসি ফাওবসি মচানুপীনা হেক ময়ুম পাম্বখিবদগী সুবোলনা মচানুপীগী ময়ুমদা থক চংলুত্রি। মক্কাক অহুগী মশক ফাওবা খঙলম্লোই হায়রবগী থাক য়ৌপ্রবনি। ধর্ম্ম কর্ম্ম অমত্তদসু ঙাই-গেম্মি হায়রদুনা চংখিদে। মখোয়বুসু লাক্নবা বার্তন তৌরুদে। অঙকপনি! মতাংদুদা লৈবাক মীয়াম্না কিনখিবনি।

সুবোল হৌজিক চহি ৮৪ হায়রক্লে। পুন্সিগী লাংবম লাক্লমাল্লে। অহনগী মতম ওইরক্লে। কয়াক কুক্ল শুংলক্লে। মপোক ময়া লাংলক্লে। য়াম্ফক তানা লারক্লে। অসিমক্তবু মচানুপী হেল্লিনাবু ময়ুম চংহনখিদ্রে। নহা ওইরি ঙৈ মাগা য়াম্না নুমা তিমজরা সুরজিৎপু কয়া অমা, মী থাজিন্দুনা মচানুপী হেল্লিনাবু লৌখৎপিনবা হোৎনপ্রবনি। অদুবু অয়েম্বা তাহনতা লাকখিবনি। অহল লমন মীশক নাইবা কয়া অমসু থাজিন্দুনা লৌবতবু লৌখৎপিরবদি হায়দুনা মুপা ময়ুম্মসু হোৎনদুনতা লাকখিবনি। অদুবু অয়েম্বা তাহনতা লাক্লিবনি। মমৈথংদা মাগী মররমচৎ, মবুকচেল খঙবা মীওইবা মুং অত্তেকপা শম্বা য়াদবগুম য়ারয়োই খঙলদুনা মচানুপী অমদি মক্কাকপু লৌথৎপগী বাকম অসি মচিনঙৈদা থর থমরম্লবসু মমৈদদি তুমিনা ফুম্বংনদুনা নক্না কোংদনা নৈলিনদুনা লৈবপ্রবনি।

ঙসিদি সুবোলগী অনাবা খর হন্দোকপগুম উরে। কনা নিংথিজনা জ্ঞান তারে। মা ঙাংবসু মিংথিজনা ঙমে। তাইবং লৌশিংসু কনা নিংখিনা লাক্রে। মুংলমদাইগী থাউমৈনা ঙাল্লকপগুম অমুক্তং ঙাম্মোরক্লিবা সুবোলগী পুন্সিগী থাউমৈনা হায়বত্থুদি কনানা খঙবা ঙমগনি। তপ্না তপ্না সুবোলনা মা ঙাংলকপা হৌরকই। নক্না থুমাদা কমশেন্নরিবা চকু উয়ান অংদগী হৌদোকখিন্নরকপা মাগী নুংশিজরবী মত্রনীদা ঙসিদি ঐ হকচাং খর নুংঙাইরে। ঐগী ইচানুপী অহল হেল্লিনা অহু ইমিংসিনা পেন্না য়েংনিংইদা। ঙসি ঐগী মংলান্দা ওন্থোক্লা নুংঙাইতনা ইচাহু উরম্মী। ইচা অহু মপা ঐহাক্না শিংসনু হৈসনু বারকপনি। সুবোলনা মা হায়বা লোইরম লোইকাপ্রি-তৈনা হান্ননা লাক্লনা লৈরম্লবা, মথুংমক্না অপোকপা পন্থোগী সেবা তৌজনিংলবা মপাগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উংপগা লোইননা মপাগী মখোঙ শোক্না থুরুমজনিংলম্বা, মহাক্না কেক ময়ুম পানথৈদগী মপাগা বাহৈ মতেক অমা কাওবা বাম্মী শাথা কংজরকখিত্রবা, মপাম চাকপু ঙসিকাওবদা চাবা কংজত্রিবা হেল্লিনাদো পিজ্জা পিমৌনা, মশম মনা ইকা কা, মমাগী খোয়োন্থোক্লা মাবু কৌশিন্না মংত্রিতৈ, অচাওবীগী পান্দমগুম চেন্থোরক্লগা মমিংতদি ঈরা চেল হরাউবমদি পন্দোম লোম চিথান খোইক্লপ তৌনা মপাগী মনাক্তা হোংচিজরকই। মাবু পোকপা পন্থোগী খোঙ শোক্লবু থুরুমজরকই। পিরোইসনা হায়জরকই "অচাবু ঙাকপীয়ু।" মচাগী মিংনুপগী পিরাংবা মপাগী চরণবু পেংথোকসনি।

মুবোলনা হায়রকই— ইপাগী ইবেম্মা শাংলেনহল, তারিবরা নহাকপু। হিক্রা হৈনা কপ্লম্ ইপাগী থম্মোই অদি মচেং মচেং তানা কাইথ্রগনৌশোই লিংলে, পুবা ওয়ক্করে। তারো ইপা বা থম হায়রমগে। ইপাদি মিকুপ অহুতং ওাইদুনা লৈরিদে। ইচাম্ মিংতা ইচা উবা ফংলেদে। ঐনা ইচাবু নুংশিবগুম ইচাম্ ইচাহুবু নুংশিরম্মিদে। মচা হায়বা অসিদি মমা:না মপানা শেম্মিংবা মওংদা শেম্বা ওয়বা হোংনগদবনি। লৈখোম অশেংপনা শানিংবা মওংদা শাবা ওবা, তাহম্মিংবা মওংদা তাহম্বা ওয়গুম ইচাশিংবুম্ ওইহন্নিংবা মওংদা ওইহনগনি থম্লুরে। অহুবু ইপাদি মাইথিরে। মপা মমানা হায়বা ইন্দবা <u>মচা মগুনা ওসিগী পৃথিবী অসিদা মমিং মাইবা থাওয়রবরনে।</u> অহুনা ইচাশিংবুম্ ঐখোয়না হায়বা ইম্বা-ইম্বী ওইহন্নিংলম্বতনি। অকবা নাগরিক অমা ওইহনা সমাজগী অমদি লৈবাকী মমিং লৈবা মীওই অমমম ওইহন্নিংলুবতনি। করে হৌদিক্তি, ওসিদগী ইপাগী হায়বা ইম্বী অমা ওইরে। নথুংমক্লা শো অসি পায়হনা উপু মনুংদগী থাগ্নি মচা অহু লৌখোকলুচো। অসুম্না মাগী নুকুন্না কিশি কিরিনা শো অহু লৌখোক্লগা মচাম্বুপীদা পীথিরে। অহুগা নুংশিগ্ররবী মনমী য়েংহনা তপ্না তপ্না অমুক হায়রকই—

— ঐগী ইশেলদে থম কৌহন্লুচোদনা।

— লাক্লুনা ইমুংদা লৈবা কুরজরে। করি তাকপিগদবা?

— করে করে অহুদি ইমাওম্বুপাহবু থৈবরা? মাদুম অমুক্তা মকম অসিদা লাও হায়মুদনা।

—ভাদা ঐ অসিদা লৈজে। করি ভাকপিগদবা? ময়াম্বু মিকুপ নাহুম শেন্নহুনতা লৈজরক্লিবা মনাওনা হংজরকই।

—এঃ অতো, করিগীস্সু নত্তেদা। নাক্তা চংশিল্লকউ।

মনাওহুস্থ ময়াম্বগী নাক্তা চংশিজে। তাপ্পা অসিদা হেল্লিবা বাক্লি অমা পায়হুনা চংশিল্লকই। মহাকপু সো অহু হাংউ হায়হুনা হাংহল্লি। অহুগা চেকশিন্না চেথাউ অমগী মনুংদা থহল্লিবা উইল অহু পুথোকহল্লকই। অহুগা মচানুপী হেল্লিনাবু উইল অহু ময়াম মমাংদা পাথোরকউ হায়হুনা পাহল্লমই। উইল অহুদি মথাগী অস্নুম্না ইরম্মী।

ঐগী ইথোল অসিনা শরুক অনি থোক্না থায়দোক্লগা শরুক অমনা ঐগী ইচানুপী ডাক্তর হেল্লিনাগী, অমনা হেমোগী ওইগনি। ঐগী বেঙ্ককী একাউন্টতা লৈরিবা শেনকম লুপা লিশিং ৯৬ অসিগী মনুংদগী লুপা লিশিং ৪০ না ইচানুপী হেল্লিনাগী অহুগা লুপা লিশিং ৪০ অমনা ইচানুপা প্রোফেসার হেমোগী শরুক্লি। অহুগা লেমহৌরিবা লিশিং ১৬ অদুনা ঐগী নুপী রজনীগী। ঐগী লৈরিবা লৌ পরি ৫ অসিগী পরি অনিনা ইচানুপী হেল্লিনাগীনি। অতোপ্পা পরি অনি অমনা ইচানুপা হেমোগীনি। লেমহৌরিবা পরি অমনা ঐগী নুপীগী ওইগনি। পুম্নমক অসি অহুম্বনি জ্ঞান তারিবৈগী মতমদা ইবনি হায়বা ঐ ইশানা য়ানা শাক্তি অনিগী মমাংদা সহি তৌজরি।

অস্নুবা সুবোলগী উইল অহু তাবদা ময়াম পুম্নমক অহু ইওক ওকই। ওক্লিবগী মরম্না সুবোলগী থমোইহুংদা লোয়া

থুপ্পা কন্না খঙহন্দনা মচাগী নুংশি ঈচেল অমা চেল্লম্লিবা অদু-গীনি। মরক অসিদা স্নবোলনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই—ইচাশিং নথোয়স্নু তারে পারেদনা। অদুগা নুংশিজরবা ইনাও মংস্নু তারেদো। ইশেল নংস্ন তারেদো। মহাকস্নু উকিলনি। অদুমা উইল অসি ঐগী ঈদগী ইনাও, নতৈমগী ঈদগী ঈশেল, নথোয় অনিমা শোইদনবা শিল্লকউকো।

স্নবোল বা মথা অমুক তাথরকখিন্নে। বাহৈ খর অসি হায়রবগা লোইম লোইমনা মচানুপী হেল্লিনাবু মিং পেম্না য়েং, অওং অউনগা লোইননা লোখংপিরম্লগা মিংস্না থম্বাল অনি অদু তপ্না তপ্না পুন্সিসিমগী ওইনা উইশিনখিরম্মী। মহাক্তি অপেম্বা থম্মোইগা লোইনমা মোক্লা মোক্লা স্বর্গগী লম্বী পাংখ্রি। লৈহৌরিবাময়াম্না কাইম মৈশা লাংলহুনা থম্মোই শোক্লা কপ্পহৌরি।

# মুংশি লমন

মুপী ওইবীশিংবু শামপোংকুম্না থম্বসি— মুপাগী কাং-মুপ্তুগী শক্তি পাম্বশিংগী মনুংদগী কাংলুপ অমা, শেপ্পাও পাম্বশিংগী মনুংদগী কাংলুপ অমা, অফ-ফত্তগী জান লৈজত্রবা মীওইবগী কাংলুপ অমা। কাংলুপশিং অসিগী মীওইশিংদি মুপী ওইবীশিংগী শাদোংবু লৈহুনা চায় নত্রগনা লাক্লগা চায়। অমরোমদা মুপীগী কাংলুপ্তুগীস্তু মশানা মশাবু থাজজবগী অমস্তং মশক থত্তজবগী জান লৈজত্রবা মীওইগী কাংলুপ অমা — মখোয়হৌনি মশানা মশাবু মত্তিক্লহনা য়োম্থোকচরিবা। মরম অহুনা অসিগুম্বা থোদোক বাথোকশিংদা লৈচেম্বীপ্রবদা মুপী ওইবী থম্না হৈনিংনা নোক্লা লেপ্লি, থম্না নিংতমহৌদনা

কপ্না লেল্লি অমসুং থরনা তেমশিংননা য়াইবী ফাওবা থাদোক্লে। য়াইবী পোম্বা ওইগ্রবীশিং অদুগীদমক মিকুপ অমত্তং ওইরবস্লু নু শি লমন তোল্পনবা মিৎলু পিরাংলক্তা নুংশি রাহৈ অমত্তংনা ওইরবস্লু নুংশি তর্পণ কৎকম থোক্তবরা হিংহৌরিবা ঐখোয়না ?

মরম অদুনা অসিগুম্বা কাংলুপ থর অসিগী মীওইশিংদি লৌনগল্লবা মশিক্লুম মশাতা নত্তনা মখোয়না লৈরু লৈরুরিবা সমাজদুবুসু চাথংতুনা মরু কংনা মাঙনবগী অমসুং লৈখা তানবগী মচাক অমা ওইরকই। অদুগুম্বা মহিকশিং অদুগী মনুংদা কেসিয়ার তোমচৌসু অমনি।

নোংমনি। কেসিয়ার তোমচৌ মাগী ওফিসকী কা অমগী মনুংদা মতোম্মতা থা-চাউরবা রেজিষ্টর অমা ফাক্লোক্লদুনা হিসাব কন্না তৌরি। হিসাবতুদা মথা থর ঙাওরপ তৌবগুম উই। হন্না হন্না ফল য়েংবদা তাত্রবা অদুদদি চুরুট অমা চম-থৎলদুনা চিংবা হৌত্রে। মশা অদুনা চৌকীগী নমঙাদাপুরানা ঙাথরদুনা মঙক অদুনা লোংথৎলগা কাদুগী সিলিং তম্না মৈথু অদু বাংনা বাংনা কামথৎলদুনা লৈ-লৈদুনা বাংথৎত্রিবা মৈথু-দুদা য়েংলি। য়েংনা য়েংনা মপুক্লিংদা থরকই— কেরাণী নুপী অমত্তংগা চংলক্লুনা ঐগী নাক্তগা ফয়রবদি··· ···· ঙাওরিবা মাথা থসি থরদি মইংগনিদা। অসুম্না নুপীদা হেক্তোমিংবগী বাথল অমা পোক্লকই। তাক্লাদুদা মাগী থোংদু গেঃ লাওনা হাং-দোক্লদুনা মশক মতৌ ফজরবী নুপী অমা ছায়ী কুল শেংলদুনা চংলকই। হেক চংলকপগা নুপী অদুনা তোমচৌদা নমক্তে

তামো হায়না ইকায়খুম্নবা উৎলকই। থোংহু চেকপক্না তাশিনখি। তোমচৌহু ভক্লপ তৌই। ভকপগা লোয়ননা লৌশিংগী লৈখায় অমা তাপ্রিটৈ চৈরকতুদা খংহায় খংজিন ওইনা হায়দোকখি —নমস্তে নমস্তে মীনা। মহাক অসুক কুম্নবসি কদায়দা লৈরুরবগে?

—ঐ সমাজ অসিগী মিথোক কিজরহুনা ইদোমচা-থোয়দা .... .... ...

— কদায়দা।

— বাংভ.দা চীথোঙ অমগী যুম অমদা।

— কৈদৌকরিবা।

— যুগ থৈজরুরিবা।

পাউখুম অহুমরুম্ন তোমচৌগী ভকপা অমুক্ন হেনাংহন্নগী মওং মতৌহ মাগী মাইথোংদগী ইরাই লাইনা খঙবা ওম্মী। মখিৎ অনি অহু ইরাও লাওথোকই। নুপী অহুদা মুন্না শংত্রিক য়েংই। মখিৎ লাওথোকপসি মাগী হৈনবামি। তাইহাক মিকুপমুক্তি কাহু পুকচিক চিকই। অচিকপ অহু থুগাইহনা তোমচৌনা মখা তাথরকই।

— ছারিগকা শেংপদি য়াম্না পকচরিবে।

— ঐবো।

— অং: নংসে ঐগী মতম অমগী মীনাহুনরিকো।

— মানি কৈদৌরবগে?

— কৈদৌদেদা।

— কৈদৌরবদি কম্বিগী ঐবু চাথোক্কদবগুম য়েংলিবনো ?

— নত্তেদা।

— নত্রবদি য়োংপিরগেরা ?

— অসুম নুংশিদুনা য়েংবনিদা।

— নুংশি লৌনম বাহৈ হৌজিকফাওবা থাদোক্লমদ্রি :

— মীনা ঐবু বরেরৌনু। ঐ মতমদুমক নিংশিংলি। কাউদ্রে নংনা ঐগী খোঙ কোন্দুনা নংগী পুন্সিবু কনবিদুনা হায়জখিবনো।

— নিংবদি নিংশিংবিরিদবা।

— নিংশিংলি। হৌজিকফাওবা ঐগী মাকোং অসিদা ঙংদুনা লৈরিবনি।

— হৌজিকফাওবদা ঙংলি হায়বা ? ঐবু লক্করিবরা ?

— লক্কবা নত্তেনে মীনা। মদুগী অনুতাপকী মৈরিদুনা লমজাউ কোনগী লম্মিনা চাকপগুম থম্মোইখোরা চাকলিবনিনে ঐসু।

— অদুদি কম্বিগী তুমিন মাঙখিবা ?

— মাঙবা নত্তে, ঐ লৈরিসিদি।

— ঐসু থওই, ঐসু লৈরি।

— মীনা ! ঐ অশেংবা উপাই লৈখিদবনি। ইমানা ঐবু খুদক্তা লাক্কবা মাদে অরুবা থবক অমগীনি হায়জিন্দুনা কৌবিরগা, মতোন্দগা হায়রদা নংলমদ্রিবদুনি। ঐবু অহোং হোংখিখিবনি।

— ঐনদি তোয়না হায়জখি। হায়বৈ মতিক মুংশি লৌনম তৌবিরম্মী।

— চুশ্মিনে, হায়নে।

— অহুম্মা ভয়াং তশোইনা লৌবিগনু।

— হৌগ্রবা রাহুগীদমক! তোক্লো মীনা! হৌগ্রবহুদি হৌগ্রসনু। ঐ নংবুদি থক কাউদবনি।

— কাউদেদি হায়রগা ঐবু হন্না থিবিরক্লিবসিনদি ঐদি থাজবা ঙমদে।

— নত্তে মীনা। কাউথোকলুবা নত্তে।

— কাউথোকপা নত্রবদি কাওথোক্লম্বনি।

— লাক্লে মীনা! লাক্লে মহুদি!

— নত্রবদি হুক্লেরম্বরা?

— রাখলগী ঈচেলহু ওয়রে। ঐদি নংবু সংসারসিদা অমুক থিবা ফংলরোই খল্লুবননি।

— কাউথোকপা হায়ববু মহুক্তি নত্রা?

— নত্তে নত্তে! ঐদি নংবু অহুম মুংশিরি।

— মুংশিরি হায়বা!

— মতমহু মুংশিরকইদা। নংগী চিথান ময়াগী শমক-চুমম্লা ঐগী থম্মোইবু চুখিবনিদো।

— ঐবু অহুম্মা থাগৎলগা লক্লমগনু।

— থাগৎপা নত্তেনে।

— নত্রবদি করিগীনো?

— অচুম্বদু হায়বতনি।

— মহ্ থাগৎ রাহৈ নত্তনা ··· ···· থাওবা ওমদে।

— ঐদি মুংশিজক্কবগী হায়বনি।

— তেলঙ্গাদস্ থাগৎলগা পাইখংলি। ঐবু তেলঙ্গানা?

— ঐদি নংবু তেলঙ্গানি হায়খিদেনা।

— হায়খিদ্রবস্ ঐঙোন্দদি মহ্ লক্লবগুম থোকই।

— লক্লবা নত্তে অশেংবহ্ হায়বনি। হায়য়ু মহাক করি পাম্লিবগে?

— করিবু পামলুখিনি।

— সিদা লাকপগীদি মরম অমদি লৈকম থোকই।

— লৈ, অহৃবু কোম্না খঙলকনি!

— হৌজিক হেক্তা হায়রো।

— হায়বুদি হায়রগে। অহৃবু ···· ···· ···· ···· মথা অমুক তাথরকই — হৌজিক্কী ফিভমগা মাংলমচৎকীগা য়াম্না মরী লৈননিবনে।

— লৈনৈনে। অহৃবু ঐবু হৌজিক করি তৌখো হায়নিবনো? মুংশিরি হায়বসিদগী করি অমুক ··· ···?

— করিবু অমুক পামলুক্‌ম লৈরিবগে? পুন্নমক হৌজো

— হৌগ্রবদি হৌগ্রসনু।

— হৌগ্রসনু হায়বা?

— লাল্লে হায়খো অসিনিনে?

— লাল্লে হায়রগা হেক শেনগদবনু নত্তে।

— হুম: মীনা নংসে ঐ য়াম্না চিংনরক্লেবু।

— করিবুনো চিংনরক্লিবা?

— নংসে অহুক ওইমচাউদবীনি। য়াম্না চমজবীনি। হৌজিক্না …. …. ।

— হৌজিক্না কৈদৌরবা?

— নংবু ঐগী মীনা নল্লবে?

— মানি ঐ মতম অমদা নংগী মীনা ওইরম্মী।

— হৌজিক্তি ওইবা য়াররোইদবা?

— য়াফমদি থোকই অহুবু …. ….

— অহুবু হায়বদি?

— ঐ হৌজিক য়াম্না বাগ্নিবনি।

— করম্বা?

— চানিংঙাই থক্লিংঙাই লৈতে। ইদোমচাগী মযুমদা করাম কুয়না হরাও হরাও লৈগনি? ঐগী ইদোমচান্না পংলুং লুংঙাইবা নত্তে। থুরাহুম্না মীগী লৌ থর উরগী মহুদগী কংলকপা কৌ থরহুনা মীগী যনশানগী থর, লৌশাবগী থর তমথোকপ্রগা করিবু লেমহৌগনি? লেমহৌরিবা থরহুমকম্তু হৌজিক্তি থুরাহু লৈতথৈদগীদি লেমহৌদ্রবনি। অদুনা ইদোমচানা লোং থর থোম, শীং থর চন, হোংনহুনা লেল্লকলিবনি। অহুগীস্তু মথক্তা পিক্লিবা অঙাংদুমম্তু …. …. …. বা মথা তাবা ওমদনা হিক হিক কপ্লম্মী।

— অঃহাং হায়ববু নুপারা নুপীরা? শকখম হঞ্জিন্না হায়-খেং নুংঙাইতবগী মওং উৎলি।

— নুপানি।

মচানুপী ঙাক্তা তরেং শুরবা কেসিয়ার তোমচৌহ নুংঙাইতবদা থম থেংই। মচানুপা অমত্তা ফংজগে হায়রুনা লাইগোং শুরবনি থূক্লিন্নিবা। মরক এরক্তা মতম ঙমদা মানা মীরাইবিপ্রবা মীনা, হৌজিক্তা মমাংমক্তদা স্বর্গগী লাইরেম্বীগুম লেপ্লরিবা, মাগী মরমদা রাজখিনি। মীনাবু কোইথি থিহনা মচা অহ নুপা ওইরম্লবদি লৌশিল্লগা য়োক্লসিন্না হায়না মতম অমদা খঙ্খিবনি। অহবু ঙসিদি অহুম্বা মীনানা মখোঙনা থোংনা লাক্লুনা মাগী মাংদা মতোপ্পা মী কনা লৈতবসিদা মাগী কাহমক্তদা লেপতুনা লৈরে। মাগী পুন্সিদা মচানুপা হায়বহ উবা ফংলরোইদ্রা হায়না চিংনজরম্বহ হৌজিক্তি মহুগী অরাবহ কোক্লগনি খল্লুবমক্তদা মাগী মাইথোংদা হরাও মীনোক্তা লোয়ননা আশাগী পিল্লবা মঙাল অমা ফাওরকপগী মমি ভারক্লম্মী। মমিহগী থুদোংচাবা অহ লৌরহনা মীনানা তপ্পা তপ্পা তোমচৌগী মনাক্তা চংশিনখিরম্মী। তোমচৌনস্থ করিগুম্বা চিংনবা অমত্তা লৈতনা মীনাবু চংলকউ হায়বগী মতাগুম খোইরুম মোমোন তৌনা নুংশিনা য়েংজরি। তাঞ্জাহ মাঙহন্দনা থুংলৈ থুনা মীনানা মপুক্তা য়েপ্লম্বা রিবোলভর অমা পুথোরক্লগা তোমচৌগী চুবাদা নম্লগা তপ্পা হায়রকই— করিগুম্বা লাউরবদি থুদক্তা মথরাই!

— করিনো মীনা!

— হৌজিমক ট্রেজরিগী শো হাংউ।

— মীনা! নংময়া!

— কান্নরোই। হায়া শো হাংখো।

— শো ঐগীদা লৈতে।

— লৈ লৈতে হায়বত্থ ঐ খঙই।

— ঙাইখো নংবু কনানো?

— মতু খঙলুবগী কান্নবা লৈখিরোই। খঙলক্লগনি কুম্নর-রোই। শোত্থ হায়া হাংখো।

— ঐনা চিংনরখ্থমক চুম্নয়ে। ডপ্পা শোনখিবনি।

— ঐনা হায়বা ইল্লু নখরাই হি নিংলবদি!

— সিদা লৈরে। শো চবুলত্র লোথোক্লগা পী।

— মথুংমক্লা হাংঙু।

বা অসি হায়না হায়না চুবাদগী নোংমৈ মচিল অতু লুখম-লোমদা নমখিরম্মী।

হৌজিক্কি তঙাই ফদনা তোমচৌত্থ চৌক্রিদগী ডপ্পা ডপ্পা পৌগৎলক্লম্মী। অতুগা মনাক্তা ইয়াপ লাপ্পুনা লৈরিবা ট্রেজরিগী শো অতু হাংদোক্লম্মী। নোট চবুন চবুন অতু মীনাদা পীরম্মী। মীনানা মথুং ওইনা নোট চবুল খর মপুক, মথবাক্তা য়েপশিল-লম্মী। খর অমনা হেন্দ বেগতা হাপচিনখিরম্মী।

ওহোকপা ভাঙ্গা অমদা থুদোংচাবা লৌখিদা হায়বগী বাখলদা তোমচৌত্থ লাংদা থুরবা লাইরেনঙমধ্রে। মশাপুন্না চেং খৈবঙম নিক্ত্রে। হুমাং অনপ্পী কাংধ্রে।

মীনানা হৌজিক্তি নোট চবুল থরনা তোমচৌগী মথক্তাইদা ওন্না ওন্না থাজিল্লি। থর অমনা টেবল মথক্তা চাইথাই। অদুগা হায়রকই— নংগী মীনাদি শিথ্রে। চহি ১০ হায়রক্রে। অদুগা উরবদা শিখিবনি। অদুগা অহুনা ঐগীদা লৈরি। ঐসে নংগী মীনা নত্তে। ঐসে মীনাগী ইহান হান্না পুন্সি খোঙচংকী অঙম্না অয়ুক্তা থেংনখিবা রতনি। মতম অমদা নংনা পৈশানা মীগী থবাইবু লৈবা য়াদি খল্লম্বদু হৌজিক্তি পৈশাদুমক্তা নংগী থবাইবু কন্না ওমগদৌরিবনা? নহাক অসি সমাজগীদি য়েক্লবনি। নংনা মতম অমদা মীয়াইবীগ্রবী মাবু ঐনা মুংশিজরুবগী মহৈ ওইনা মাগী থবাইনা নোক্লসন্নু য়েংনা স্বর্গদা। অদুগা অমরোমদনা নংসে মৈতৈ লৈমগী মচা অমা ওইরম্বনা ইমাগী কৈরা তাক্তিন্নক্তগী করম মুল্লসিনো? নংনদি মতম অমদা মীনাবুদি মৈতৈ লৈমগী মমোংদা হায়বসি থম্বরীখিদবনি। অদুবু ঐদি অপোকপী ইমাগী মুংশি লমন্দি তোল্লিবা মীশক অমনি। - য়াহৈশিংসিগা লোয়ননা সাইলেন্সর রিবোলভরহুনা হুং লৈথরক্লগা মাকল্লোমদগী চাইক্লং অনি ফাওনা কাপশিল্লরগা মথক্লাইবু পাম্মুজবনা অমদি শিগনি কিবনা মিক্লবা, অদুগী মথক্তা চৈনাখোলহুনা পংথরবা মাবু লৈমাইদা ভপ্পা ভুথহল্লরগা কাহদগী তুমিন্না অমুক কিংগৎলুবা তৌদনা মোং-হাদনা মপাল থোকখিরম্মী।

মোংঙাল্লে। খবর কাগজ খুদিংগী অহান্না লমাইদা ইরক্লে— কেসিয়ার তোমচৌ মশক থঙদবা নহারোল অমনা মাগী কামক্তদা মোংথৈনা কাপ্লয়ে। চাওরাক্লা লুপা লিশিং য়াথোরোমন্নু পুথ্রে।

অহুবু মীশক অহুমশক্তি মপান্দা মাবু ভাইহুনা লৈরম্বা হুটৈর অমদা নাম্থোকখ্রে। লোক্লনবা কেসিয়ার তোমচৌগী কাদগী খাইদগী মৌরবা মথলগী নোংমৈ ভোক্রিং অমা, নোট চবুল থর, রুমাল অমা, প্লাসটিকী মুপীগী মমাই অমা ফংই। থৌদোক অসি থোকখিবগী পাউ হেক ফংবগা পুলিসনা মহারোলশিংহুগী খোঙ্জুল লীহনা থিবা হুম্বগী অকপা থবক চথখি। অদুংবা ফাওবদি মহারোলশিংহু ফংবা ঙমখিদে হায়না পুলিসংগী খেংবা খং। পাউ অমনা মথা তারি।

## থাং পোকশঙ অমগী ৱারী

কুনশুবা শতাব্দীগী লোইয়মদাই, বিজ্ঞানগী থম তেংনা থুমাং চাওখৎলকপগী মতম পৃথ্বীবী অসিমকন্থ্ পিশক পিক-শিল্লক্লবা মতম, থাদা মীওইবসা খোঙদাবা ঙম্লক্লবা, লাইগী বাধলবুসা থাপ্পা নাথৈহনা থম্লরক্লবা, তশেংনমক মীগা লাইগা তেমশিংনরক্লবা— অঙম তামরক্লবা যুগনি। মীগা লাইগা মতম অমদা শম্নরম্মী— থায়মগী ৱানি। হৌজিকী ৱাফমা করি হংদবা য়াদবা ৱাফম্নি। ঐখোয়না য়াম্না তোয়না হংনরিবা ৱাহংনি। খোইদোক্লা লাইবু য়াম্না থাজক্লবগী ৱাহি মঙন্না লাইগী ৱাফমবুদি মাথৈহন্না থম্না ইম্না য়াদবা অরুবা ৱাফম্ অমা হেক হেক ওইরক্লবা নত্তে অমদি লাক্লবা নত্তে।

পীক্লবা খাংপোক অমগী বারীনি। ইস্কাল ছুরেলনা থেক্লা খোয়না চেল্লকপনা ইস্কাল সহরগী লম্মিং ছুম্মিং য়েংনা য়ে', মপাউ তানা তা, লেংঙম শাঙমদা, চাদ-থক্তবনা মপুক হাপ্লবী, মশা শোম্বমক্রনা শ্বর হোম্বদা য়ৌনা শদৌ থোংলবী, য়াংগংলবী মহাক্লী ভুরোই ঙাম্লোই চংপগুম মিংঙাই মনাইদনা চাউথেক অমত্তং থেব্লম্লগা খা পাংনা মোং হাদনা চেম্ছখ্রি। হায়রিবা ভুরেল অসিগী নোংপোক তোর্বান্দগী পংলাপ লাপ্তনা নরকারগী লোইশঙ অমগী শাইজিন শয় মক্লা ইহকোল লৈকোলগুম উরিবা মফম অমগী মচি অমদা খাংপোক অসিনা হৌজিক কাওবদা বারী লীহ্না লৈরি।

অঙাংত্রবু কদায়দা চংগ্রবগে? অঙাং লৈতে ইবম্মা! মাই পাবুং সুপীমচাদো লৈতেনে। হৌজিক্তা অসিদা লৈরম্বনি। ঙাইহাক্তংদি খাংপোক অহ ইরাং লাংই, ইখিল নিল্লি। মীরোমগা লৈজদবা অপিকপা ইমুং অহগী মীশিং থোইরেল মশা পাম্লরম্মী। তেল্লবা মিকুপ অমগী মসুংদা, ওস্বোকপনি। ঙ্গাই ঙ্গাই তারবা মুরবা শম্লাং অহ থর থর উরক্না, মহাক্লা লিংখিবা ফুরিং অরাংবা অহগা লোয়ননা মথোয়গী মৈরম পাংবদা লৈরিবা পুখ্রি মচা অত্থদা তাওরম্লে। থুংলৈ থুনা নহা অমনা চোংথখিত্থনা অঙাং অত্থ লৌথংলে। অঙাং অহ ইরেক লেকথরে। থুনমক হোসপি-টালদা পুরে। অদুবু অঙাং অচগী থবাইবু কম্বা ঙমহৌত্রে। তেল্লবা মিকুপকী বারীনি। মসিবু অঙাং লাইনা লৌবা হায়ব-হুরনে? মিকুপ অমগী মসুংদা অস্তুক তেল্লবা মতমসিদা অঙাং

অমা ইরাই লাইনা শিবা। অঙাংহৌগী মনে অহুনা শিবগী হংবা চংনরুবা মতমদা অহিক লককুনা মুকম মুকম শোল্লকই। মিংলুদনা পিরাং শিন্থরি।

ঐগী ইমোদো সুংশিগ্রবনিদা। ইপ্ৰা অসিনা পোকপগী ইতোন ভোম্বীনি। ওসাই অমুক্তো ইমো সুংশিবদো লৈরক্লিবং নিদকো। অহুগা হৌজিক্লা লৈত্রবনিনে লৈত্রবা। ওস্নোকই অঙাং অহু শিরনি মতাহুঙাই। ওরাংদো ঐগী থক্লাই অসি মহাক্লনে ওন্না ওন্না চুপ্লগা নেনেগী থক্লাইদি থুমই হায়দো। অহুগা মমিং অহুননে ঐখোয়গী থোংনাউ অসিদা মুন্না মুন্না য়েংলগা, মমিংতা অকিব' অমা উবঙুম তিংঙক তিংঙক, শংত্রিক য়েংলগা কিজরে কিজরে হায়রগা মমাগী মনঙ্গলদা মমাইদো হেক হেক লোংশিনখিবা। মহুদা মমানা করিস্নু লৈতেনে, লৈতেনে হায়হুনা মচাবু থেমজিঞ্জবনি। অহুবু অঙাং অহুনদি কিঃ কিঃ হায়হুনা পংহায়দা হায়। অমুক্সু অঙাং অহুনা কিঃ কিঃ ভায়রগা অহাংবা অমরোমদা য়েংথোকখি। অহুগা মমাদা চেপ্পেং হেক কোমশিল্লি। করিস্নুদি লৈতবনা করিস্নু লৈতেনে, করিস্নু লৈতেনে হায়হুনা থেমজ্ঞিবা মতুনা করিস্নু উপায় লৈখিদে। মমিংতা শোরি পারি পংউ উরবরা খঙদে। উরগস্নু মহু করিনো হায়বা ঐখোয় চিংনদবা ঙমদে। অসুম্না ওরাং অহিং অসিদি ইচন অহুনা কন্না হায়বদগী ঐনে ইচয়ে ইমোহুনে ঐখোয় অহুম পুন্না হিপমিন্নরবনি।

অমমা ওয়াং অহিংগ্রস্থ অওকপা থৌদোক অমগস্থু থোক্লম্মী। অহিং ভাংদৌ লৈনা থেংলবদা ঐখোয়গী য়ুমগী মপালদা, য়েনখা ওইনা তৌবা অহূদা দং, দং, দং হায়হূনা অহূম অহূম্লক মখোল থোক্লা করিগুম্বা মথলগী সব্দ অমা তাখি। অহূগা মমাগা ঐগগী কারক্তা হিপ্লিবী অওাং অহূ ওসাইগী সব্দ অহূগা চাম চামনা এঃ এঃ হায়না য়াম্মা কিনা মখোল নিক্লা নাহেবগুম তৌরকই। অহূবু অওাং অহূদিনে অহূম ইশি শিনা তুমলিবনি। ইচনগা ঐগদি মুংশা থীবা অমা য়াওনা ইতুম তুমজ্জরবনি। ওাইহাক থর লৈয়গস্থু ওসাইগী অহূম্মা দং, দং, দং হায়বা সব্দ অহূ চপ মায়না অমুক হন্না তৌরকই। সব্দ অসি হেক তাবগা ভুম্লিবা অওাং অহূ এঃ এঃ হায়বগুম নাহেয়কই। তশেংনমক অহিং অচদা অওাং অসিগী মথয়াই চুপ্পা লোইপ্রমাল্লেদা। নোং ওাল্লি-ওাল্লি হেক তৌরকপগা বৃন্দা দেবীবু থুক্লমজরে। মাবা-য়েকপা থোকহন্বিগনু হায়না থৌনিজরে। করিনা মান্না অম্মুম্না ঈশিংদা তাহূনা শিগনি হায়বদি শুকথ্যা থাজরুবা লৈরুদে। ময়মচি অওাং অসি ঈশিংবু য়াম্না কিজবা, নোংমতা ঈশিংদা শান্নজদবনি। পুখ্রিগী মপান্দা ফাওবা হেক য়োনা লেপলুদ্রবনি। অহূবু অস্নুম থোকউ হায়বহূনা ওসিদি শিগ্রে।

অসিদগ্নু মত্রি। অসিদনস্থু লোইত্রি। ঐখোয়না লৈরিবা থাংশোক অসি ঐখোয়গা থানা মপু অহূম শুবনি। অহাম্বা মপু অহূগীস্থু কোং-কোং শান্না তগৎ-তগৎ তেক্লা হিংথং থংতুনা শিথ্রিবা মচা অহূম্নি। করিস্থু ইমা মাদনা শিখিবা ওাক্লি।

অহুদগী থাংপোক অসিদা লৈবা ওয়ক্লুহনা চৎখ্রিবনি। মখোয়হু কদায়দা হোংহুনা লৈখ্রবনো হায়বহুসু হৌজিক্কি থওখিদ্রে।

অহুগী মথংদা অতোপ্পা মপু অমসু লৈরম্লবনি। মহুদসু মচা অহুম্নি হিংথং থংতুনা শিখ্রিবা। চহি মতাং চপ চপ চান্নবা নুংশিরবা চহি মতাংদা ওাকনি। অহুমশুবা অওাং অহু শিবগী মতাং অহুদদি অওকপা খোদোক অমগসু থোকখিবনি। অওাং অহুগী মপা অমা অশিবা মচানুপা অহ লেংথোং মারহনা অসুম তোর্বান তান্না পুখ্রবনি। ময়ামদি করম্লো করম্লো হায়হনা মাগী মতুংদমক ইন্নখিবনি। মহাক্কি মচাবা মথং মথং নুংশিরবা চহি মতাংদা শিবা অহুদা মচা কান্নবগী মৈচান্দি ওাওহুনা পুখ্রিবনি।

মহাক মচাগী মোংকম তোগনি হায়বা কাউরবগুম উরে। তোর্বান অহুদা চপ অমুক লেপ, খোংকাপ অমা অনিমুক থাং, অমুক হঞ্জিন, অসুম্না ওাইহাক লৈরবা মতুংদা মমিংতা মপি ওরো ওরো চেম্বয়ক্লে। লকক অহিক্লনরবা খোনফমদা মথবাই শোক্লা লাউরক্লে — ইচাবু হাংলিবা, ইচাবু পামহনা লৌরিবা লাই খোরকউ। বা ওাংনসি, ইচাবু হাংলিবা কনানো? ইচাবু শিরেনে .... ... ....

অসুম্না ওাইহাক অমুক থম্মোই শোক্লা লাউরবা মতুং অমুকসু তুমিন্না লৈখোকখি। অমুকসু থম্মোই শোক্লা কপথোরকই। য়েংউ : মতাং অসিদা ইথং থংহৌদনা চাউরবা নীল অমবক খোরক্লনা মোংকম অমথকী মথক্লা শাংগ্রোং তিংখোক্লনা লৈরম্লে।

খদোমদগী কমদোনা খোরকপনো ঊনহৌহ্রে। শিরিবা অদুগ অদুগী মপাগী মতুংদা অততাই ওইনা ইময়ৌহনা কুপশেন শেনবীরিবা মুপা অমথক্লা অশোই অঙাম থোকপা য়াই শন্দুনা লীল অহৌদা তেমপাক্লা থাহনা তাম্ফোকখিনবা হোৎনরুরে। লীলদুদা তেমপাক্লা পাল্লুরে। অমুবু লীল অদুদি চংখিবদি লাইরহৌনা মকোক অহৌ ফম্দোংহৌনা ফি ফি কামহনা লৈরে। তাঙ্গা অহৌমক্তদা শাওহনা লৈরিবা লৈলংগী মনাক্তা অদুগ অহৌ লেংথোং নানা পুনা পুনা মপা অহৌ চংশিনখ্রে। লৈলহনা চিক্লকনি হায়বা ফিরুবা লৈতনা. মচা কায়নবগী মৈচাক্তুনা মক্লংখ্রমাল্লে লীলহৌগী মকোক্তা নাল্লরে। নাল্ল নাল্লহৌনা হায়রক্লে — মংলা ইচাবু হাংলিবসে ? ঐগী করি ইরাল লৈহৌনা হাংলিবনো ? ইংগীনা করি মরাল লৈবনো ? ইংবু নংনা করিগী লৌশিল্লিবনো ? কৈ: ইচানুপা ঙাক্তা অহুম শুরে মংনা লৌশিল্লিবা ঐগী ইচা কৌবা অমত্তা লৈত্রে। অসুম্না নংনা ইচাবু হেক হেক লৌশিন-খিগদোবগী শরুক ঐঙোন্দা ইচা কৌবদা পীবিরগনু। ইচা অসিম্ম ম.পাক অমদা পোকহন্বিরক্লগনু। ইচানা ঈশিং খোরাংই ঈশিং খোরাংই হায়রম্মনি। অহৌবু ঈশিংহৌ পেম্ম পীথকচবা মংহৌত্রে। নংনা লৌশিনখিবনা হাবখ্রেদো। মহাকপু থোঙাক অশিথেন চৌরকান, ঈশিং মপুক থম্মা পীথকউকো। ইচাবু ইপানাক্তা পুবিয়ুকো।

তেমপাক্লা পাল্লহৌনা শাওরবা, মতোক ফম্দোক্তুনা মথক খাদংহৌনা ফি-খি কামহৌনা লৈরিবা লীল অহৌনা মাবু চিকপিগত্রা

থমুবনি। অদুবু চিকপদি লাইরবুমা তুমিন অমুম লৈখিদো। মসিমু অঙকপা থৌদোক অমা ওইমা মীয়ামমা য়েংনখিদো।

মথংগী চহিদা মুপা অদু মচানুপা অমমুক কংজরে। হন্দক্তি অতাং অদু শিজ্রে। হৌজিক হৌজিক মচা অদু লাইরিক লাইও তমদুনা লৈরিদো। মথোয়না খাংপোকশঙ অসি থাদোক্লমগদ চংখিবা অদুদগী ঐখোয়না অমুক মকম অসিদা লৈরক্লিবনি।

ঐখোয়না বারী কয়া অমসু তারিদুনি— কেনি মথোঙগী ভুত, থাগী লৈবাউ মথোঙগী লাইভো, উশুলদা পুথ্রি অমগী অকোইবদা হৌরিবা শয়ি উমুং মরক্তা নোংথি নোংমংবদা। লাই মখি কোংবা, হিয়াংথাংগী অমুদোন. চীংঙা লাইরেম্বীগী অহিং নোংমাইদা কৌশুখোল, লোকপাউবুংগী মৌ নহা, নোংমৈবুং চীংথক্তা নোং-ঙাল্লমদাইদা কোলোয় লৈমা, লোক্তাক প্রোক্কেক্তী লুপ্সাবী মুক্তম, লংথবালগী পাখংবগী পুথ্রি ·········থারুদুনবু লোয়-খম মাইগত্রা! লৈকাই অমগী, খুল অমগী অসিগুম্বা বারী কয়া অমনি।

অদুনা হন্দক্তী থৌদোকসিদা ঐখোয়মু চিংমদবা ওয়ক্লে। পুক্লিংদা মওল মওল থল্লক্লে। ওরাংগী মতৌদুপা, অঙাংগী মওংদুপা, ঙসি থোক্লরিবা থৌদোক অসিগা অথঙ অহৈ তাম্নদুনা লাই অমতং খুক্লমথোকসিয়া হায়বদু থল্লিনে। থক্লিবসু কুমরবনি। ইওম হেক ওমদে। করি ভক্লমলিদনো থঙক্রেনে।

অসুম্বা মতম কুমদগী থাংপোকশঙ অসিমা অচং-অওকপিংজ বাদী লীদুনা লাক্লি, লীদুনমু লৈখিগনি।

# মুংশিজবা

মহাকপু মাম্না মুংশিজবনি।

মুংশিজবা হায়বসি থরাই হকচাং মাওবা মুংশিজবগনি। মুংশিবা মাতমা তাইবংবু অমত্তা ওইনা পুন্দুনা থম্বা ঙম্নিবনি। পিক্রবদি মুংশিগী লংলা ওইজরবদু, উইরবদি মুংশিগী লংলানি, কল্লবদি মুংশিগী লীচিংনি। মুংশিজবনা মাতবু মুংশিজবা, নিংজবনা মাতবু নিংজবা, তাইবং কনাগী মকমদনা অরাম্বা অমদি অকায়বা থোক্লগদগে, থম্বদদি লুনা থোক্লবা, হায়বদদি লাইরবা বাহংনি। অদুবু মুংশিজবনা করিগী কনাদবু অকাইবা ওইকম থোকপগে? মরমদি তাইবংপাল অসিদা লৈরিবা লোংনি পাল্লিবা ঐখোয় পুম্নবু অমগা অমগা ভংন-থানবা লৈতনা

মুংশিনতুনা লৈরবদবু করিগীদমক কনাগীদমক অকায়বা ওইকম থোক্বা। ও! মুংশিবগী মুংশিবা ভাকনা তাইবং অসি থনা লৈবা তারব:, তাইবং অসিবু করি ওইকম থোকপগে? কল্লক মীহো চাউনবা, কল্লক য়েংথিনবা লৈত্রবদা তাইবংপাল অমে মীয়ামগী মীতাম্বকম পামজনফম ওইকম থোক্কবরা? মতাং অসিদা য়াওরিবা মীতামকম অমদি পামজনকম অসিবু অকবা অর্থদা লৌঊন' পুক্লিং অসি ফাঙ্গিনকম থোক্লিবরা? পুক্লিং নংতবু লাংহন্দনা ইংথন্দুনা ফাথকম থোক্কবরা? অদু ওইরবদি মুংশিবা মহাক য়াওদনা পুক্লিং মহাকপু ইংথনা কাজিন্নদুনা হিংবনা তাইবং জগৎ অসিগী পান্দমুকম ওইবা য়াগদৌরিবরা?

অহনদি হে: পুক্লিং! নংবু ঐনা ফাজিন্নদুনা ইশু অহুম অসিবু য়েংদুনা করম্বু লেনগদৌরিবনো? মাতমা ঐনা হায়জং রিবস য়া বরবদি মসি থোক্কদরা? হে: পুক্লিং নহাক তপথখো! ফিংগংপগী মতমদ ওইদ্রি। মুংশিদা ইশু অহুম অসি! ইনা অহবুম্ব ঐনা হেক পোকচবনি। থা তগা নাউপুংনা ইপুক্পী হেক তারিবনি। মামা মুংশিজরিবা অহুম ঐসু মুংশিরিবনি। মহাকীনা মপুরোইবা, ঐহাক্কীনা ইচানুপা কোকহল লাইহন্দ, মযুক মুংথিলগীনা-মরোম থোক্লিবা মুমিৎ, মুমিদাংগীমা মদোম তরক ভালিবা থাজ। ও: করিদা খেন্নরিবা মাগী মুংশিজবা অমদি ঐগী মুংশিজবা। মাগীনা মচা য়ুতুম মতুম, ঐগীনা ইচাগী মতুং-মরেং শিঙ্গোগদৌরিবা ইশু মশি মতুম মতুম। মথোয়দা মাগী মুংশিবনা করি, মথোয়দা ঐগী মুংশিবনা করম্

অনিগী মরক্তা করি করম খেন্নবনো। থৌদোক্তা শাক্তি ওইজ-রতনি। করিগীদি নুংশিজরিবা অনিগী খেঙ্কমদি লৈরিবগে?

ইচা অচ্চু ভেলোয়দা পুন্থনা মাগা চংমিন্নহন্দুনা মপুরোইবগী সেব পেম্না ফংহজ্জরবনি। মখোয় অনিনা চংশ্রিন্তৈদা ঐনা য়ুম মচা অসিদা ইচাগা ইমোগা য়াওদবগী ইশাং হাংনা উজরবসু ইশুাশং অসিগী মতো থর য়েং, মখোয়গী তুংগী চাওরবা আশাগী মরুম থর থুপ. ইয়ুংগী অপুং অরাই অসি মেন্দুনা লাক্তুজরক্লিবনি। অচ্চবু বিধিগী কলম্না ময়েক তাগ্রবা, ককপা য়াদ মতাগুম, ইচা অচ্চবু থাংজ্রথক্কী তিগ্না চিক্তুনা মতমগী চৈথেং তুংইন্না পুবিগ্রবনিনে। ইশুশিং অসিমদি তাইবং জায়দি মপুং ফাদ্রিবনিনা ইচাদো লাকখিগনি লায়য়েংবা চংখিবনি, হয়েং লাক্লগা বাবানা অশাউ অথুম, ফজ-ফজবা ফি-রাল লৈরক্কনি হায়দুনা পেম্না নৌনা লেল্ললক্লি। অচ্চবু চৈয়ক অসিদা নুংশিরবা ইচা অচ্চু কায়নবগী অগ্নাবমক্তবু লোমজ্রিন্তৈ অসিদা ইমৌ অসিমসু মপুরোইবা শেংন থাইমবগী অথোবা মৈচাক অচ্চু থাঙবা ঙমজদুনা তাইবং অসি থারগে থল্লবরমে। অজগা মায়য়বা টেলিগ্রাম অমনা ঐবু থুনমক লাকৃবা য়াদে। ইমৌ অচ্চ থাখিনা শোকচিল্লে হায়না কোকথকা হৈররে। ঐ তাইহাক্তংদি কোক অসি পুবা ঙমগ্রদুনা উকু-উকু লৈখি। মালেম পৃথিবী অসি মথক মথা থোক থোক ওন্দুনা লৈঙমগ্রবা মঙ্গেথ হায়বগু ওইথরে। অচ্চবু ইশুশিং অসিগীদমক থম্দুনা পুক্লিং অমি কাজিন্নে হায়রগা ঐহাকসু ভেলোয়দা চংপা লেপ্লে।

ইশুশিং অসিনা ঐনী ইতা চাউবীদা শিন্নরম্মে। ইতাসিন্না নুংশিরিবস্তু হেক পোকমিন্নবা ইচিন ইনাওসি মচাই। তশেংনমক মাগা ঐগসি পোকমিন্নবা মঙ্গে হায়বদি থৎবা মীওইস্তু অতা বনি। মহাকস্তু মরাইবক থিরে। ওন্তানা মপুরোইবা কায়নরবনি। অহবু মচাগী মকুম থুপচনা লেংম্না ওইজরি। মচা অহু ময়াইফরি। অহুনা ইতাহুস্তু ম্যাইথরি। মচা অতু ঈ মতুমদগী য়োক্লরকপনা ওংসদি ইতা চাউবী মচাগী মপান্না হিংবা ঙমজরি। অহবু ঐগী ইফমদদি কদাই! নুংশিরবা ইপুরোইবা লাইগী খুন্না তানথিব কুয়রে। ইচা অসিস্তু ঈ মতুমনা হুন্দোকপিরম্নবনি। অহবু নুপীনা মং অনি ওবা হৌনবেকে হায়রমা ঐগী ইমা ইপা অনিনা তকপিরম্না মতুংইন ওসি ফাওবা ইচাগী মরম থুম্না হিংজরক্লিবনি। পুক্রিং অসি ইংনা তপ্না ফাথজরিবনি মিকুপ খুদিং। মসিগী কান্নবা অমস্তুং মসিদগী ফংলকপা মতৈ অংগী ইকাইথুন্নবা ফাওবনি নত্তে। অহবু ওসিদি অহুগুম্না নুংশিজরবা ইচা অহুস্তু ঐবু থাদোক্লমহনা চংখ্রে মতম কুয়নগীদমক ইশুশিং অসি থাপ্না শিংরম্লগা। অমুক অহুগী মথক্তা ইমৌ অহুস্তু শানিনা শোকচিল্লে হায়বগী মপাউগোল। পুম্নমক অসি খাংহনা লৌনা পুম্নমক খোমজিন্নগা চংপনা ঐগী নুংশিজরবা ইমৌগী মনাক য়োরে।

ওংখ্রা চপা হায়বহনি। ইচা লৈখিদবগী অবা মৈচাকমক্তবু মুখ্রিদৈ, ইমৌগী অবাবা অমা অমুক হাপকংলক্লে। ইমৌ অসি চাদ থক্তবমক্তনা শরুদা ঊমতনা কুপ্লম্মে। ঐ লাকপগী হরাউবা

কৌ লাকপা অমত্তা তৌখিব্রে — মতম কুমমগী ভুং অসিদা মাগা ঐগা উমবা মিংপসিদা। ঐদি পুক্নিংবু মুংশিন্নরে মিৎতগী পি তাখিবগু খঙহৌদে। ঐনা মিৎতগী পি তৈতোক তৈথোক্লা ইমৌগী মমিং অচ কৌই মণিতোম্বী হায়মা। অমুক্তংসু ইমৌগী মমিংসি মপুং ফানা কৌজরগি বনি। ঐগী লৈখিত্রবী ইচানুপী মণিলৈমা হায়বতুগা মমিং শায়ফেং মাম্নরম্বা অচুমনি। মিংদা নত্তে মিংলৈ নাবৈসু মাম্নরিবনি। অদুবু ঙসিদি ইথং থংহৌদনা কৌগোকলুরবনি মণিতোম্বী ওাংবরা মণিতোম্বী ঐ লাক্লে। মাসু ঐচোন্দা মুন্না শংত্রিক য়েংলকই, য়াম্ফক ভাম্না হিংম্মী হোটেল অমগী কা অমদা। ঙাইহাক মিংকুপ ঐচোন্দা শংত্রিক য়েংলম্লগা পিরাং ঈহৌরক্লবা মিংম্না অনিত্র কুপফেংনখিবগা লেংইননা পিরাং মতুম মতুম কংলবা মংভাই অনিদা চেম্বুরকখিবদো ঐনা উখিবদি নত্তে। মতু ওইরমাল্লে মাগী পাউখুমদি। মগোল থোক্লবা পাউথুম ওম্লোকপনি। ঐনা মাগী মফমদা ইশুশিং অচুগী মরম পুম্বা অমত্তা চিথদনা ভল্লি। মাসু তাবগুম মমিং কুপ্তনা ঐচোন্দা য়েংহনা লৈরি। অদুবু রাহৈগী পাউথুমদি ফংদ্রিদে। অদুম্না ঙাইহাক হৌত্রবা মতুদা ডাক্তর অমা চংলক্লে। মামা ঐবু হায়না থঙলম্লে। মহাক্লো ইমৌগী মরমদা রারম খর লৌররে। মহাক মৈতৈ মচানি। ঐগী ইমাগী মরীরোমদগী ঐগা মাগা মরী মচা অমা থোক্লে। খিজিন্নরুবদবু মরী খোক্লরমদবু লৈবরা? মানা ওইরম্লে টেলিগ্রাম তৌরকপসু। মানা হায়— অনাবা অসি চাও হক্তই

হায়বা অমত্তা য়াথিদে। ঊশিং মরিক অমা ময়াদা তারক্কবা ওসিগা পানা মুমিং ৪/৫ নিরোম শুরম্লগনি। য়াংলানস্ত ওাং-শকথিদ্রে। খোন-খোক্রম্ভ কপথিদে। হাংনা মপুরোইবগী সেবাদা শোকখিবননি, হৌজিক মাগী ফিভম অসি খোনা সোকচিনখ্রিবনি। মামা চাও থকউ হায়বা ময়াদ্রবনিনা ঐখোয়গীদি উপায় অমা লৈরোইদোরে। অংনা মথাক পুবিগিবনা হেক্লা ফরগনি। মচগী খোয়াং পুম্ব ঐনা শিঞ্জগনি। ডাক্তর অহু মবুক য়াম্না ফনা ঊই। হায়গুম্মদনা মানা মতেং য়াম্না পীখিরে

অমুম তোনা ঐখোয় অনি মথংগী নুমিৎতগী লাংপনা হৌজিক ঐখোয় ইশুশংগা লোইননা লৈমিন্নবা ফজরে। অংবু ঐগী মণিদি ওসি ফাওবা চাও থকউ হায়বা য়াখিদ্রে। ঊশিং কক্লা অমা ফাওবা য়াতোম ভংখিদ্রে। করম্বা অনিবা অমগী মথাদা কল্লবা মাগী বর্ত্তনো। মাদি মচা হায়বহু মুশিবা থওদ্রবরা? মামা মুংশিনা লুমা চাম্না নিংজরিবা, লৈংদ্রবা মপুবোইবা অহু ঐগীদি ইচা মত্তবরা? মংগী মথক্তা ঐগী ইশুশিং জীব অহুমসিদি মাগীদি মচা নত্তবরা? মচাশিং অসিগীদমক খল্লরোইদ্রা! ঐগীদি ইশুনি, ইশুশিং অসিবু মপা লৈদ্রে থওনা থওনা মমাম্ব অমুক লৈথিদবা তাংবদি লমজা শারানদোগুম করি ওইফমদি খোকপগে? ও: মোংচুপলোমগী কবি লোর্ড টেনিসন, নিংশিংদবা ওয়ালোই নংগী কবিতা— হোম ডে ব্রোথ হয় বোরিয়রড ডেড। নিংশিংলুত্রমা করিবু কায়গনি। পুম্নমকসে ইমোগী মফমদদি অরেবনি। মহাউ য়াওদ্রবা, থরাই

পাম্রবা কবিতামি। ভায়বংবুদি শুক্সংপা শুমলি অহুবু ইমৌ মশিবুদি শুক্সংতুমা মমিৎ পাংহবা শুমখিয়ে।

ইহে: ডাক্তর সাহেব! ঐ শুম্বোক্সা শাংমা অরেম্বদা মতম মাংহন্দুনা রারী অসি লীরুরেদা। ইশুশিং অসিবু য়েংবিহুমা ডাক্তরনা অমুক্তাদ ইমৌ মশিবু অশিবগী খয়াংতগী কৱিয়ুনে।

রাহৈশিং অসি মুম্মা তারগা ডাক্তর অহু পাউখুম অমত্তা পীরমদনা হৌজিক্কি মহুগী মতম হেনগ্রে হায়বা মতাংগুম মঙক অহ অন অঙ্গুক হাইরম্নগা কাহ্রদগী তুমিন মপান থোকখিরম্মী। অহুবু নাশোন পিক্সা করিগুম্বা রাহৈ খরদি হায়খিবগুমদি তাখি—মহাকপু য়াম্না নুংশিজবগী খুদমলা? অঃবু নুংশিজরিবা মাগী নুংশিঙবা মচাশিংবুদি নুংশিজকম থোক্কবরা? ইতিহাসকী লামাই কয়াদা ময়েক লানা ইরিবশিংহুগী করি অর্থ? মহুগী মরম? ........ করি মরম? ........... থংোইগী রাহংগী পাউখুম থম্মোইদা লোম্না পাউখুমখ্রমাম্নে। ডাক্তরহুগী য়ারা খোঙ্গেল অমুক তাখিরে। ডাক্তরবু য়েংমা য়েং, উনা উ, মিংয়েংগী রাংমদা লৈরে।

মনেম্বোম্রা মদোম তরক খহেল্লোই- ঐগী নুংশিহরবা ইচাগ দমক ইমোনা নুংশিজরবা মচাশিং হুন্দোক্লন্বা থোক্লবদি। অমুম্না রাখংগী ঈরেদা লুপ্লিঙ চৈরক অসিদা মতম কুয়নদগী রা অমত্তা ভাচনা লৈরক্লবা মমোনা শুসিদি ইখং খংহৌদনা ইমা ইমা হায়না কৌরক্লে। মমোগী খোঙ্গেল অহু তাবদা ভাইহাক মিকুপতুগী মনেমগী হরাউ নুংঙাইবদি স্বর্গ খুৎনা

লাম্বা কংবগুম দুংতাইজবিবা, করম্না বাহৈগী মতেংনা কোংলসিগে ?
অহুবু হয়াঙ দুংতাইবা অহুদি মতম কয়াম কুয়নগীবু ওইরমগবা !

— ইমাগী ইবেম্মা মণি, ইমাগী ইবেম্মা মণি হায়না মমেচা মমৌগী মমাক্তা চেনশিন্দুনা কপ্লুরি।

মমৌ মণিস্থ তপ্না মতং মতং ওইবা বাহৈনা পাউমেন্নরকই — ইমা, ইচাশিংসে মমা মপা নৈতবা হায়বহ খোল্লশিদো। মতম কুয়না নাউকোল্লু তন্নমত্রমান্নে। করম্বা এগী ইপাপ্পা অমুক থীনা তন্নবা ! মচাদি ইপুরোহৈবগী হৈনা তুংইজগে। নগুশিংসে শিরজংল্লবজিবো। ইমা নচাবু বারৌনুকো। বাহৈশিংশিগী লোইন লোইননা মমিং অনি অহু তপ্না তপ্না উইশিনবিরম্মী।

তারমদাই কোয়োহবগী তাঙ্খায়বা মশেক মতাল, চীংদুংগী হারিনা নিং-নিং খোংলিবা, অথাপ্পা চীংনুংদগী থিলকপা তান্নবা শরিকী মখোল, মমেমগী দুংশি মীকপ মীয়াওখোল, দুংশিদবা মচাশিংগী ইমা-ইমা হায়বা খম্মোই শোল্লবা লোয়য়া খোনকুম, লৈকাইগী মচল মচেমশিংগী দুংশি তেংথাখোল, কায়নরমদাইগী দৃশ্য, পূনমক অসি দুমিদাংবাইরমগী অচিকপা হালংগা অমতা ওইনা তিমথে।

## য়ুথংগ অমৈ মকুমদা

মং খালিস্তাম. মমিং তাখবরা? — মুপামচাত্রগী মথক্তাইদা খুংপাক্কা শেং লাউনা থাদি। অতাংচু ভুমিন্না লৈরি।

আসামগী কোরেনর ইশুগী বাখোক্তি তারবিনিবা? মথক্তাই মাকল অমরোমদা খুংপাক্না শেং লাউনা ওক্লগা অমুকন্থ মথা তানা হংজিনবা বাঙ নি। অচাংচু অহুম ভুমিন্না লৈরি।

ত্রিপুরাগী উপজাতিশিংনদি করি পাম্মী থজলবরা? মণিপুরগী মীটৈবাকচা মীতোপকী বাকমদি শেংনা থজলবরা অতাং— বাহং অমগী খুংপাক অমা। বাহং অনিগী খুংপাক অনি। শেং শেং ওনা ওনা থাক্তিলি। মথা অমুক শমথরকই — খুম্মুমে, মচিন্থ চাংথবা পান্নিবা মতম? চোসাইদি মাপা কলেপা লৈপ্রা

চাং শকপদাই। হৌজিক্তি করিগী তুমিন্না লৈরি? নমিৎ কাওবা হঙ্গংবা পাংবা য়ৌনা শমজক্রে। করিগী উচি মপুন, চুপ-চাপ। ইথক আ সিরিঞ্চ ওক ক্রোরেমক ইম ইন্দিনা— চাউরবা আম্রিকী থুবাক অহ অমুকস্থ থাজিনগদবগী থা গংলকই। অহবু হন্দক্তি মচাক অঙাংহুদা থাবা চুমখিদ্রে। মথুং অহ থক থক নিক্লা থাগংতুনা অহম লৈরে। মমিংতুনা অঙাংহুদা চাখোক্তদবগুম য়েংঙনা লৈরে। ওসাইমথে ইতুক তুকপনা লৈরম্বা অঙাং অহস্থ চৌজিক্তি লুকথরম্বা মাইপোংহ হাইগংলক্লনা আম্রিকক্তা মুন চাখোক্তদোবগুম য়েংহনা লৈরে। মমিংতদি পিগী ঈরা চেন্নিবনি। মিকুপ অমগী মপুংদা থোকখিবা গৌদোক অমগী মতু দনি।

তুমিনা লৈরম্বা অঙাং অহনা তপ্না তপ্না পাউথুম পীরকই— য়াম্না চাংবগী মহুংতা নংগী অপাম্বা তৌ. হৌজিক্তি মথুং চল্লে।

চাউরবা আম্রিকী থুবাক তক্নবা অঙাং অহগী মংজাইদা ওমা ওমা থমুক থাজিল্লি। আম্রিকী থুংবা অমুক অমুকা মঙাং অহ পাইখক্লগদোবগুম নিংবনি। অহবু অংাংহগী লেপখিবা থোংকম অহদগী থুবৈ অমা লেংদনা মমাইদমক শৎ শং লৈখোক-লগা অহম চপ লেপ্পুনা লেংদনা লৈরি।

আম্রিকনা মথা ভারকই— নংগুবা অঙাংনা ...... নমিংতি করি কৌই?

—মিংগী করি কাম্রবা?

—কাম্রবা লৈ।

—করিনো কারবা ?

— অঙাং, কারবা লৈরে।

—অচকপনি ! খঙহৌদ্রবা হংলিবা মংঙোন্দা ঐগী মিংগী কারবা।

— আঃ হায়রু।

— আঃ হায়বিগে। ঐনা পীবা পাউখুম অদুমক্তা অদুবা পাউখুম্নি হায়না লৌগদ্রা ?

—মীওইবদি অদুম্বা পাউখুম পীনৈ, অদুম্ব মিং হায়দোক্নৈ।

—ঐবু অদুগুম্বা মীওইদুমক্নি হায়না লৌবরা ?

— অদুম্বদি নংনা হায়বা চুম্মি হে। অদুবু অশেংবা মংগী মিং অমসুং লৈকমদি খঙনিংই।

—ঐ ইম্ফালদা পোকপনি। মণিপুরদা চাওখনি। মিংনা লৈতে মচানি।

—আত্রিক্তা অঙাং অদুগী মখুদাং পায়শিল্লি। অদুগা আবু চিংদুনা পুরগা চৌক্রি অমদা ফমহল্লি। আত্রিকসু চৌকি অমদা ফল্লি মায়োক্নবা। মখোয় অনিগী মরক্তা টেবল অমা লৈরি। অতোপ্পা চৌকি অতৈসু লৈরি। অগৎসিংনা চা কপ অমরম পুখোরক্তুনা চা কাম্বিযু হায়না টেবল মথক্তা থম্লে। অদুগা মচাকসু চা কপ অমা পায়রগা থর থৈদোক্তা লেপ্লগা চা থক্লি। লৈতে মচা অদুদি চা কপ অদু পায়দুনা অদুম লৈরি। চুমিনা করিগুম্বা বাখল অমদা লুপতুনা লৈখিক্তুম ভোথি।

মতৌদুদা আফ্রিকা চা থক্লা থক্লা হায়রকই— অদোম চাহু অমুক্তা থকপিয়ু। পূক্লিং লৈতানা থকপিয়ু। ঐগী মিং আফ্রিকসিং কৌই। ঐ মণিপুরগী গুরুদ্বার কমিটিগী চেয়ারমেন্নি। মখোয়না ঐখোয়বু মীরৈবাকমচা মীতোপকী মিংদা ওৎ-নৈবা পাম্মী। ঐখোয়বুসু নখোয়না ময়াং হায়বা মিংথোল পীশিল্লি। অদুসু মীয়াম মীয়ান হায়বদগী ময়াং হায়খিরবসু ওইরম্বা য়াই। মদুদা ঐখোয় থোইদোক্না য়াম্না লুম্না থম্বরুদে। নখোয় মৈতৈ হায়বদি চীং তমগী ইচিন-ইনাওশিংগী মরক্তা ঐখোয় অয়াম্বা বেঙ্গল, পঞ্জাব, হারিয়ানা, বিহার, য়াজাস্থান্দগী লাকপনি। ঐ ইশামকসু লুধিয়ানাদগী লাকপনি। নখোয়নসু খঙলিবদুনি— ঐখোয় পঞ্জাবী, শিখশিংদি শুবা নোম্বা কল্লি। ঈরৈবাক ঈজাতিবুসু নুংশিজবা, জাতিসিগী ঈরৈবাকচাশিংবুসু য়াম্না হেন্না থম্মোইদা নুংশিজবনি। ইমা ভারত অসিনা ঈরৈবাক ঈজাতি ওইবা তারবদি মসিগী মনুংদা লৈরিবা ভারত বাশী- শিংবুসু নুংশিজকম থোক্তবরা? মরমদি ঐখোয় লৈবাক অসিদা পোকপনি। লৈবাক অসিদা চাউবনি। লৈবাক অসিগী হবা পানীনা থবাই ওইরিবনি। থবাই অসিমকসু লৈবাকসিগী ওইকম থোক্তবরা? লৈবাক অসিগী নিংতম্বা ঐখোয়গী নিংতম্বা ওইকম থোক্তবয়া? মুন্না তাও। মুনদু থম্নু। ঐখোয়না অহাম্বা অসিদা লাকপসে থুংতা শেন থয়দমক পাময়গা লাকপনি। হৌজিক্তি ঐখোয় কয়োরপতি ওইরে। মসিদা মখোয়গী কর্বি চিংনবা লৈকম থোকই। হায়বৈ, ঐখোয়সু তারে— ঐখোয়না

মণিপুর মচাশিংগী ঈ চুপ্লে। মসিনা চুম্বা তারবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী ঈবুঙো চুপচবা হায়ে। মরমদি ঐখোয়সু মণিপুর মচানি মরমদি ঐখোয় অমুক লুধিয়ানাদা হল্লরোই। ঐগী মোংকমদি ইখোংনা থোংনা লাক্লবা মণিপুরদা ওইকৎ খোক্লবনি। ইচাশিং মণিপুরদা পোকপনি। ইগুশিংসু অসিদা পোকপনি। ঐখোয়দি মণিপুরবুদি থাদোকনিংদে। মরমদি ঐথোয় মকমসিদা লল্লোম্বা লাকপনি। লল্লোম্বদা ঈ চুপ্লে হায়না থল্লবসু ঐখোয় ময়াংশিংগী মরক্তসু অতম্বা মীওই য়াম্না লৈরিবনি। মখোয়গীসু ঐখোয়না ঈ চুপখোকলিবনি। তন্দুনা শুবা মোমদবদগী চাওখৎ-লক্লগদবা হকচাংগী অহেন্বা ঈ অহুনি ঐখোয়না চপ্লিবদি। মরমদি অতম্বা মখোয়দি পৃথ্বি লুম্নবা লৈবনি। করিগীদমক ঐখোয় মীওইবা জাতিদা জর্মনীশিংবু, জপানীজশিংবু ঙসিগী থুন্নাই অসিদা ইকাইখুম্নবা উৎংলিবনো? মখোয়গী শু-মোম্বা কম্বা, মতমবু কুপ্না শিজিন্নবা অহুগীদমক নত্তবরা? হন্দুনা য়েংউ, মখোয়গুম্বা দুকান্দার, কারবারবালা, ইনাকখুদ্ধশিংদগী মমহুনা পৈশা থায়হুনা ঐখোয়না ইনাক খুল্লকপা অমদি পৈশা পায়মকপদি মত্তে। ঙসিগী করোরপতি অসি তরাইনা ওইরকপা মত্তে। ইনাকখুম্বা হায়বা অসিগী য়ুখল মকমদা থাঙবা কম্বা, শু-মোম্বা কম্বা অমম্লুং শেল তুংশিন্বা হৈবা মায়বা গুণ থরসি চংলিবনি। হেক্তমক নোংমদা করোরপতি ওইরকপদি মত্তে।

অমুকসু থন্দুনা য়েংউ। লাইররবা মণিপুর হায়গে বায়োনু। অসিগুম্বা মণিপুর অসিদা অরুম্বা পোৎ-চৈ থাংবা-খোৎপা, শম

ককপা, খোংউপ তুবা কোৎপা অমসুং কাপ থাবা, কি ইথ্রি তকপা, থবক্তী অচোপ অরেম খায়দোক্লনা হয়াইট কোলার জোবতবক থীবা মশুনা করি করম্বা অতোপ্পা থবক অতৈদা, মখোয়গী অওম্বা শক্তিগী মমুংদা, নখোয়না মাইওনশিন্না তৌবা থেংনরবগে? থরমথৈ থেংনরবসু, থেংনরিবা থরদুসু মমিংতা ওইনা শুরিবনি। য়েংঙুনে মখোয়গী ঈ চূপ্লিবদি, নখোয়গীতা নত্তে হায়গ্রবহুনি। মখোয় অতম্বা হায়বা কাংলুপশিং অহুদগীনিনে। অহুগীসু মথক্তা লমদমসিগী পোংথোক্লা করি করিনো? হিংবদা চংলিবা পোংলমশিংবু মতিক চানা পুথোকপা ওমজরবরনে? থল্লুবদা অমম্বগী মশক্তি। অহুগা অমরোমদনা ঐখোয় কারবাররালা-শিংদতা নখোয়না তাইনরি। মসি তাইনফম থোক্তবনি। অচুম্বা ওইফম থোক্তবনি। মসিদি অমরোমদনা থল্লুরগাদি হিংমিন্নবনি। নখোয়না ঐখোয়বু ঈ চূপ্পা মীওইশিংনি হায়না তাম্বোকপা তায়গদি নখোয়গী মমুংদসু কারবার তৌবা য়াওরিনে। মখোয়বুসু য়াওনা তানফম থোকপনি। মরমদি কারবাররালাশিংনা মাংনা পোং থক য়োন্দে। শন্না হায়রবদা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা মতৌ করম্না বাটা কম্পানিগী কারবার মথল অসিবু চংজফম পীরিবনো? লৈবাক্তী ঈ চূপ্পা হায়বা অসি ঐখোয় কারবাররালা-শিংদতা তাইশিন্বনা অচুম্বা থবক্তী থৌওং ওইফম থোক্তবনি। লৈবাক্তী অচৌবা ঈ চূপ্লিবা কাংবুশিংগী মমুংদা হয়াইট কোলার জোব তৌবা মীওইশিংগী মমুংদসু য়াওরিবনি। কয়াই তুমাইবা লৈবাক্তী অওম অথৌশিংসু য়াওরিবনি। মখোয়শিং অহুগী

মহুংদা বৈতৈ মচা, চীংমী তমীশিংগী য়াওরিবদিনে। ঐখোয় ময়াংশিংদতা তাইনগনুনে। ইমুং মমুংগী অহল লমম ওইরিবা মুমুরেলশিংনা অচুম্বা চংজুনা মতিক চাবা মীওই ওইরবদদা ইমুং অমু ইংনা চিক্লা হিংমিন্নবা ওমজ্রবওম লমদমসিগী য়াইক মুংঙাই, চাউখং খোয়াংসু লমদমসিগী মপী মপা ওইবশিংগী মখা পোক্লি হায়বসি মশানা তাজরবা বাকল্লিনে ইচানুপা। হিংশা অমসুং মোংমৈনদি লৈবাকী মুংঙাই য়াইকবা পুরকপা ওয়োই। চাউখংপসু পুরকপা ওয়োইনে। লৈবাকী শান্তিনু পুরকপা ওয়োইনে। আঃ মুংশিরকহৌদকো, ঐখোয়না অঙাং ওইরিবৈদা ইতিহাসতা তমকপা আশোক্লী অরোইবা লানকম ওইখিবা কলিঙ্গগী লাল। আফ্রিকী মিৎস্না থম্বালদগী অর্থ চেন্নবা পিরাং মরিক অমা অনিদং চেম্বরকখিবদো মায়য়োক্লনা কন্নিবা অঙাং অমু মঙনা কনা অমঙনা উবিখিরে।

তাঙ্গা অসিদা জগৎসিংনা মাগী ফুরিংখাউদগী ররয়না পুন্নবা নোট চবুল অমা আফ্রিকসিংদা পীশিল্লি। আফ্রিকসিংনা নোট চবুল অমু লোনা লোনা হায়রকই— য়েংঙু, মসি লুপা লিশিং অহুল্লি। মসি ঙসি নোংমগী চাওবাকপা শেন্দোংনি। মসিনা মোংমগী শেন্দোংনি হায়রগনু মহাক অঙকপা অমদি নোক্লিংবা পোক্লবসু য়াই। মসিগী মরমদসু ঐ হায়গে তাও। ঐনা হৌদিক লৈনরিবা মুম অসিগী তাম্বা থাদা লুপা ২,৪০০ নি। মসিগু সুপ্নগী কাবক কাবকপা কা ৬ কী তায়ানি। ঐখোয় ইপা-ইচা ইওশিং পুন্নপ চমবা লৈমিন্নরিবনি। ঐখোয়গী ইমুং

ইথ্যোল লৈজদে। ঐখোয়গী ইয়ুম্ কায়রবু মীগীদা য়ুমদাংহুমা লৈবা ফংজরিবসিনা ইয়ুম্নি। অহুনদি নোংমগী য়ুমগী ভারাদতা লুপা ৮০ তারে। অহুগী মথংদা ঐনা ফম্লিবা হুকান অসি মৈতৈ অমগীনি। ফম্নবা ভাংনবদা এডভান্স লুপা ৩০,০০০ নি। মসিগী ভারানা থাদা লুপা লিশিং ১৫ নি। অহুনা হুকানগী ভারানা নোংমদা লুপা ৫০০ তারে। হুকানসিদা ফি-রোল য়োনথোক য়োনসিনগী মতেং পাংবশিং মৈতৈ মচা ৩, ময়াং মচা ২, হাওমচা ১, পুম্না ৬ নি। মখোয়গী থাগী তলবনা পুম্না লুপা ৩৯০০ নি। মখোয়গী তলব চপ চপ মান্নবা পীদে। মরমদি মখোয় মখোয়গী পোং য়োম্থোক য়োনশিন অমদি থবক্কী হৈ শিংবগী মতুং ইন্না, হরাউ কুম্মগী ওইনা অথোই অহেন, করিগুম্বদা বোনস পীরিবনি। অতুনদি মখোয়গী তলবতদা ওম্নমক পাশিল্লগা নোংমগী চাংচংতা লুপা ১৩০ নি। চা-মুং থকপা, চুরুট-বিরি-কা অতৈ অতৈগী পুম্না নোংমগী খরচ লুপা ২০ লোমনি। অহুগী মথক্তা ফি-রোলশিংদা অশোই অণ্ডাম য়াওরম্বা, উচিনা চিক খোংপা কয়ামগী নোংমগী অমাংবা চাওরাক্না লুপা ৪০ নি। মসিগী মথক্তা ঐখোয়গী ইমুং মনুংগী য়ামদ্রবদা নোং-মদা চেং কিলো ৭ হায়বসি ইরেং লেংদ্রবনি। চেং কিলোদা লুপা ৫ নি। অহুনা চেংদদা নোংমদা লুপা ৩৫ থারগা অতৈ হরাই চেংবাই, য়েনশাং-নাপী, থাউ থুমগী পুম্না নোংমগী অচংবা খরচ লুপা ৮০ রোমনি। মরমদি ঐখোয়গীদি, হান্নসু হায়গ্রবহুনি, লৌ-কৈ, লৌয়ী য়ুম্ফম, ইথ্যোল মুংথোল

লৈজদে। মনা মশিং পুম্নমক লৈহনা চাবা ঙাক্তনি। মসি পুম্নমক অসিগী মথক্তা ফিরোল শুবা চান্বা অতৈ অতৈ, অনা অমৈকী, লৈবাকী শেনথাই থুমথাই অসিনচিংবগী থা থাগী লুপা ৪৫০ রোমনি। অদুনদি মোংমগী লুঃ ১৫ নি। অদুগী মথক্তা ঐনা দুকান অসি কম্নবা হোংমজবগী শেল্লেপকী বেঙ্কতগী লুপা লাক্ষ ৭ কী শেন্দুংগী শেন্দোই চহিগী ১৭% কী মোংমগী পাথোক্লগা শেল্লেপকী শিংগৎকম থোকপা শরুকতুগা পুম্না চাও রাক্লা মোংমগী লুপা ১৭৫০ রোম অমগনি। মসিগী মথক্তা ইনকম টেক্স, টেলিফোনগী টেক্স, ইলেকট্রিকী অমদি অতৈ কয়াগী মোংমগী খরচ লুপা ১০৫ রোম অমগনি। অদুনদি চাউরাক্লা মোংমগী খরচ অসি পুনশিল্লগা লুপা ২,৭০০ লোম চৎহনথ্রো। অদুমদি ঙসাই অমুক্তগী ঐনা দুকানসিদা ফমদুনা মুংশং থুংবমথৈ লৈরিবা অমদি থাঙলিবসিগী, চিন্বান কোঙ্গোল কাবমথৈ ঙাংলিবসিগী শেন্দোংদি মোংমদা লুপা ৩০০ লোমতনি। শেল্লেপতনা লুপা লাক্ষ ৮ লোম্নি।

অদুনদি ঐনা মঙোন্দা পীরিবা ৩,০০০ অসিগী মমুংদা ঐগী ঙসিগী ছমাংমল য়াওরবনি। ইবুংঙোগী অসিগুম্বা থবকী থৌনা অসি অতোপ্পা শিনফম অমদা শিজিন্নহন্নিংজৈ। অসি হায়না হায়না মোট চবুল অদু পীশিল্লি। অদুবু অঙাং অদুদি পৈশাশিং অদু লৌখিত্রে। তপ্না তপ্না আত্রিকসিংদা মথুং লোমং-রদুনা ইকাইখুম্নবা উংলকই। মিৎলু পিরাং ঈহৌরকপগুম তৌখি। অত্রিকপু মথুং লোমরদুনা মৈতৈ মচা অদুদা ইকাইখুম্নবা

উংলকই। মহাকস্থু মিংলু পিরাং ঈহৌরকপগুম তৌখি। পিরাং মরিক অমা অনিদংনা তনিক তনিক ওস্থবা ওমদনা লৈরিবা অচু মখোয়গী মিংপান্দা তরু তরু উরকই।

মতাং অসিদা ওসাইমথৈ রারী লৌরিবা সিঃ আইঃ ডিঃ অফিংসিংনা অণ্ডাং অচুগী মমিং মথাগা কোরনা ইরবা চে অমগা লোরমনা অণ্ডাংদুগী কোটো অমগা কাইলদগী লোথোরগা ইন্সপেক্টর অমর গুহাদা লানশিনখি।

## থম্মোয় খোন্থাং

ঙসি হরিউত্থান নুমিৎনি। হরিশয়ণ নুমিৎতা চেপখিবা জগন্নাথ ইবুংঙো, জগৎকী মপু ওইবা মহাকী ঙসিদি য়াকাইবা নুমিৎনি অসিগুম্বা নুমিৎ অসিগী থেংলবা অহিংগী মতমদা ওজা দীনস্নু য়াকাইরক্লে। ওজা দীন ময়াম্না কৌনবা মিংনি। মপুংদি দীনচন্দ্র কৌই। শিনকম্না ওঝা ওইবনা দীনচন্দ্র হায়ববুদি ওজা দীন হায়ননা ময়াম্না খঙনবা হেল্লি। ঙসি ওজা দীননা অস্থক থেংলবা মতম অসিদা মিকপ থোরক্লনা য়াকাইরক্লিবা অসি অচম্বদি ওইরম্লরোই। মহাক ইফিং ফিংনা করিগুম্বা থবক অমগীদমক মতম হেন্দোক্লম্লগনি হায়বগী মওংগুম মাগী মোন ময়াদা লৈরিবা খুদাং ঘড়ি অদুদা মুন্না য়েংই। মোংয়াই

মতুং পুং ১দগী মিনিট খর হেল্লয়ে। খংহৌদনা মচিন্দা শোল্লকই।
—ঈস! চপ চারস্লি। ঐদি তুমখোকলুরেদা। হেঃ ইমা শকপী
শান্তি লাইরেম্বী মংগী মাওশুম ঈশৈদা ঐদি লুপলুরেদো।
তাইবং মায়া কাউক্লরেদো। মসিমক্তা ইবেম্মা শকহেম্বী মংগী
মিংলেনবু শান্তিবালা কৌরম্লিবোইরে। শান্তি, শান্তি মংগী দমক
ঙসি ঐনা তুম্বা মচেং ওইদুনা ফুংশি মঙলাম চুপলুরি। অমুম্বা
শোয়া শোয়া দীন ফমুংদগী কুমথরে। মফি ময়োল শেংচিল্লে।
অথেংবা অহিংদুদা মশম মনাগা হাংতোক খোংতোক্লগা করি-
গুম্বা থবক অরুবা, শোইবগা য়াদবা অমগীদমকা মাল্লদনা তফিং
তফিং কাদুদগী অমুক মপাল খোরক্লে। হেঃ যৌবন ওইবগী
মায়া! করি থবকীবু ওইরিগবা।

দীনমা অশুম লেপ্তুনা চংথিবনা শান্তিখোয়গী খোঙ্গাল
য়ৌথিবা খংহৌদে। তপ্পা তপ্পা খোঙ্গাল হাংদোক্লগা শান্তিনা
য়াবিরক্লুনা উরশি হায়রকথিবা মকম অদু ভায়া ভাবনা লাক-
শিল্লগা হুয়ান্বা মীওইগুম তপ্পা মাশোন পিক্লা চংশিনগ্রে। শোইবা
য়াত্রবা য়ায়া লুবা থবক অমগী রবোই ঙিংলুবদি মসিগী·
দমক ওইরেকো। সোমদনা কমদৌরি। হায়বী ইবী শান্তিনি।
ফুংশি ঈখৌ লাংলবীনি। শান্তিম্না হায়নথিবা মকম অদুদা মাবু
ঙাইদুনা লৈরম্লি। দীনম্না মকম অদু তম্না মাবু উরবা লাক্লি।
হে যৌবন যুবতীগী পুন্সি! নখোয়গী মকমদদি মসিম্না য়ায়া
মমল য়ায়বা পুন্সিগী ভাকক অমা ওইনা খরথিবনা ওইরম্বা
তাই। অমনা অমগী মকমদা নিংবরা কনানা হেম্বগে হায়দুনা

খল ওল্লুবা খর লুনা খোক্লগনি। মখোয় অমি উয়রি। বারী শানরি। থরায় তানা নোক্লরি। ফাগী নাচোম শেন্নরি। অমনা অমগী মগাইদা ওইনরি। ঙসিগী অহিংসিগী অঙৌবা লৈচিল মফোলগী মপৈনা থাবল করবা অতিয়া মকোয়দ নিংতম্না কোয়-পাই পাইদুনা শান্নরিবা অসিমক্তা মখোয় অনি থম্মোয়দু খেংলবা অহিংহুদা ম্নুংশি সাগর ঈয়াইদা হোল্লিবা নিংতম্বা খিরোই-শিংনি হায়রবা তাক্লি। ম্নুংশি হিদাও অংদা তোংখিদ্রনা নোংহোম থভেং পাংনহুনা লৈনা লপোই শামিন্নরি। শাবী শানৌ অনিগী ম্নুংঙাইজবদা খম থেংনরি। পুন্সি হায়বদো অসি ওইরেকো খন্নরি। পোকপগী মহৈ য়ালে নিংনরি। লগংসিমকপু কাউহন্বা ঙম্বা মিকুপ্পি। মখোয় অমিতগী ওইবা সংসারনি খন্নবা মিকুপ্পু-মক্তি। অহুবু ওল্লোকপনি! অকম্বা ঈথক ঈরৈগা লোয়ননা হিনাও অহ ঈরোমুংদা লাকশিনথিগদবগুম অমঙবা নোংতম অমগা লোয়ননা অকবা মোংলৈ ম্নুংশিং অমা লাক্লে। তোর্বান য়েনা হোজিন্না ঙমগত্রা ঙম্লোইত্রা হায়বকাও থাজবা ঙমত্রে। মত্রগা ঈয়াই ঈরোমুংদা লাকপ্রগত্রা হায়বা অসি য়েনা চিংনবা পোক্লে। ইখং খংহৌদনা লুপা অমনা দীনগী মরেংজুম তাপ পায়রে। অহুগা থুংপাক্লা দীনগী মখজাইদা ওমা ওমা থাগ্রে। ম্নুংশি মঙলান কায়গ্রে। দীনসু মরাল লৈরবা মীশক অমগুম ভুমিম উত্তিংবগুম লেপগ্রে। তাঙাসিদা শান্তিদি কমদৌরি। মহাকসু মবুংঙোগী ইকাইখদা শরুক য়াওরি। অহুবু করমদি তৌনি। অমরোমদনা মরীল থাবা মবুং অতোম্বনি। অমমা

মুংশিজবা মাগী মবুংঙো দীমচন্দ্রনি। করি গতি লৈতম্না মাইথোং লৈদা লুক্কুনা মশাবীগী মাইথোংদো য়েংঙমদনা লৈরি। মস্তুম্না লৈরিবৈ তাঙ্গা অহৌদা মবুং অহোম্বহনা লাওরকই— চৎপ্রো চৎলো লমকেং লমহাইবী। মংবু ঐথোয়না লুনা চান্না তৌজবগী মহৈদি অসিরা! ওজাগা ছাত্রীগা, গুরুগা শিষ্যগী মরক্তা লৈনরিবা মরী-গী অরুবা ঈচেল অহৌবু নৈথায়বিরগে হায়বরা। পুন্নমক মাংহল্লগে থল্লবরা। অসিগুম্বা বাঙাংশিং অসিগা লোয়মনা মুংশিজবা মাবু থানা চংঙমব্রবী মচন শান্তিগী মঙকশম লাক্কুনা ইল্লগা পুশিনব্রে। দীনস্থু করি গতি লৈজদনা মমুম মাইকৈ পাংজরক্রে। চৎনা চৎনা— ইসঃ ওঙ্গোক্লা ইকাইজব্রেদা, খুৎ থোক্লবা য়াবা মতাংস্থু খোকখিজ্রেদকো। বাহৈশিং অসি মাগী নিংঙমহৌজ্রবা খোঙ্হোক্লি।

মোংঙালে। ঙসি মীয়াই চল্লবী মুপী অমনা মাঙ্গোল মচি অমদা মাংদা তরেং থাহনা লংচাকী লহ তারি। হায়রীবী মুপী অসিগী মমিং ইবেচাওবী কৌই। চাওরাক্লা মতম অহু অমুকী পুং ১০ য়োম তারম্লগদি। তাঙ্গা অসিদা মুপীমচা অমা মকোক মক্ক খুম্লহনা কোহ্নোংলোমদগী পরপ পরপ চংশিল্লকপনা গুমাং মচি য়োশিনক্লে। গুমাং মচি য়োশিল্লকপগা মুপীজা অহনা ইমুংদা অমুক্তা চংজগে হায়রহনা লংচাক চাক্কুনা লৈম্বিবী ইবেচাওবীদা হায়জরকই। ইবেচাওবীস্থু ভিংঙক মাইওক্লহনা পাউখুমগা অমত্তা পীদনা অহম মুপীমচা অহুদা য়েংহনা লৈরি। অমুকস্থু মুজা অহনা অমুক্তা ইমুংদা চংজগে, অমুক্তা লৈজগে হায়হনা থোংঙপ লোথোক্লগা ইবেচাওবীদা থুরুমম্লগা ইমুংদা ইবেল চংখিহনা কা

অমথক্কী চৌকি অমদা ফমদুনা মরু লৈদা লুক্নুনা তুমিন লৈ-
থোকখ্রে। ইবেচাওবীদি শুকপদা থেংখ্রে। মাগী পুন্সিদা অসি-
গুম্বসি অমুক্তসু থেংনরক্রি অমসুং বারী ওইনসু তাখিবা লৈখিদ্রে।
ইমুংদুদা অদুনি অদানি হায়না তান্নগদবসু কনামত্তা লৈতে। মাগী
মাগী মথৌ চংনখিবননি। অদুগী মথক্তা অপিকপা ইমুংনি। ইবে-
চাওবী অদু মুংশা থীবা অমসু য়াওরক্নে। বুদ্ধি ইথোক থোক্তনা
চমম্বা অমসু পোক্নে। ইকক ককচিল্লে। মুপীমচা অদুগী মনাক্তা
চংশিল্লদনা কনানো করিনো করিগীনো হায়না তরাক তরাক
মতৌ অদুদা হংলুগদবসু কদাইনো খন্দুনা লৈরে। অদুম তুমিন্না
লৈথোকসি হায়ররসু য়াবা মতাংসু থোক্রে। অমরোমদনা মুপী-
মচা অদুগী মতৌদুদা মুংশিবসু পোক্নে। গতি লৈরক্রুদনা মথা-
থংবগী য়ুম্লোম্মবা অমগীদা চংখ্রে। অদুগা রনিতা লৈবরা হায়দুনা
রণিমাদা হংলুরে। রণিমা রণিতাগী মমানি। রণিতাসু মফি
মরোল শেংপা লোইরম্লদুনা কলেজ কাগদবগী লৈরম্লি। রণিতানা
করিনো ইমাবোক হায়দুনা থোরকই। ইবেচাওবীনা খুম্লকই—
করিনো ইবেম্মা ইমাবোকপো জ্ঞান তাদ্রেনে। মুপীমচা অম-
থক পরপ পরপ লাক্লগা নখোয়গী তামোচাগী কাদা চংদুনা
তুমিন্না ফমদুনা লৈথোকখ্রেনে। ঐবু মশক্তু উখি-খঙখিবগুমসু
অমদি তৌখিনে। খঙদেদা মশক থর য়েংলো লাউ। মবা মপাউ
থর হংলো লাউনে। রণিতানা নমৌ ইবেম্মা শান্তি ওইরমদনমে
ইমাবোক হায়না খুম্না নোক্না লাকমিন্নরে। তাংনরিবশিং অদু
তারদুনা রণিমাসু য়াওরকই। রণিতাদো তপ্না তপ্না মাগী

তামোচাগী কাদা চংখ্রে। মহাক হৌজিক জ্ঞান তারে। মরাইবক থীরবী তৌওয়বী মান্বী মরোমদোম বাখল খন্দুনা কল্লিবহু শান্তি ওইরম্লে।

মতম অহমক্তি শান্তিদি কমদোরক্লি। তরক্লা লৈরম্বহুগী অরাবা হৈনজদবা অহ পিরাংনা থুক্কংলবা মিংস্না থস্বাল অনিহুনা মরোল লোল্লকখি। মপোক হিৱরুৱবী রণিতাসু ভাব তাৱকখি। মহাকসু শান্তিগী তরক্লবা রাখল অহুগী অরাবা শরুক থরদংতা ওইরবসু রাজগে হায়রবা মতাংগুম তপ্পা হায়রকই— শান্তি, নরি তৌরে কপ্লিবদি, গৌজিক্তি নাগীদমক ঐখোয় লৈরেদনা। শান্তিনা তপ্পা তপ্পা পাওথুম পীরকই— ঐ য়াম্না নিংওয়কখিদ্রে। ওরাংদো তামোনা নখোয়গী তামোচাবু মখজাইদা ওয়া ওয়া থুংপাক্লা থাবিহুনা ইকাইবা পীবিখ্রে। মহুগীদমক নিংওক্রুহুনা ……… মখোল খিক্লপ তৌনা মগা অমুক শমথরকই - ওসিদি তৌওস্বী শাহুনা ইথোংনা থোংনা লাক্লিবসিনি। মকম অহু ওাইহাক পুঙ্গোয়দি উন রাংমুক চিকখি। ময়ামহুসু তুমিন তুমিন উতিং- থগুম চপ লেপ্লখি। অহবু কয়াবুদি কুয়গনি। অচিকপা অহু থুগাইহুনা ইবেতাওবীনা – অহুদি ইবেম্মা করে, পুম্নমক হৌগ্র- সনু। রণিতাদা অমুক ওনশিন্দুনা ইবেম্মা চংলু, নংগী তামোচাহু কলেজদগী থর কৌক্লরো হায়না রণিতাগী মখৌ অমা পীখ্রে।

শান্তিগা দীনগা ওসি কাওবদা লৈমিন্নরক্লিবসি চহি তরামুক হায়রক্লে। নপারী অনি ফুয়থরে। মমোম অনি শাং- থরে। হয়াউ মখেলাং, শংকচৈনা য়াংদনা চানচিন্নমা মুংতাই

পুন্সি লেললক্রি। ওহোক্না লুংশি চাগ্নবা, পুকচেল থোইবেগ তিমনা নুরৈমিগ্না পুন্সিন্নি। অদুবু মোংদম থীবা বিধিগী থুংশেন্নি। থানিল লুমিংতদা রাহু কেতুনা থাজবু মউন্নি। ঙসিদি শক্তি দীনগী পুন্সিদা রাহু কেতু চংবা হৌগ্রে। ইথা হেক থাজদবা দীননা মাগী ওজা ওইমিন্নবী লৈশাবী অমা পুহনা লাক্লে। শান্তিগী থম্মোইদা তাশোগ্না থিম্নগুম থোকথরে। করি উপায়দি মরৈরি। অকগ্না লুপানি, মরৈ য়েংলুরে ফুরক্কনি। মানা নিংগ্রব থবক্তা হিংলুবা ঙম্বগী শক্তিস্থ শান্তিদা লৈজদে। নুপী ওইবীগী মপোকপুন্নিন্দা তৌজবা মতৌনা শান্তিগী কন্নিনৌ পাংঙমগদবা। করিগ্না লমন খুমগনি। দীননা হায়রক্কনি — ফিমন হোংদোক্কুনা ফিনৌ শেংকে গৌরাংলকপনি। শাপ্তিনা ফিমন হায়বহু ওইহৌরে। মোংমদি ফিমন ওইরক্লোইদবগী মরমবু লৈবরা। নুপী ওইবীগী মপোক্তা ফিগ চাংদম্নরুরবস্থ মশানা মশাবু হন্থজ্বনা থল্লুবা থোকলোইজ্রা। অদুবু শান্তিগীদি করি লৈজখিদে। মপুরোইবনা মীগ্নাইরবীনি থল্লুবদদা শান্তিদি মকোক্তা বজ্র কোটি লিশিং লক্কানা তারকপগুমগ্রে। অসিগুম্বা থৌদোক অসিদা করম্বা নুপীনবু হরাউ হরাউ লৈথোকপা ঙম্ফম থোকপগে? মপুরোইবনা লুনা চাগ্না তৌবিরবতদা মপুরোইবগী মঙাল তাংজহুনা, মশাইগোন্দা ওইনজহনা অরাবা কয়াবু নোক্না থাঙবা ঙম্মী। থুদোং থীবা কয়াস্থু কয়াউবা থৌনা লৈনা মাইরোং য়াবা ঙম্মী। সমাজগী মীনোক মীচৈ কয়াবুস্থ থঙনা উনা তানা করি নাচুংলুদবা ঙম্মী। অথাবা মিংয়েং, অশাবা শয় কয়াবুস্থ থওইবিরুদবা ঙম্মী। অদুবু

মপুরোইবনা মীয়াইবীরবী নুপীনা শান্তিগুম্বী অমগী মকমদদি করম্বা থৌনানা খাঙবা ঙমকম থোকপগে ? অদুবু শান্তিনু নুপীনি। মীওইবা অমগী লৈফম থোকপা গুণনা লৈতেংবীনি। চায়রিতৈ নুংশিনরিতৈবা অমনি। অততাই তারক্রবদা মাগীদু ম.ভি. উংলগে খল্লক্লে। মতম অমদা মপুরোইবগী ময়ুম্বা অরেপ্পা অমদি অপেংবনি খঞ্জরখীনি। অদুবু ঙসিদি চংজফম তাংজফম কংলক্রবদা মাগী থোইরী নাউফম তাপ্রবা, ময়ুম অদু নিংশিংলকুনা নুংশিরক্লে। অতোপ্পা উপায় অমা লৈরক্রবনা ঙসিদি শান্তি মপারি মযোম খুজেং পালোইনদুনা চহি তগারোম মপাম থোংদাজরকখিত্রবা মতুং অসিদা মপাম লমদম পাংলক্লে। মতম অমদা মখোঙনা থোংনা চংচদুনা লৈজরুবা মফম অদুদগী মখোঙনা থোংনা অমুক হঞ্জরক্লে। নিঙোল পোকপী পলেমগী নিংদোল পোমখরে। পাঙল থোকপা য়াখিত্রে। মবুং ওইবশিং মথা ক্রক চিল্লা অশাওববু ফাজিনখ্রে। অশোয়বগীদমক লৈবা আইমনি। অহংগুম্বা আইন অদুগী মজেং লৌদনা মচল মচানু য়োক্লগে খল্লকপা মতাং য়োরক্লে। ওস্মোকপনি. নিংঙোল ওইবীগী মপোকপু করম্না পুন্থমি হায়রসিগে ?. পাপ্পা মপোক তরেংলক পুল্লগা নিঙোল ওইনা পোকপরা ? অমরোমদা শান্তিদো অদুতৈ মবুংগো দীমগী হাকয়জবদা থৌনা ফখিবা অদুক ঙসিদি ফখিত্রে।

ঙসি মৈতৈ লৈবাক্কী নিঙোল চাকৌবা নুমিৎনি। নিঙোলশিং খুদিংমা মকে শেয়দুনা, সনা-লুপা, ফিজেৎ-লৈতেং তারদুনা মপারী খুৎশয়া, মযোম মাংদা থা, মপাম চাকৌবা চংবরি।

ওসি হায়বা মুমিৎসি তশেংলমক মিংতোলশিংগী মুমিৎনি। শান্তিদি কমদৌরি। শান্তিস্থ নিঙোলশিংদা মচল্লি। অদুবু মহাক্কি মপাম থোংদারক্লবীনি। নিঙোল চাক্কৌবা মুমিৎতা, নিঙোল ওইবীশিংনা ফংনরিবা হক পুম্নমক শান্তিগী মফমদস্থ রাৎপদি নত্তে, মুমিংসিগী মথেল লুকোই, দক্ষিনা, মবুং মৌপ্রাশিংনা মচল মচেমশিংবু লুনা চান্না তৌজব, নিংতোল পোকপা পোকপী-শিংগী থৌজাল, মশুং মমাম্ববী মনাম উম্নবা অসিনচিংবা কয়া মহাক্কী মফমদা অরাংপা অহো বা লৈতে। মুমিং অসিগী হর উ ওয়াম্বা, মুংতাই মপুং ফাজবা, পুম্নমক অসিগী ঈছল মাগী মফমদা ফাওদবা নত্তে। অদুম্নদি ওইরগা নিঙোল ওইবীশিংনা মপুরোইবগী মযুমদগী, মপুরোইবগী চান-মিনোক মিয়েংথাদা নিঙোল চাক্কৌবগীদমক মপাম লমদম পাংনা লেম্বনা চংবা অসিমত্তুংদদি মরাংভুনা মইরক্লবনি। মুমিং অসিদা মতাক্না খাল্লকখিব হায়বনক্তু মতম অমদা পলেম পম্মৌ অনিনা মাতগী মনবা শিংখিবা মানা অপংবী ওইবমা ওম-তৈনা মথল্লুই। মবুং মৌপ্রাশিংনা রারক রাত্তেমখিবা, মটেং তম্বদা মপুং ফানবা পাউ-মেনবিখিবা মনাদা হাপনিংখিদে। অদুবু ওসিদি মমল য়াম্নবা পাউতাক্না পিত্ত থল্লবা, মগী পুন্সিবু অরাবা ঈপাক্তগী লাম্বি কম্নিনবা শিদ পাউতাক ওইরম্লে। অসিগুম্বা রাথল মনাম অতিনা লমজিং ওইরদুনা মতম অমদা মহাক্না মীরাইনা অমদি রারোনা লৌথ্রবা মবু অতোম্বগী রারকপুস্থ তেমশিংনদুনা মাগী মনিং তৌংবা, অহি পুম্নমকপু নিংশিং নিংশিংনা মিংলু পিরাং ঈহৌরক

মাইথোং লকা থুক্নংলক্লে। লৈত্তাকম থওপ্রবা, ফুখংনয়রবা চৈরক অসিদা, লমজিং য়াওপ্রবা মাগী রাথলনা, কনাগী ঊথিল য়াওদনা, তপথন্নবা মাগী পুক্নিংগী লৌচিং মথাদা, ওসিদি তপ্ন তম্না মবুং অত্তোম্বগী কাদা চংথরে।

মোমোমবা মাইথোংনা মাগী ওইবা. মিলিটরি পোষাক শেৎপা, ভারত পাকিস্তানগী লান্দা পরম বীর চক্র মনা পীপ্রবা মবুংহুগী ফোটোহ্ কোন্নহনা হিক্রু' হৈনা কপ্লক্লে। লংজখিবা মরাল পুন্বা ওাকপিষু মতাগুমপ্রে। থৌদোক অহুদা মুংঙাইরবা কাহু হয়াউ তুজুংননা তুমিন্না লৈরক্লে। মচলবু মুংশিবা থওলবা মবুং অয়্তোম্বা. মোমোমবা মাইথোংনা মাগী ওইবদো, লাইরৈ-বাক্তগী মবুংগী থরাইনা মচলবু আশীর্বাদ পীরক্লে। . থমোয়দা খোঙ্হাং য়ৈরক্লে।

মিতোন ওইবিশিংগী মকথদা মবুং মোপ্রাশিংগী লেংবনা মুংশিবা অমদি মনা-মপা ওইবশিংগী থৌদাং কন্নিনো হংলবদি মতম মমদা শান্তিনা পাউথুম পীবা ওয়্নমরমদ্ ওসিদি শোইদনা মহাক্না পীবা ওন্নগনি।



## মায়থোং অমসুং থম্মোয়

মথায় থায়নগী য়ারীমি। য়াম্না থায়নগী য়ারীনি। মীগা লাইগা ভিন্ন তেংবন লৈমিন্নরিবগী য়ারীনি। পুকচৎপ লাইনা মখোং পান্দুনা লন্বী লৈরক কোনশাংদা কোয়না চংলিবৈ মতমগীনি। লাইথোকপগী লাইনম্মু কোইপাই পাইরিবৈ. কোয়চৎ চৎলিবৈগী থৌদোক্নি। অশিবা কোবা লাইনা লায়না থুহুম চল্লিবৈ মতমগী য়ারীনি।

থবৌগী থম্বাল কোবী মুপী অমা লৈরম্মী। মহাক্না লিংথিজবদি কন্দ্রিদা মনিংথিদ্রে। মহাক্না ফজবদি করিদা মফজনে। য়েংবগী পেন্না মাইদেদা। অমুক্তং য়েংঙু উরুবদ মিংফম হোংবা য়াদেদা। কজৈ হায়নরিবা, লৈবাক য়াথোক ওইনখিবা হেলেন অক ট্রোই, মগুংলাংগী লৈবাক অমা ভুমথিবা, মহাক্না ফজহুনবু

থৱাল য়ৌনা ফজরিত্রা। থাইবগী মোইরাং কংলৈরোলগী মজ্জা ইবেম্মা খোইবী হায়বীদো থৱাল অসি য়ৌনা মনিংথিরিম্মা। থৱাল কৌবী মহাক্তি মিংদনা থৱাল কৌবী নত্তেদো। থৱাল লৈরাংগুম মনিংথিজে। শীঙেল থৱালগুম মফজে। খোংপা নোবদা লৈরাং থৱালগুম্বীনি। লাইজনুংগী থৱাল, চৌংগী থৱাল উথৱাল, কয়াদা মনিংথিনো? কয়াদা মফজনো? ঐ-খোয়গী থৱালসু অহুগী অহুমডাই। তমদা শাৎপী থৱালনি। লৈকংদা ওংবীনি। মীরক্তা ঙান্বী থৱালনি। যুমগী মবেম্মা অমা ওইবদা শক্ত, গুণদা, মহৈদা অনোপ্পা অমত্তা হেক লৈত্তেদা। বিধি কৌবা নোংদম্ব', মহাক্তা শেম্নকপদা ফজবা ঙাক্তা থনগৎ-লগা, মিংথিবা ঙাক্তা লৌথংলগা শেমথিবরা? ওঃ হৃৎশিরকইদা মতম অমদা, মৈত্রবাক্কী ৱাথোক ওইখিবা, লৈবাক ৱারৈ-ভুরৈ লৈচেন্নখিবী থৱাল, নিংথিবী চেংলৌ শকম্মা হেন-বনা মালং শত্তম ওই, ঈপাক্কী মশক ওইবা নিংথৌগী পুক্রিংযু লৈঙাহনখিদে। নিংথৌবা মঙাল নাইরম্বনা, মঙালদগী অয়াকপা মৈশানা, মপুং য়োই চাওবগী থম্মোয় লৈরাং, লৈরাং লৈমন চহ্লনখি, পুন্সি লম্বথাওদা কেমহনখি। শক্লা য়েক্লবা ওইখি, ওইখিবমিদকো হাঃ থৱাল লৈসুংশি। অহুগুম্বা থৱালহুদগী ঐখোয়গী থৱালসু শক্তা চুদা গুণদা ৱাংপা তাবা নত্তে। শক-চু-গুণদা থম্বোগী ঙা-লোই থৱাল হায়নরিবীনি। ফজবা নিংথিবগী মথক্তা মহাক্কী যুগী অমা ওইবীগী অৱাংপা অমত্তা লৈতবীনি। শকহেম্বী লিন্দাওবী মংচদে। পুকচেল খোইজেল ফজবীনি, চিকোন নাউকোম্বীনি।

মপুরোইগী সেবা কাইজদবীনি। নৈকাইগী মীনা মাবু য়াদবা নৈতবীনি। পুকচেল খোইজেল তিন্নবা নৈমিন্নজবীনি। নৈরে নৈমা চামিন্নজে। নৈত্রে নৈতনা হেনমিন্নজে। নৈত-লাইর ভা-খোক ভাশিন তৌনা ইংনা পাঙ্গবীনি।

অস্থুক্কি ফজরবী, নিংথিরবী, শক্ত-গুণদা অয়াংপা কৌবী অমত্তা নৈত্রবী মহাক্কী অয়াংপা হায়বমক্তবু মখোয়গী ইমুং অসি লাইরবগা শকথঙনরুই, নৈতবগা ঙাই-শেল ওইনরুই, অনংবগা শাগোম্নরুই। সিগীসিমঙাই অয়াংপা।

নোংমগী নুমিংনি। থম্বোনা থম্বাল য়েংনা ইংনা তপ্পা হায়-রকই হিবেম্না, ঐখোয়না নৈত-লাইরগা শকথঙনরক্তে নোংমা কাদোক্কা মতম। মিত্তি ফাদোক্কী একাদশীনা মুনা মুনা য়েংহনা ইমুং অসিদা মীশৌ চংহনতা নৈরকলিবসি কয়াদি মতম কুয়-রক্লেদো। নংসু থঙইথহুমঙাই। ঐ য়াম্না নুংঙাইরক্লে। নংদি মপামদা মোক্তেক মোন্দুমতগা য়াওমহুনতা লাকপনি। লাইর-কোন্দা য়াইথুংলবনা মপাম খাবৈ অমা, মরা খাবৈ অমা হায়বহু মঙায়রে। অওং অউবদি লংদগী শিন্নাই লংলা অমা পীরক্লবনি। শাউরিবমি হায়হুনা মচুক পৈহনা নৈগ্রবনিদো। ইকু ইনেমগী ময়াল খিক্লবা নত্তে ঐনা হায়রিবসে। লাল্লিবদি লাইরক্লিবা ঐনি, নংউরুরিবা ঐনি। ঐনা পামজহনা নংউখসিঙাই, ঐনা মীভাজহনা লাইরক্লবসিঙাই। ঐস্থু য়ারবনি। ঐগী হায়ববু কাক মখোং পুখবা খাংপোক অসিনা মরোইরে। ইমা ইপা-মদোয়া করি অমত্তা খঙ্গীরমজ্রে। নুপী মপামদা ঙাক ঙাহনা লেখা

হায়বসিস্থ কয়াদি লেহ্বা ওইশিল্লগদগে ? ঐস্থ মুপানি। মুপাযদা থৌদাং য়েংলগে নিংলেবে। অসি কৌবা মোংদগী ঐ পৈশা ভাষা চংলগে। মুং থুগাইবনি খওদে চীং ককপনি খওদে, উ-যাযগি খওদে। অস্থুম ইস্থুংদা বৈশিন্দুনা লৈবসিনদি মী ওইররোই। মাঙ্গোলদা লৌ উরগা লৌবুক্তা লোকপা যাবা নত্তেদো। লাইবক ময়েংউরগে। লাইনিংথৌ লৈময়েল অমুক মুমিদাংগী ধুপ থাউরে থাবা কাউগস্থু। চিংনগন্থু। নংস্থু মংনা ওখা হোংনরম্মু। ঐ চংলুখিগে।

ওহ্মোকপনি থম্বালগী মকমদদি লোং মংদনা বজ্র ভাবগুম থোকখরে। মিংলুদা পিরাং হৌ, তনিক তমিকপা খোম্মোক্লা, মপু-রোইগী রাকমদি চুম্বনা, করি হায়নদি থাবলুগনি। ইংনা মেংবা খোম্মোক্লা সুংশি পাউমেঞ্জরকই -করি লমদম পাংবীগদৌ-রিবনো, মুঙ্গা পাঙ্গল শোম্বিদি মাঙ তুংইজবা ওমজরোইদৌরি। ইবুংঙোগী য়াইক-মঙ্গল পীবিনবা লাইনিংথৌ লৈময়েল খনিবু চেংনা থাগোম্লজরমগে। মুমদা নবাউ লৈহৌরি হায়বসিমক্তংদি কাউবিগনুকো।

থম্বোনস্থু পাউমেঞ্জরকই — মুঙ্গা করি মুংশা থীরুস্থু। লাইবক থীবা ঐ অমস্থু লৈরি হায়বা কাউবিগনুকো। অসি হায়না থম্বাল লৈনা লৈগুম্বা, তওাংল চিয়ান খোইবি চুপ, বিদায় খোংফম লৌ, পুন্সি চেংজেল চয়োম-পু, মুংশি মুংশি শোন, পাম্মু পাম্মু থাগোয়া, মোং হাদবা শামু খোংথাং ওমজনা, মোংবা মরানরাই তুংওইবা, লংকৈ খোংকম খোংশারকই।

মতম্না কন্নাবুস্থু ঙাইখিরমদে। ঙসিগী পৃথিবী অসিদা কন্না য়াম্না খঙ-হৈহনা, মরল লৈনা পাঙ্গলহনস্থু মতমবুদি যিকুপ অমা খামহনা থম্বা ঙসি ফাওবদা ঙম্লক্ত্রিবনি। অস্তুম্না মোংমা মোংমা হৌখিবনা চয়োল ফাপ্রে। চয়োলনা লোইদাম থাবুম ফাপ্রে। লোইদাম থাবুম কয়ানা চহি হায়প্রে। মোংমা মোংমগী শিংতেক মশিং থানা ঙাইজরকপনা ঙসিদি মপুরোই থম্বৌ লাক্লগনি হায়বা মুমিংনি।

মহাকী আশাদি অঙকপনি। আশাগী মংলান কয়া মঙবা হৌগ্রবনি, ভাবনা দলাল কয়া শাগ্রবনি। থোইদোক্লা বাংত পাদা মচা ওইনগা হৌরকপনা মাগী মরল মথুমস্থু বাংলোই-দৌবদা নিংবহনি। মহাক্লা থম্বোগীদা লাকপসি মীয়াম ঙক্লা শোম্ন-ঙাংনখিবনি। মা ওইবগী যুম পাল্লিবনি শোঙ্গবীনি। ঙসিদি মপুরোই লাক্কনি. সুংশি চেংলৌ উরনি বাখল অসি থল্লুবদদা থম্বালগী থম্মোয় তনিকচপ্রে, পুক্লিং লাংতক্লজরে। মশা খিং খিং লাউজরে। যুম-কৈ তরু তনাল শেমজিন শাজিঙ্গবা লোইখরে। মহুগী মতুং তাবনা চেংহি শম্বাল লাংমবগী শংৈস্র, লাংঠৈদ্রে, হন্বুরৈ, চরোং মরা, খোংজাই নাপী, চম্প্রা মনা, হৈবী মনা য়েনশিল, পুম্না মুম্না মচল শুমা ফুংমিম্নপ্রে, চে হিগী সুংশিরবা মনম্না মশাবীগী থম্মোয় হুনা ঙক্কংলগে মতাংমই। নিংহু নৈনা মুরবা শমলাং অহনা কস্তুক তোবা নিংহুবু লম্নাম্বা কসাগী মিতা-নকম ওইখিনি মতাঙম চোইজাইননা বুপশিম্বা হোংমরিবা কয়াদা মনিংখিনো। অহুবু হম্না অমুক্তা মিংশেল

মেংলুবা মতমদনি য়াম্ফ কেতুনা থাবু ঊমখিবগুম, মাগী বাখলগী য়াঙ্না থম্বালগী মায়থোং থাজবু ঊমগ্রমাম্লে, মায়থোং থাজত্র লুরুক্ক, মায়থোং থম্বাল থবমক মকশিনখিরম্মী। অত্তবু মালং শউম ফংবদা পান্নবা ঈপাক্লা ঈপোম নাইবগুম মহাক্কী থম্মোয় লকান্নুংদদি মবুংঙোবু ঊক্তনিংবগী ঈথৌ লাংজবনা থম্মোয় মথুম মরাং ঈহোঙজরিবা অহবুদি মেমথহম্বা ওমজত্রি। মাগী থম্মোয়দদি মপুম্মোইববু লেংদনা লাংতুমা থমজরি। পুক্লিংনদি মায়থোংবু শক্লোম হোংহন্বা ওয়্নহৃদি য়াই, মায়থোংনবু পুক্লিংগী ফিভম হোংহম্বদি ওম্বগা। অসি বাখলদি খল্লহনা মাগী মায়থোংগী ময়মদা করি অমুক থল্লুদনা অমৌবা অমৌবীগী কাওম্না কম লোইশিন খোমজিঞ্জনা, লুংশি ঈহোঙনা বাখলগী হিমাউ তোংহনা অইংবা লাইজনা লাংতক্করবা মথম্মোয় ফাজিঞ্জবা লাক্কজ, মথম্মোয়বু ইং-তপথনবা হোংনজরি।

মতম কুয়রবগী তুংদা ওসিদি মোহোননা, মপুম্মোইগী লুংশি খোম্লাং য়ৈমনা, থম্বৌনা থম্নাই খোঙ্গালদা লেপ, লুংশিথোইমবী থম্বালগী কোলোই মিংলেন তম্না কৌজরকই —য়ৈ পুথোয়কউ, তারিবরা থম্বাল ওইবী, ঐ লাক্লে।

মপুম্মোইবতবু খোম্নাংনা ওাইহনা লৈজমক্লবা থম্বাল মথুংতা চক্ল ইকুম থর পায়জরহনা থাম্বী মৈহৌরগা মবুংঙোবু ওকচগদবগী থোকচরকই। মপুম্মোইবু মৈ ওকচয়ে। মপুম্মোইনা লোইমজকপা পোংয়োম পু-মদি মশাবীগী মাং থানা নিংখিনা শেমজিন খোমজিন লোইশিনমবা ইমুংদা চংথিমজয়ে।

মতম কুম্মরবগী তুংদা ঙসিদা উমবা কংজবা অসিদা থম্বো থম্বাল অনিগী মুংঙাই হরাউঙবা অচৌদি কয়ম্বা রাহৈগী মতেং লৌথনা কোংলসিগে। রাহৈতনা মরাংলগদবনি। লাংতক্কুমবা মথম্মোয় কাজিঙ্গ, মুংশিথোইরবী মাগী চেংলৌ শক্তম্মক্তবু পুংয়ামা য়েংজনিং, তুংয়াম নিংখিবী মহাকী শাবানবু য়েংনা য়েং, তুংলোমদগী মুংশিনা কোনশিঞ্জরগা, তপ্পা হায়জরকই রাহৈগী মাতৈ কাংহৃনা —ইবেম্মা থম্বাল করিনো ? করি রাথলবু থম্বনো ? মতম কুম্মরবগী তুংদা ঐনা ঙসিদা লাকপদা ঙাইহিরিঙৈ, করি ননিং থুদবা য়াওরবগে ? চেংলৌ মংগী নিংথিবী, থম্বাল মাগী মংগী মায়থোংদো, ঐহোল্লোমদা অমুক্তদি ওনশিল্লকউ কৈদৌবগে। থম্বাল লৈরিক পেম্নদা চুপচগে ইশানৌ।

রাহৈশিংসিগা লোইন লোইননা থখোনা মশানৌগী মায়থোং হম্ভোমলোমদা পুংয়ান লৈশিলহল্লম্মী অমসুং খুম্লিবা মায়থুম তনা হাইদোকচক্করি। অদুবু ইথং থংহোৌদনা অওকপা থৌদোক অমগা লোইননা মিংলু পিরাং ঊরা হৌ, হিক হিক কপ্লম্নবী থম্বালগী মায়পোং অহু উরুবদা, থোইদোক্লা থম্বোগী থম্মোয় শেং কায়-খিরম্মী। থংহৈদনা হায়দোকখি থম্মোয় থোম্থাং ঋৈনা —ওঃ ঐগী থম্বাল লৈনুংশি! থম্বাল কৌবী নিংথিবী, ঙসিদি থম্বালনা লৈকা কম্না শাংলম্বদগী, লৈনা চোইনা কেনখিহৃনা, থম্বালমা থংচেং ওইনা শাংলহৃবোরে। নিংথিবী মায়থোংদি কয়মনু ওইখিবনো ?' মরিক চুম্নদা লীরোনে থম্মোয় পাউদমদো। অদুবু নংবুদি থাদোক্লরোই। পুম্লিসিমগী থাদোক্লরোই। ঐগী পুম্লিনি।

ঐগী থবাবগী থৱায় ৱাখালদি। অদি য়াদি হায়না হায়না ৱাখালগী মায়থোং লকা শিন্না থুংনা ৱাখাল নৈহি চুপচরি।

চুন্দোঙম শিংথিরবা য়াশিংচুগী লংলবা য়াভোম্ উরপ তৌমা চুংশি লাইজ্জ ঈরিক ঙাইজবঙম মায়থোং লোংলপ তৌনা মিংলু্ পিয়াং ঈথোনা ৱাখালনা হায়জরকই :

— ঙসিদগী ৱাখাল হায়বিয়দু থমচেৎ হায়না কৌবিয়ো ঐদু।

— ঐনা মঙদু?

— অং : ঐদু কৌথিগদৌরবনি লংনহুনা।

— ঐদি করিগী লংনগদৌরিবা?

— মতমচুদা ঐনা মঙদু চুংশিরকপসিদি !

— ঐদু চুংশিরকইবা, চুংশিবরনে?

— চুংশিদদি, চুংশিহুনা মনাক্তা লাক্লিবসিদি ইথোংনা থোংনা। অস ! করিঙৱা শিরম্বা থোক্লবদি।

— শিরম্বা হায়বদি।

— ঙসি উমরিবসি উরবা কংলয়োই হায়বমিদা।

— হায়রিসিদু য়াম্না শাথিনা ঙমলুত্রবরনে?

— ঙমলুদবা হায়বদু শিমিংচিংতা হিংবনি। ইপ্রাচুনা ঐদু কবনি।

— অহল লমনদি অমত্তা চঙলক্রা?

— চঙলকপা হায়রুনি। ইপ্রাচুনা মথোয়না লোয়না শিন্দু রক্লবনি। ঐদু অহিং চুংথিল চুপশেন শেন্নথিবনি।

— কৈঃ অদু কাওবদি।

—ঐদি লাইখোক অমুক্তা লোয়রুরবনি। শিমিংচিংলো হিংলকপনি। মিংশিংলুরগা ঐদি কপ্লিংলকইবু।

— কপ্লিংলকইবা ?

— ঐদি হন্দক মপোক্কী লোইরেদো।

— মায়থোংনা ঐবু ? ঐনা পামজরিবদি নংগী শেংলবা চয়বা থম্মোয়হৌনি।

— ঐবু থাদোপিগনুকো।

— অমুক ইনৌ মোহৌনবা ? নংদি ঐগী থম্মোয়গী থবালনি। মুংশি য়াহৈনা থম্মোয়বুদি হুরিয়ে। ঐদি পেম্না কৌপনি - ঐগী থবাল, থম্মোয়গী থবাল লৈনুংশি।

পা-না চুরিবা মোংলিক মরক্তা মোংদোল থাজনা অতিয়া মকোয়দা ভাম্মোইজবগুম থবাল কৌবী লৈরাং মাসু পিরাংলক্তা লমাউ মোমোন মিনোক ভমজনা মশাবীগী থম্মোয় অতিয়াদা ভাম্মোইজরি। নোংদোল থাজনা লৈচিলগী মরুমদা অমুক লোংখিবগুম থবালসু মবুংগোগী মতা করবা মথাম্নুংদা মায়থোং থবাল লোংভুনা ওইমজরি ;

# নোংদমখোল

চাউতল মোংমদি মথায় য়াম্না নুংঙাইতনা মহাক্কী মরাই-বকপু মিন্না ভোজতুনা মথম মদোম তুমিন হিদাকফু অমা চিংলতুনা কমাংগী কুন্না মনাক্তা দৈ য়াইরবমা মমাই অরাং ওমা কন্নমী। মহাক্কী মরাইবকী মরমদা মিন্না তৌজ-তৌজনা মপুক্লিংস্ন নুংশিরকখি অমস্থুং কপ্লিংলকখি। মরমদি অংত করিগী নত্তে। চাউতল মমা মপাগী অমত্তা ঙাইবা মচানুপামি। থমা অমা শাংত্রবনি, থাদা অমা পোমত্রবমি। মাগী অহল লমম সম্পতি চাউবা থশীয়ম্মী। লৌদগী-শিংদগী, লম-থুমদগী মহাক্কী অরাংপা হায়বা লৈরমদে। অহুমদি ওইরগা মহাক্কী অরাংপুন অমদি লৈমি। অশিঙবা অরাংপা অশিমকনা মহাক্কী য়ামা

চাওবা অরাবা ওইরবনি। মতম অমদগীদু ওইহন্দ্রে লাক্লিবনি। হুংগীদু ওইহনবা লৈথিগদৌরিবনি। অসিগুম্বা অরাবা অদি মৈচাম্মা হেক রাথৈথিরিরবৈদি কোক্লঃরাইদৌবনি। অসিগুম্বা অরাবা অদিগীনি মহাক্না ঙসিদি মরাইবকপু নিন্দা তৌজরক্লিবনি।

মহাক মতোমতা ভুখিম্না কম্না কম্না শোক্লকই— ওল্লোকপনি চাউতন ঐগী লাইবকসে। অমুক মাখা ঐগী সম্পত্তি, লম-থুম মরাম অসিবু কনাগীদমক্নো? পুম্নমকসে ভুরেলদা তাওখরকপা মতমগী কাউশিংনি হায়রগা ওল্লোক্না চুমখ্রেনকো। হঃ ইথেম্মা কবোকলৈ, মংমা ইচানুপী হুংশিতোম্বী, ইচানুপা ইবোহলবু পুহনা মাং থানা থুংশম্লমা স্বর্গগী লম্বী পাংলবরনে? মখোয়না ইপাবু ওল্লোকপা তাইবংপান্বগী মৈরক্তা লংশিন্নরগা, তরক্না ইদোম হল্লোকপিরক্লেদকে। ঐনু অহলগী মতম ওইশিল্লক্নে। ইমং থুংনা লাথ্রা কংখিল্লক্নে। ইপান্থু নখোয়গী নক্তুং ইল্লকদবা কুমরক্নে। ইপোক খোক ইরা লাং, কম্নাক কুক খুংলক্নে।

অমুম্না চাউতলনা পিরাং মতুম শিহনা মশাখা মশাগী মরাইবকপু নিন্দা তৌঙ্গরিবৈ তাঙ্গা অসিদা মাগী মতম হুম্নদগী চুশিন্জরকপা সগাইদা রাম্মুনা থম্লক্লিব: চান্দিগী লুপা মরাম থাওবা চাউ-শাংলব, বাগী উতোং অহু ইথং থংহোদনা ভুপ লাউমা লমরাইদা তারক্লম্মী। অহুগা মহাকী মমাংদা কল কন চোংহুনা চংপা হোরক্লম্মী। অচকপা খোদোক অমা হায়রবা অহু ওইখে। চাউতলগী অরাবা রাথলগী ইরোলহুংদা কনখা পুক্নিংগী

চৈরৈপা লোয়নবা থগোয়বু ওপথহল্লখদনা ঈরাক্লরবা অাইবু মায়াগী মশক ওইরবা ঈপাক অদুদগী ইথং থংহোদনা মিকুপচুন্না তোর্বানদা চিংখংপিরহুনা তাইবং মওলান মওকা ওহনবিবনি। থহোদনা মচিন্দগী পোকখি—হিসঃ করিনো ? ঐগী শেলফুং নিবা। ইসঃ চোং-চোংহুনা চংশ্রেনা! ইমুংদগী মপাল থোকখিগদোরেনা। চাউতল মথুংতা পায়রিবা হিদাকফুহ শং লৈমাইদা থগ্নোই লংথবোই তৌই। ফুক হোগংলি। পরপ পরপ শেলফুদো তারে। ইমুংদগী মপাল থোকখিগ্রি'ওদা তাপ হেক কায়। শেলংফুদো কোনশিন্নে। অংগা চপ চপ চুপচৈ। অমুক ওগ্না শগাইদা য়ানথংলি।

মথংগী নুমিংনি। মহৌশাগুম মলাক মমায় অরাং ওগ্না হিদাকফু চিংলহুনা কম্নি। ওরাংগী মতৌগুম শগাইথক্তগা মাগী শেলফু অচ চুপ লাউনা ইমুং লময়াইদা তারকই। অহংগা কল কল চোংহুদা ইমুংদগী মপাল থোকখিগে তৌরম্মী। অহুবু শেলফুংনা মপাল থোকাখিদ্রিদৈদো চাউতলনা শেলফুহ তাপ হেক কায়। কোম্লুনা চুপই। ওগ্না অহুক হায়গুম শগাইদনা হেক থাদংলি। হায়গুম হিদাকপুহ চিংল-চুংদা ওগ্না শোল্লকই—
—ওখোকপনিদা! মংসে ঐগী হৃদা মঙ্গলকো। ঐবু থাদোকহুনা চংলগে হায়রিবরনে? অমুম্না থন্না থন্না মখিংতগী মপি চহুম চহুম শিন্দরহুনা, মপা মপা চাম্রবিহুনা মাগী হুগী, মচাশিং খিংশিং, থগোয় শোক্লা মথোন্দি থোকনা কপ্লকই। মাগী পাক্লবা মমাবক অহুদা মথুনাক্লা শং শং মাহৈ। তাইবং পাবগী

মচুংবা তুমিন অহুম মচংজিবনি। মমিংতুদি শেলফুহদা থমহনী কয়গে, কদায়দো অসিনি মানা থম্নিবা। চংনা চংনা চাউভলনা থয়কই— অহল নমনা হায়নবদো চুপা তারমান্নে। শেমখাই হায়বহ ওইবা ভাই ঐগীসি। ঐগী ওইমু হায়বা অমুক তম্রমান্নে। ঐনা শেখ্ ওইবা মতম লোইখিমান্নে। মথোঙনা থোংনা চংগ্রেনে। অদুমদি ঐস্ম তুমিন্না লৈথোক্লয়োই। মরায়থক কথা শেখ্‌হ কখানো হায়বা অদুগদি মথংলগে। অসুম্না মপুক্লিংদা লোল্লংদা চাউভলনা কুপশেন শেমহনা শেলফুহগী মতুং ইন্নক্লি।

অশুম মচং, অসুম মচং, খর লৈরগদি ভুরেল অমা লৈরম্মী। ভুরেল অসিদি কয়ম তোবা ? অসুম্না চাউভলনা থন্দুনা লৈরিবা ভাঙ্গা অসিদা শেলফুহদি তোর্বান্দা শং লেথগ্রগা মীনা হিবুক থম্নবা, চংকদবগী ইরাং লাংনবা মতম অদুদা হিক্রদা মপন্রে। চাউভলস্ম ইঙক ওক্লা হি অদুকু থামখৈ। অদুগা মাস্ম ভুরেল লাথবা মাওঙগে হায়দুনা হিদুদা হেক কাথংলি। অঙকপনি, ভাঙ্গা হায়বদিস্মু। শেলফুহনা হিক্রদা নপথিবা অহ মখায়া লাংনবিরৈ উমহৌক্রে। চাউভলগীদমকস্ম হিদুদা তোংবা মাথা মীশিংসি মহাকা থায়গদি চপ চাবা ওইয়ম্রে। ভাঙ্গা অদুগীদমক চাউভলনা ঈশ্বরগী থোজানবনি হায়না তাইথং মপুবু মপুক্লিংদা ফুক্লয়মই। মীয়াম অদুদি মযুম মযুম য়ৌমিংবনা কোইয়াং লাংনবা, থারী শানবস্ম যাওনখি। অদুবু চাউভলদি মীয়াম চুপুদি থঙহন-উহলনা মায়োন্দা শেলফুহবুদি শেমথা মতোক্লিরা অন্না তাইহাক মিচুপকী মচুঙদা তোর্বান থাংনা য়োবহনা

মরামদু কাখৎ'ন, ইরাং লাং'ন। মরাম্না চৎনগ্রবন্দু চাউভলাদি অদুম মকম অতদা লেপতুনা মাথৈরপ লৈরে। চাউভলগী মতৌ-চদা ফিবু অদুনা— খুরা: চৎপিরো য়ারনি। ফিরালমল লৌক্ক-থরোই। চাউভলনা— ইবুংঙো, য়াম্না ফরেদা। ইবুংঙো নংনকপু ত'ইবং পাম্না মপুনা থৌজাল্লিবা ওইসন্নকো', খুদোং অমা চাদব-মগী থবাদি গতি লৈমন্দ্রদুনা তৌবনিকো। অন্নম্না মুংশিনা থর পীবিরি। অদুবু মংাক্তি শেলক্ক অদুবুদি কনায়দা লৈবগে অমদি কদোমদা চংথিবগে হায়বচদি কুপশেল শেলদুনা লৈরক্কি। অমগোমদনা ফিবুদুনা ফিরালমমগীনি থন্দুনা হায়খ্রিবনি। অচুম্বনি ফিরালমনবীস্ন য়াওখ্রিবনি। ফিবু অদুস্ন মকৌশাগা ওইরবদি থেংনবা মতম কাওবা হি নাম্বোক লাংনশিল তৌদুনা অদুম লৈথবিগদোবনি। অদুবু মুমিংসিদি মহাক মকোক থর চিক্লপ তৌ, থিরুম থিরুম তৌ, মশা অদু চমত্রদুনা থর ওস্তক্লা পোথারগে থল্লদুনা মথৌ থীবগে লেপ্লে।

খংম্না মাগী ফিদু অশোই অঙাম করি করি লৈবগে হায়দুনা কোইরেং রেংলক্লে। রেংলকপদা উবে— চাউ শাংলবা রাতুপ পোৎপু-লেং ওইবদা চপ চায়গদবা অমা ফিরুদা মপতুনা লৈরিবা অদু। ফিবু অদুনা মপুক্লিংদা করিথো অমা থল্লদুনা মাগী মিংবা মপা থুংগদৌরমাল্লে হায়দুনা রাকক অত ই শিংদা চিংদুনা তোর্ব্বান ময়াম্বা চিংখৎলে। অদুগা লেংথোং মাদুনা মদুম মাইকৈ পাং-লক্লে। চৎনা চৎনা তপ্না শোল্লকই— বা অসি ঈতিংবা ফুমক-থালন, দুবনা লোয়রে, করিবিদা। চাউভলমদু তপ্না তপ্না ফিবুদুগী

মতুং হৈনবক্নে । 'চংশী 'চংবা' চাউতলনমু হল্লকই— মুপাগে, ওৎথোক্না মরাইবক কৈদা । ওসিদগীদি মরাইবক কবা মীশক হায়বদো ওইগদৌরেদো । অসুম্না থম্না থম্না তুম্মিন মহাকম্ব লেলকু হুগী মতুং ইদ্দি লেপখ্রে ।

মতৌ অসুম্না হিংদুনা শেলফুগী বাকক অহু লেংথোক মচিনা লাকপনা মযুম যৌরে । মযুম হেক যৌবগা রাকক অহু-বাগী শুমাং মতোন্দা থমত্রে । অদুগা, ইমুংলোয়দা মমাইদুবা মনাইমুপীদা হায়রকই – অতাংশা, চাক যেনশাং লোইরবমা ? খোং-খুং হাম্বা চৈশিং অশাবা কদিগকা পুথোরকউ এসিদি হকচাংদে থর চোকথরেহে । কোকস্ন চিকলি চিকলি তৌই । ঐদি ওসিদি করবা পোং অমদি কংতকইহে । হয়েং নোং তাএগা মহোই মাম্মগী য়ুমদা পোংপু লেং শাবল্লুবা য়ারগি হুং

মনাইমুবীনা খোং খুং হামদোক শেংদোকপা চৈশিং-মাইশিং অতৈ অতৈ পুথোরকুনা মবুংতোদা পীরে । তান্না অসিদা ওসাই-মথে শেলফুদুবু শেমরক্রিবা চাউতলদো শুমাং মতোলদা লেপ্লদুনা হিবু অদুদা হায়জরকই —মহাশয়, ঐহাকপু খুদোম কংস য়োবা চংচগদবনি । অদুবু মতমগা থম লেংজিল্লকপনে, চীংয় নগা ওইনবে, খুরাবু খুদোং অমা চান্নোইদৌরে, ওসি অহিং অসিমক্তিলমগদবজগেবা । হিবু অদুম্মু মবুক মশাঙ্ক কবা মীতা ওইনা তৌরদুনা কনি কনি হায়রদুনা ওসাই হিরাবা মতমদুদা উপ্রবদুদনি হায়না খুঙলপ্রথা মীওইশুম তরায় তম্মান তৌখিরে । লেককম চাকমগী থমরকপনা চাউতলদা হায়জরকই – নমাই ঐহাক্তৌদি

চরু বাইরু থম চাইথোক্লগা শজোই মতি অমসু মাংকচদে মাংগনি। হিবুগী ইমুংদস্থ মাঙ্গৌসিরোহবু হায়রদি মখোয়গীনি ইশা যাথৈ হায়রক্লে।

মৈতৈগী চৎনবী অমা ওইনা অতিথি সেবাগী মমক চাক থক্লবা সেবা লাংবাগী ইমুংগী মুগী অঙাংশিংদা থোদাহনা চাউখলগীদ পেংনবা হোৎনরক্লে। হৌজিক্তি ইমুং মনুংগী মী পুম্নমক খোয়েম চুমথুন হুমক্লে। সোমদা চাউখলস্থ অহিংতুদা মিৎকী কমলা অমা উইশিনখিক্লে। শেলফুহৎমক শেমহনা লৈখ্রে। মপূক্লিংদস্থ মঙ্গল মঙল থল্লকই। ওংখ্রক্লস্থ মপূক মপাউ কক্লেদকো ইমুং অমিগী মীওইশিংসে। ভেল্লবা মতম অসিদা ঐনা য়েংবদা ইমুংসি চাবা থকপা মাংলোইদবা মাল্লি। পূকচেল খোইজেল তিমনা উই। যুম্বুক্লেম্বা অসি ইশৌ লাংদবী ইংমা ভগচবী মোং হাঙদবী ওইনা মখোগ মবাদা মথঙই। তোথোরকপা মিৎয়েং মায়েংদগী মথঙই। অসিমক্লমিকো ঐগী অশেংবা ইরল ওইরম। শেলফু অসিনা মখোয়গী ইমুং অসিদা খোঙদারন্নিবা। লাইমক কৈদকো লম্লাখা হিবু ওঃ ঐমা মংগী তোবিমল থক কাউজরোইকো। তাইবং পাম্বা মপুমস্থ চাম্বীসজুকো। অস্থমা অহিংহুমা হৌখিবা থংহৌদে। হৌজিক্তি চিঙ্খে ফিঙ্গ হুম্লকপা মতম ওইরক্লে। অস্থমা চাউখলদি শেলফু অহগী মপুসি কমা ওইরিগবা হায়হনা লাংতক্লনা থঙগদবগী মতম ডাইহনা লৈরক্লি।

মোংঙাল্লমদাই ত্তু-উরকপা, কাক্লা লাববাউ চেন্নকপা, মচিংগী মেক্কা খোংনেম্বদা য়েনখোং তোইরকপা, চরোইনা ভে-ভু খোং-লকপা মতম্নি। ইমুং মনুংগী মীপুম খুদিংমক লুম্লবা ফিজুপ থাদোক্লা ভাইবং মিকপ থোক্লরক্লে। মোংমগী শিন্দা পায়নবা, মাগী মাগী থৌগাই শিন্দোক্লরক্লে। মুম্বুহগী অহল হিবুহনা মচা মুপা অহলদা হায়রকই— ইবুংঙো, ঙসিদি ঐনা ঙরাং পুরকপা বাকক শুমাং মতোন্দা নৈরিবা অসি মংগী মাম্মখোয়দা পোংপু শামবা খর পুহনা চৎলুচো। ঐখোয়গী শল পোংপু অসিন্দু শিন্দবা কুয়রহনা কায়রবনি। অম্মক কুয়রবসি লীনা পুন্দুনা শীঙ্জিনরকইবনি। ঐগী অরাবসে কোক্লবা ঙরাংদি ঈরৈমা ইমানা খুংশিবিরমাল্লে, ভুরেলগী কাউশিং ওইনা ফংলকপনি।

অমরোমদা চাউভলদি শক্লোই মচি অঃদা মাগী শেল-ফুদো য়েংদ শাশিন্না নৈরক্লিবনি। মাদি ঙাংল-শকুন্নিবা মাহৈশিং অহু ভাবদা ঙকপদা থেংপ্রে। মপুক্লিংদা খল্লকই— খঙদবা হায়বসিম্ব খঙদেদা। ঙরাংদগী শুমাং মতোলদা হন্দোক্লুনা থম্লিবা অসিবু খঙলবদবু অম্মুনা তোগদরা? অসিনা ওইরেকো মীওইবনা মশামকপুম্ব খঙজনবা হোংনবদা মাজন্নিবা। হৌজিকপু অতোপ্পা শেলবু অমম্ব নৈরমখিগদৌরিমাল্লে, য়েংখিবা হায়বহুনি-দনা। অম্মুনা শোমা শোমা তুমিন্না মুংশাখর শাংনা হোন্দোকচৈ।

ইমুংঙগী মচানুপা অহল অহনা বাকক অহু পুংহনা ইমা ঐ চৎলে মাম্মখোয়দা, করি পাউ চেন্নিংবগে হায়না হায়না খোকপ্রে। মমাহনা করিম্ব চেন্নিংঙাই নৈজে। তপ্পা তপ্পা,

অাঙ্গা থসিদা চাউভলস্থ মাঙ্গা লাপ্লা থক্সিগুম্বা থবক অমগী থাকপগুম্না মুমহৃদা চংলক্লপী। লম্লাঙ্গা মী অমা লাকপা অঙ্গুক ওয়দা - অঙ্গুবা মখোয়দো চঙ্গবগী মওংদা লৈবে। অদুবু ঙাউিথি সেবাগী চপ চাবী মৈতৈগী চংবমী মতুংইমা খুদোং ঙাঙ্কক অমা হাম্নগা পুখোয়রবা থৌরাং তৌরকউ হায়না অঙাং-শিংদা লাউথি। অদুগা কিদাস্থ অমা পুখোয়ক্তুনা ফগিনবা চাউভলদা হায়জয়কই মুস্থুরেন্ধৗনা। অস্থমা কিদা পুখোয়ক্তুনা চাউভল কিদাগদা কমথরে। ঙাইহাক্কী মতুংদা হিদাক ঙাঙ্কক অমগা বাকতঃ অমগা পুখোয়ক্তুনা চাউভলদা লানশিল্লরে। চাউভলস্থ মখি খনি লায়চনা খুদোংচু লৌজরে। অদুগা মৈ চাকথংলক্লবা ঙাঙ্কক্তু নৈমাইদা ঙাইহাক থম্মী।

মাঙ্গল গঙ্গংগী মীওই ওইনরবস্থ মীকৌ মীরাক মাঙ্গা কবা, হৌনথঙবা, নৈবাকমচা ত্তাক, ধর্ম্ম কায়জদবা মীতাঞ্জি। ঙ-কোয়দুনা কমা হোংবজবগী চরাখক্তি মাবা জ্ঞান হেক তারক-তৈদগী ওসিকাওবদা হেনয়ক্ত্রিবনি। অদুগা ইমুং মঙ্গুংগী মীনগা মামজনবগা থম থঞ্জিক কোম্মা পাঞ্জবা হায়বগস্থ থোকলিবনি। অদুম ওইবমক থোইদোক হেন্দোকচবা মীওইমক্তি থোকচদে। অদুবা মাঙ্গলনা চাউভলদা বাহং পাউহংজরকই।

—কক্তি থবকী ওইবিরবনো ?

—মনাই ঐ অঙ্গম লাকচরিবনি। করিগুম্বা ............

—করিগুবা হায়কু, কদোম লেংবিরুবনো ? মকমসিদা খাতমদা লোঙ্গিরকপরা ?

—অহোই, ইচম চম্বিদা। অতৈ করিগীনু নত্তেদা। অদুম থবক অমা লাকচবদগী খুদোং অমা চাজদত্রবা, ভরাং অহিংদি তুমকম চাকম থঙজত্রহনা, উথোং-বাথোং মচি অমদা লেঞ্জরুরে। ভাল্লবা অসিদদি য়ুমসি উজরহনা চংজরকপবিদা।

—য়াম্না খুদোং চাবিরুত্রবা জাৎমিবে। পোম্থাবিয়ু।

—অহোই, ভাইহাক্তংদি খ্বয়সি চনিং তানা হোন্দোকচখিগে।

—ফবি ফবি।

অস্থুম্না হায়না হায়না ইমুং মচুংগী মীশিংদা পাইজ থেঙ্গু হোয়াই পুথোয়রুবা হায়ত্রে। ভম-মা পাইজ থেঙ্গু, হোয়াই পুথো-য়রুনা পীরম্বে। —অসিদগী বাসিমর। ইবাইমা হায়রকইবসিমা, ওহোক্লা ফজরেদা! অস্থুম্না মাঙ্গলনা মাহ ওম ওন্দুনা য়েংই। অহুগা কাপ্পা নাপ ওল্লগা পাইজ থেঙ্গু লাইবক কৎলপা থবক তোঙ্গা হৌখি। ভাইহাক মিকুপকী মতুংদা শ্রেং শ্রেং হায়বা মখোল অমা তারকখি। মাঙ্গলহ ইঙক ভকথি। চাউভলসু য়েংশিন্নদবা শাহমা শেলফুহ কুপশেল শেমরাক্ল। মপুক্লিংদা চাউভলমা খল্লকই- চাউভল ঐগী লাইবক্তা তম্নমত্রবনমি। নত্রবদবো ঐগী য়ুমদা লেংদনা অহুম লৈকম থোক্তবরা! ঐগী ওইয়ু হায়বা মতম লোইরবা জাৎনি। হৌজিক্কি মাগী ওইখিবা তারে। শেলবু ওইবা শোইত্রে। নত্রবদবো করিগী মহাক্লা মথোংনা থোংনা মকম অসি তাম্না লাক্লিবা! হঃ : ঈশ্বর অভকপবি নংগী লীলা! অস্থুম্না থম্না থম্না লৈমিতৈ তাঙ্গাসিদা মাঙ্গলহনা ইঙক ভক্লা বা অহ ওহোক ওনশিল তৌহবা য়েংবদদি চান্দীগী

লুপাশিং অহু তৌরোক তৌরোক তৌরহুনা বাহুগী অহোবদগী তারক্লে।

মতৌঙদা মাঙ্গল অত্ত্র পুমঙক ঙকই। মথংগী মায়দা লল্লাম্বা থুপা অসিমা কনানো? খুদোং কান্দুনা লৈরিবা শকথঙহন্বা অহুদা মুমা য়েংলকই। চাউভলদি কমদোওরমলি? মহাক্কি পৈশাশিং অত্তুদা মুমা য়েংহনা লৈরম্মী। মথিংঙ্গা মপি তরং তরং শিহুরি বাদি অমত্তা ঙাংদমা। মাঙ্গলহু থবক মথা চংথরিল্লে। চাউভলগী মতৌ অহুদনা অমুক্কা হেন্না ঙকপা পোকখ্রে। চাউভলদা মুমা য়েংতনা লৈরে।

মিকুপমুক্তং মকম অহু উন বাইমুক পুমচিক চিক্লম্মী। অচিকপা অহু থুগাইহুনা চাউভলনা হায়রকই— মহাশয় : করিনু চিংবদা পোকশিগনু। মহু ঐগী ইরল অশেংবা ওইরবনি। অহুবু ঐগীনি হায়হুনবু ঐগী ওইরবনি হৌজিক্কি। মহাশয়গী ওইনু তমপ্রবাল্লে। মথোঙমা থোংনা ঐগী য়ুমদগী মকম অসি তাম্না লাক্লিবসিনি। অঙকপা হায়বহুনি। ঐসু শেনমাই অসিগী শেন্সুহুদদি কমানো হায়বদো মথংলগে হায়হুনা মিকুপ নাহুম কুপশেন শেন্নংদো লাকচল্লিবনি। হৌজিক্কি শেলবু মশক থঙলবনিনা ননাই ঐসু চংচরগে। মঙ্গল ওইবিয়ু। লুংঙাইমা পাবিয়ু। অসি হায়না হৌগংলকই ঙান্থক বাকতং অ, লৈমাইদা থন্নহুনা।

—ঙাইবিথো মহাশয় : মিকুপ অমত্তংদি ঙাইবিথো। ননাই ঐদি ইঙক ঙক্লা থোক্লবনি। পৈশাশিং অসি লৌবা ঙমজগোই।

– তৌবিহু লৌশিবিয়ু। মহু ইবুংগোগী ওইবু হায়না

তাম্রক্লবনি। লাইবক্তা ত্তুকপা হায়বসি থকপা মাবা মত্তে। ইবুংঙোগী ওইবা শোয়রবনি।

ঙৌবিন্নুদা। মহুদদি ঙৌবিন্নু। ঐ ঙ্গান ভাবা ভমডদে মহুমন্থ।

— ঙেংঙোই পোকপা শিবা লুহোংবা অছম অসিসু লাইবক্তো তক্রবনিদো। অচ্চগা চিমন্ন তাও— ঐ রংরম পুন্না হায়গে। পৈশাশিং অসি ঙেশেংনমক ঐগী অশেংবা ইরল ওইরম্মী হায়বদা কৃঞ্চিসু চিংনমিংঙাই লৈত্রবা বাকম্লি। পৈশাশিংসি উন্নিবসি ন বে ঐনে অসিদনি। ঐনা উরম্নবু নংগী ওইকম অচম থোক্লে। অম্বু ঐ উরে। মচসু ঐনা কুপ্পশেন শেন্নজরকপননি। অচুদা কৌচ্চুদো পৈশা অসিনা মথোঙনা থোংনা ইরুমদগী মকম অসি তাম্না লাক্লিবসিনি। ঐগী হায়বা হৌজিক্তি কনামত্তা লৈজত্রেদো। নত্তেমম্ন লৈত্রে। নচাম্নুপা অংম্নু, নচাম্নুপী অমম্ন, থমমুং লৈবাক ভমথ্রবনি ভেমংবা। ঐগী হায়বা কমা লৈজত্রবনি। বারী মথা লীনা লীনা মমিংহগী মপি হরং তরং শিজ্জরম্মী। বারী কথা তাথরকই অঙনা ইবুংঙো ঐগী হায়বা কমা অমমুক লৈত্রবনি। অংনকুম্ন পৈশা অসিনা ঐবু থাদোক্লথাক্লে হায়না থল্লকমি। অমুনা ইবুংঙো চীংনম্নু। পৈশাশিং অসি লৌশিল্লু। চিংনম্নু ঐগী ওইয়ু তম্নমজ্রবনমি। নংগীবা ওইয়ু তমথ্রবমজি। পৈশা অচুনা মকম অসিদা করম্না মথোঙনা শোংনা লাকপগে হায়বচম্নু ঐ বারী লীগে তাও। অম্নুম্না বারী বাথোং পুম্না লীম্ভরকম্মি। বারী লীনা লীনা চাউজ্জরম্নী মিংলু শিরাং থৌরকপা অচু

লেৎফমনবা হোৎনজরুই অহবু অয়েম্বা তাখি। অঙম্বা বারী লীবা লোইরবা মতুংদা মহাক্না হায়রকই।

—অহনা ইবুংঙো অশেংবহুতা হায়রবখি মও চিংনহু পৈশাখিং অদি লৌশিন্নু।

—মহাশয়ঃ লেংবিবিন্নু। মসি ঐ লোয়না নিকথজখিগে। তথাই অমত্তা ওইরবসু পুবিখিদবা য়াদে।

—ইবুংঙো ঐ পুরম্লোইকো ঐনা হায়মিন্নবদি পুক্লিংদা চপ মুংনা লেপ্লহনা হায়রবনি। ধর্মমুমক য়েংহনা হায়রবনি। অতোপ্পা বাখল থনগন্নু।

—পুক্লিংনা অহ য়োমা লেপপিপ্রবদি মিহুপ অমত্তংদি তাইবিখো। মিকুপ অমত্তংদদি মখাওবু খংশিবিয়ু।

—হোয়দা হোয়দা, চিংনপ্নে। করি অমুক হায়রখিগে হায়রিবনোনে?

মাক্কন অহনা ওনাইমংখ মখোয়না তাংবা বারী তাহনা লৈমম্লিবা মাপী নুপী অহদা বা অমত্তা হায়পে হায়রহনা কৌশিরগা ইমুংদা চংখিমখিরম্মী। য়ুমুরেম্বীহুস্ত তুমিম মপুরোইরবী মচুং ইরখি। য়ুমুরেম্বনা য়ুম্মুরেম্বী অহদা হায়রকই:

—য়েংঙোই তাম্লিবরা? ওরাং নখোয় মাবা পীরকপা শন্নোম চহুদো লৈখিবরা?

—লৈজরি।

—অহ্ ওইররদ্রি লেপবু ওইরিবা মহাশয় অসিনা শন্নোম চহুদো পীখোকপ্রদি। করিম্নু হাপখিংতাই লৈজদে হায়জরসি।

অচুপা মাগী শেলশিং অসিগী শরুক থরদি ভুমিন্না মহাক থংহন্দনা হাকচিনগ্রসি। অচু ওইরবদি ঐখোয়স্থ সুংঙাইহৌরনি মাগী হন্নকম থোকপা থরস্থ হনবিগ্রবদি। মুপা অসি ংংহাকপা মওং অমগী মুপা হায়বহনি।

—করে, য়াম্না করে। অচু ওইরবদি শেলশিংছু ঐ লোয়না অমুক্তা লৌশিঙ্গরুথিগে।

অন্তম্না য়ুম্বুরেম্বী অচু পৈশা লৌশিন্না থোকচখি। মতম অচু কাওবা চাউভল পৈশাশিং অচু য়েংহনা কুপশেন শেনহনা লৈরম্লি। চাউভলনা মপুক্লিংদা থন্নকই— য়ুম্বু অসি অশেংবা শেলবুদি ওইবা ভাই। শেলশিংসি করিস্থ লেংদনা হৌশা শুম্না লৈমাইদা ভাগ্রদা লৈরি। অঙকপা হায়রহনি। ইয়ুমদগী মকম অসি ভান্না লাক্লিবনিদকো। অস্তুম্না মহাক্তি বাংলগী মংলান অমদা ভাওহনা লৈরমলী।

সোমদস্থ খৌয়াংপুম্বা লোইরহনা পৈন্না খৌরী অমনা শঙ্গোম চকুগী মঙক্তা কিরহনা মথুং য়েংনা পায়রহনা মাঙ্গলচু মপাল থোরকই। অচুপা হায়রকই— মহাশয়: মসি শঙ্গোম অকম্বা চকুনি। করিস্থ হাপচশিংঙাই লৈজদে। পৈশাস্থ শরুক থর পুথিথো হায়বস্থ য়াগ্রবনিনা উপায় লৈবদে মনাউগীস্থ। মঙ্গল ওইবিয়ু। মনাই ঐখোয়গীদি মঙলানগী পানথক ওইজ-বনি। লাইরবগী থুদোলনি। লম্বী লমশাং চংপদা চোকথরংবা কান্না খৌয়াংবা কোয়বিয়ু। বারৌবিবা য়াদেকো।

—করে করে। মামা হুংঙাইবে। মপুক্লিংদনা থন্নকই:

ঐস্সু ঐগী অনিংব থুংলে। শেলবু মশক থংলে। খোম্থোক্না অমুক মথা শমথরকই – লুংঙাইনা পাংহল্লোবো। মঙল ওইযু। থম্মোয় শেংনা বর পীনরকই। অদুনি চংলগেকো হায়না হায়-রম্না শম্মোম চকুদো মথুং য়েংনা যাল্লপা চংথিরম্মী। যম্মু অনি অঙনা মথাই হরাউনা অমদি ওক্না মায়খোং মকারাম্না য়েংহনা লৈকহোই।

চাউতলমা নম্বীদা চংনা চংনা শল্লকই – পৈশা হায়বদো মতমগী ঈচেলদা তাওথরকপা কাউশিংগা পানথক ওইরেদকো। ঐনা তান্দুনম্নু ঐগী ওইযু তল্লমত্রবদি কুয়না চুংউ য়াদবা মশা পাম্বা উচেক্কুম্বনি অভিয়াদা শিংতম্মা পাইরিবা। ঐস্সু শেলবু মশক থংলবনিনা হোজিক্তি পুক্রিং অসি কাংহনা ইংনা পোথাক-কুমগে মপুগী বিথে শোল্লহনা মপুগী থুম্না কংনবা। ইহে: ঐনা ঐগী পুন্সিগী মমমদা খল্লিরৈদা ঐনা অহিং য়ারেকপবা য়ুমথুংগীদি করিমত্তা থম্বক্রম্রেনা। মাগীনি হায়হনা করিগুম্বা থুদোল অমত্তস্সু তম্মম্বা ওল্লমত্রেনা। অদুমদি ঐনা পুয়ক্রিবা শম্মোম চকু অসি পীরম্লগে। অসি থম্না থম্না লাকপনা মহাক্না অহিং য়ারেক্লবা য়ুমথুংগী কোম্মোং য়োখিবা থঙহৌদে। মহাক্না তম-নমক যুমত্তা চংশিন্নে। যুম্মুরেম্মা য়ুম্মুরেম্বী অনিহুমক হিদাকচু অমমম চিংলহনা লৈরম্মী। যুম্মুরেমহনা হায়রকই – করি ওইদিরবনো? করি তাকপিগদবা তাকপিয়ু।

– অইত মমম মগী মশেদা। মথোয়গীদা ওয়াং অহিং য়ারেক্লবা হুপাদো ঐহাক্নি। মথোয়গীনি হায়হনা থোইদিং

মরু অমত্তং ওইরবস্থ তম্বা ওয়মত্রে। নখোয়গী থৌজালনা মহেল্লবনি। ঐগী শঙ্গোম চকু অসি হাবিয়ু। মসিনা পেম্বিবা ওইথিরো। ঈশ্বরনা চানবিবা ওইসনুকো।

-করি বাবোদা অহল ও! করিগী থুমং লময়বনো? অরাং- বদা তারবগীবু অচম্বা মতেং পীনববু তাইবং মপুনবু পেম্বিনি।

—করে: ইবুংঙো অসি লৌহৌরো। ঐন্থ ইমুম মাইকৈ পাংথ্রগে।

অতুম্না শঙ্গোম চকুদো মাঙ্গোল মচি অমদা থনম্মী। মাম্না মরাংলে থনবনা মণ্ডক নোম্না অমুক খোঙশারকই। পৈশা য়াওবা শঙ্গোম চকুদো অমুক থনয়ে।

সোমদনা য়ুম্নুরেম্বনা হায়রকই— য়ুম্নুরেম্বী, অহল অসিনা মথম্মোয় শেংনা পীরম্লিবা শঙ্গোম চকু অসি যোরেল নচানুপাম্ন লারুগা চাখোক্তকথি লাকথিথি। ওসিদি চাবা য়াত্রে হায়রু। মানা পামজরবস্থ কোম্না চাসি হায়খু। ওসিদি মখোয় মাক্সল- খোয়দা থর থীজুচো হায়য়ু। মাগীমি হায়চুনা করিগুম্বা অমত্তস্থ তম্পীবা ওয়দে ঐখোয়স্থ। মখোয়না ঐখোয়বু মতেং পাংলিবাসস্থ মহানি। ঐখোয়না লৈমন্দবদগী তৌবনি। য়ান্না তৌবিবা য়াবজাংনি। শল পোৎপু-লেং অহু শাবগী ছুক শঙ্গোমসি চাও চায়ঠনা পীরকই হায়না থীলহল্লুচো। শোয়বা য়াম্নবনিকো। ঐদি থবক শুংবিগে ওসিদি ইখোলদা।

হায়বা হায়বা মচানুপা অহু লারুহনা ওসাইগী চাউতলনা থল্লবা শঙ্গোম চকু অহ পুহনা মাক্সলগী মহুথেদা থীনম্বা চৎবিরম্নী।

মহৌশাগুম মহাক্লি ইকোই কোইরমহে। হেক থুংবগা ইবে ইবে: থাক্সাল লৈত্রা অশুম্বা হায়রম্বা চুমত্রিং চংশিন্নকলম্মী। মবেমা ময়ান্নুপানা কৌরিবা অহ ভারম্বা কবি থবকীনো অমুক লাক্লবদি, কবি অমুক হায়রক্লে হায়না হংলম্মী।

—সে: য়েংও মসি শঙ্গোম চকুদি। বাবামা ইবেহোয়না খিন্নুটো হায়ম্বা খিন্নকদিবমি। শল পোংপুংলেং শাবনী পৈশাম্ব কবিগু পীমিংগাই লৈত্তে হায়বমি।

-কয়ে কয়েমে ইবুংওং। কবিগী অমুক শঙ্গোমগকা পীরক্লিবগো। পীরক্লুবং য়াবহুবো।

মা হায়বা লোইরম লোইকাত্রিবৈগা ময়াহুদি ঐ মৌপ্রগেকো ইবে: হায়রম্লগা অহুম চংগ্রে। থাবগু নংহৌয়ে। মবেম্বু য়ুম মেৌনবা চুমত্রিং চংগ্লোকো হায়না লাউরম্বা লৈজহৌয়ে।

অগাং অহু হেক চংথিবগা মবে অহনা চকুহুগী মনাক্তা চংশিল্লি। শঙ্গোম চকুহু হেক উবদা চিংনরম্বহু চুম্লয়ে। শঙ্গোম চকুদো মথোয়মা ওসাই পীখিবা অত্তমক ওইরয়ে। অওকপা অমগা লোয়নমা ওথক ওথক্লা ওকি মা মবুংওোবু কৌজরকই।

—হায়, কবি অমুক তৌরে? অহুক কিংনা কৌবক-ইবম্বো?

—য়েংলো লাও ও: অওকপদি হায়মি।

—কবিনোনে? ওসাই ঐথোয়মা পীখিবা চকুহুমক মথোওনা থোংনা অমুক হম্লকএ হায়মি।

—হা: কবি হায়বা?

—ঙসাইগী শঙ্গোম চক্ষুদো মসিনি ঙক্লেম্রা।

—ফরে, ঙক্লবাইহনি। মখুংদা পৈপাশিং অহুত্ম য়াওরি-বরা হায়বহ য়েংঙ।

য়াওরিয়ে য়াওরিয়ে। মখুং হুমজিন্দুনা য়েংলগা খুমৈছে।

—অঙকপা উপপ্রোপ অমা ওইরে। ইমুংদা পুশিল্লকউ। হৈদোক্লগা য়েংলুসি।

অসুন্না ইমুংদা পুশিল্লগা শেঙ্গেংগী অশেংবা পুথম অমদা হৈদোক্লগা য়েংলম্মী। ঙসাই মথোয়না হাপথিবা পৈশা মশীং অহ অমত্তা য়াংতনা য়াওরম্মি। থোদো অহুদা হুপাহনা হায়রক্ক ফরে অহুমঙাইরে। ঐখোয়না শেলদু অহুদা থম্মোয় শেংনা শরুক তমজহনা হঞ্জরবসু মথোতনা থোংনা অমুক লাক্লবনিমা ঐখোয়গী ওইমু হায়বা তয়ল্লবশি খল্লসি। ঙসিদি নুমিৎসু থাবানসু কৈ। ধূপ থাউমৈ থাহনা পূজা তৌজসি। মসি অশেংবা শেলয়াই ওইবা তাই। খুরুমজ্জসি, থৌনিজ্জসি, মপু ইবুংঙোগী মফমদা। অহনা ফয়নি। ঐখোয় থোয়দোক্না ছুংগীদমক হেক্তিশ্না য়ারগুমসি। লাইনা তশা অমা লাকচগনি হায়বহ ঙসিদি খঙথা হেক থাজবা পোকইদা। অঙকপনিদা! মপু মাগী নোংদমথোল অঙকপনিদা!!

খৈরবা

মহৌশাগুম মহাক্কি ইকোই কোইরম্মদে। হেক থুংবগা ইমে ইমে: মাক্কাল নৈত্রা অশুম্না হায়রক্তনা চুমত্রিং চংশিল্লকলম্মী। মমেনা ময়াম্নুপানা কৌরিবা অচ তারকুনা করি থবকীনো অমুক লাক্লবদি, করি অমুক হায়রক্লে হায়না হংলম্মী।

—সে: য়েংঙু মসি শঙ্গোম চক্লুদি। বাবামা ইনেহোম্মদা থিল্লুচো হায়কুনা থিল্লকলিবনি। শল পোংপু লেং শাবগী পৈশাম্ন করিম্নু পীমিংঙাই নৈতে হায়বদি।

—করে করেনে ইবুংঙো। করিগী অমুক শঙ্গোমগকা পীরক্লিবনো। পীরক্রুবস্ত য়াবত্তুবো।

মা হায়বঃ লোইরম লোইকাত্রিদ্রৈঙনা মমাহুদি ঐ য়ৌগ্রপেকো ইমে: হায়রম্লগা অত্তুম চৎগ্রে। খাবস্থ নংহৌব্রে। মমেহন্নু য়ুম য়োনবা চুমত্রিং চংগ্রোকো হায়না লাউরকুনা নৈজহোরে।

অঙাং অহু হেক চংখিবগা মমে আনা চক্লুহুগী মনাক্তা চংশিল্লি। শঙ্গোম চক্লুহু হেক উবদা চিংনরবহু চুম্লমে। শঙ্গোম চক্লুদো মথোয়না ঙসাই পীখিবা অত্তমক ওইরম্রে। অঙকপা অমগা লোয়নমা তথক তথক্কা তকি'না মবুংঙোবু কৌজরকই।

—হায়, করি অমুক তৌরে? অহুক ফিংনা কৌবক-ইবমুবো?

—য়েংলো লাও ওঃ অঙকপনি হায়মি।

—করিনোমে? ঙসাই ঐথোয়না পীখিবা চক্লুহুমক মথোঙনা থোংনা অমুক হল্লকএ হায়মি।

—হাঃ করি হায়বা?

—ঙসাইগী শঙ্গোম চকুদো মসিনি ওক্রো।

—করে, ওক্রবাইহৌনি। মথুংদা পৈপাশিং অহুত্রম য়াওরি-বরা হায়রকু য়েংঙু।

য়াওরিয়ে য়াওরিয়ে। মখুং হুমজিন্দুনা য়েংলগা খুমখৈ।

—অঙকপা উপত্রোপ অমা ওইরে। ইমুংদা পুশিল্লকউ। হৈদোক্লগা য়েংলুসি।

অসুম্না ইমুংদা পুশিল্লগা শেঙ্গেংগী অশেংবা পুথম অমদা হৈদোক্লগা য়েংলম্মী। ঙসাই মখোয়না হাপথিবা পৈশা মশীং অত্র অমত্তা রাংতনা য়াওরম্লি। খোদোৌ অহুদা মুপাহনা হায়রকই করে অহুথঙাইরে। ঐখোয়না শেলবু অহুদা খখোয় শেংনা শরুক তমজহনা হঙ্গরবসু মখোওনা খোংনা অমুক ল্যাক্রবনিমা ঐখোয়গী ওইয়ু হায়বা তম্লবনি খল্লসি। ঙসিদি হুমিংসু থাবানসু কৈ। ধুপ থাউমৈ থাহনা পূজা তৌজসি। মসি অশেংবা শেলয়াই ওইবা তাই। খুরুমজ্রাসি, থৌনিজসি, মপু ইবুংঙোগী মফমদা। অহনা করনি। ঐখোয় থোয়দোক্না তুংগীদমক হেজ্জিন্না রারগুমসি। লাইনা তপা অমা লাকচপনি হায়রকু ঙসিদি খঙথা হেক থাজবা পোকইদা। অঙকপনিদা! মপু মাগী লৌলনখোৌ অঙকপনিদা!!




...বা

অইনগী কোংলবা —

১। লতাগী অউনপোং ( উপন্যাস ) – ১৯৬৭ ইং

২। স্নুরগী বাংমদা ( শৈরেং )— ১৯৮৩ ইং *

৩। শহীদ তর্পণ ( শৈরেং ) – ১৯৮৪ ইং *

৪। মুংশি লমন ( বাগী মচা )— ১৯৮৫ ইং *

* মণিপুর স্টেট কলা একাডেমীগী
হৈরাবা শেলগী মতেংবা কোংলবা।